# য়াহৌদোক

মণিপুর সরকারগি শেলগি মতেংন লীলা মচা ৫সি নম্ব হৌজখি। অতুদগি সরস্বতী প্রেসন তেংবাংবিদুন অৱাংপ মথৈ মেনখৎ-চখি। মসিগীদমক সরকারদা অমদি প্রেসসিদ লম্মন তোঞ্জরে। লীলা ৫সিগি মনুংদা 'চফুন কায়রদি' হায়বসি কলচরেল ফোরমন শিন্দুন পাংথোকখিব লীলা মচা তান্নবদ মাইপাক্ত শান্নখি। অনীশুবা রেডিও লীলা মচা "য়ৈথোকপা" অমদি ৫শুবা "লমজাউদা লমশি" হায়বসি ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালন ব্রোদকাষ্ট তৌগ্রবনি। এ, আই, আরগি থৌজালদৈ ফোংজবনি।

অহুমশুব "মুপীগি মমল" অমদি ৪শুব "লংহৌদোঙ"—রেডিও লীলা অনীসিদি—এ, আই, আরন ফোংগদব খিৎতং ইকাইবদগি ফোংবিখিদে। অদুবু পাবদ মুংঙাইনি খঞ্জদুন ফোংজরিবসিনি।

মণিপুরগী সাহিত্যাদ অফব ক্রিটিক মশীং য়ামদবন হুজিক্তি লীলা মচাশিংগি মমল খেন্নব কয়া খঙনত্রি, ইমান মান্নবা উবি। তুংদ মমল কারকখিনি খঞ্জদুনা ফোংজরিবনি।

মে, ১৯৮৩ ইং                                                              জি, সি, তোংব্রা

# হিরম লামায়



---

# চফুন কায়রদি

## লীলা মীকোক ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নিপা নং ১ | চহি ৪৫ | অঙম অথৌ |
| ২। | ” নং ২ | ” ২৫ | অহৈ অশিং |
| ৩। | ” নং ৩ | ” ৫০ | মীচম |
| ৪। | ” নং ৪ | ” ২০ | নহা |
| ৫। | নুপী নং ১ | ” ৪০ | মমা |
| ৬। | ” নং ২ | ” ২০ | নুপীচা |
| ৭। | ” নং ৩ | ” ৩০ | অফাওবী |
| ৮। | অহল নং ৫ | ” ৭০ | হনুবা |
| ৯। | রায়ী লী ৬ | ” ৩৫ | ইশৈশক |

---

## STAGE PLAN

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| D | G<br>T | M | B | L | S | D |

T. তায়রেন—পাম্বী কংলব, মশা অমতং মনা পাল্লি

S. Story teller গী Plat form.

B. হিদাল মচা ১

M. লৈতোং অমা

L. Ladder—মথক কানব

G. Gate চংলক্লব

D+D—লম্বী

# চফ্লুন কায়রদি ?

## লৌলা হোনব য়ুথল হাইদোকপা

অহল ( নং ৫ ) B দা কম হিদাক থক্লম্মি। B দা ফক থান্নি ওবোং ১, উমোন ১; য়া চৈগু ১ লৈ। S তা লেপথং রারী লীব ( নং ৬ ) ইশৈ শক্লম্মি :—

Light : -Dim or grey, Music, Mendoline-low-calm tone.

য়েংবিসি লৌলা তাবিসি রারী :
মীয়াম লমাই রায়ীনি।
নুংশেন্দ ইমি উজবগুম;
য়েংলু য়েংলু থীজিন্নক;
ওয়াংদৈ ওসি, হয়েংদৈ করি ?

চহি কুমগী থরো মায়ো,
করমো কিয়ে ছুংগি পোলোই, ( করমো )
মতম লৈরিবৈ থমসি নৈনসি
কদায়দনো পন্থু ংভমবো ঐখোয়গি ?

অহল :—ইশৈহনবা। ঐবু করি শাও হায়বা ?

রারীব :—চহি হুমভুত্রাগি মথক হন্নুব।

অহল :—মানগত্রানবৈ ঐবো ? থাংদি কোনগত্রা ভিংগত্রা ?

রারীব :—হায়রগ মায় লোইরে, পাউ জমবগুম। থাংদি খুমী ওহাক কোন ওহাক তিং।

অহল :—লীলা হোৌরগে ? ঐগি ইচা ইও, মরীমতা; মরূপ
মপাং অহুক য়াম্বদি কনান শাবিনি ?

রারীব :—থম্নদন শিন শিন শানি লোইনমক লৈরে।

অহল :—অহুদি রারী হোৌরগে ? (খুৎ হংলম্নগরারীবা চংথ্রে)
থাইনা হায়ব ভারে, হুঁ, ওরাং নহাদ ওসি হয়েং-
স্বহুঙাই মরা চৎপিদব অহল অম লৈরম্মি, হজিকমু
লৈরিদা, ঐনি। নিংথম থা চংলকপদ ইকাই হজোইদন
হায়রবদ মনা মশিং, য়েস্থাং-করিনো সিংউৎ কম্বোংহ্
চাহৌ পুথম মথক্ত খোল্লগ চুহী অনৌবহ্নগা তোংলগ
সাইরোংমরু ভারব, রাশ হুই হুই লাওবহুগি মতোম
মরুহ্ হাপলগ হনবদি, করিনো শানথ্রপোৎনি।

( ফৈজুপ শুপ্লগ উ-মোম্দ থাং ভূমথৈ। মূপী-চা খুনীং কাং $D_1$ দৈ
থোরক নাথোকইবহ্ য়েংই। নহা নং ৪ বু $D_2$ দৈ খুৎ হৎ কৌথোকই,
লকসি হারবগি ইজিৎ তোই। মূপী-চা থোরকপদ তাম্বা লেৎলি M দা
ফম্মি, নহান চৈও লৌমগা অহল মনীংদ থিল্লগ M দা চেন, মুংশি রারী
শাহুন চায়ন লৈমিমে, থঙশম্নদা )

অহল :—( ফুঁক হোৌগৎ কোইয়েং ) কনা কনানো ঐতোম্দ হজিক
মৈথিবৈক্লনা ? ঐবু নপাগি ঙাম্বকলাও ? থাংদ থৈগদব,
নোংমৈদ নোজাগদব কনা কনাগি মচা-মওনো ?

( হোৌগৎলগ চৈত পায়থৎ $D_1$ $D_2$ L না চিংবদ কোইচৎ চৎলগ লাওক্কই
চৈক্কই )

"কনা কনা নচা, নগুভুমিৎ কাও থাদোকপগে? রারকপ গুম্মোইদোব ওইরবদি নচা পোকনো। করি দিসৌপ্পিনো? হন্থুব হন্থুবীবু অঙাং নুংগাং ককয়োং রাইথু থাজিন লরুহনবসিবো? ঐন শাপ ভোরে থুংলোইদো। কয়া চাকপ্রব.রানো হন্থুরগ পাজল শোন্থবা।

হৈ! লমথুম্থু ভুমা! নখোয়নী উহোজ্রা গুণ্ডা মরাম কনানো ঐঙোন্দ নাওরিন কাম্নবদো? ঐবু মপাগি কাক্নি হায়ব্রা?

নহা:—ইথৌ ইবুংঙো, ননাই ঐখোয়দি উজহৌজে।

পিচা:—হোদোং হূই উচি উভিনহুম ওইরমজ্রা! ঐ উহৌদে ইথৌ।

অহল:—লাংথুম্থু নখোয়নীবু নমিৎ চেজেৎ ননা কোনসিন রারীদ লুপমিম্নব্রাও? নখোয়নী নপা নপা নমা নমাছু করি করি মরী থোক্লে? কয়া নক্লে.বন শঙকর মরামশা? বিজ্ঞান হৈবশিংদ হংঙো নচিন নৌপা, মরীমজা নরুববু কাক চোংঙা লংথুম্থু দোন জোনব কব্রা হায়হুন।

পিচা:—ইয়ুনিটি লৈনবা নুংশিনবদি দোয লৈজেয়ে গুন্থুকোক

অহল:—নচিন থীহু, হাসপাটাল কিদবী থরাওবি।

পা-চা:—মাম্নরুম্থু মী অহল য়োংনি।

অহল:—করি হায়ব মৈথেৎ মরা, নাকোংনপথী কোৎ।

পা-চা:—অহলদি লাইনি, মাম্নরুম্থু হায়বনে ইথৌ ইবুংঙো।

অহল:—হৈ মালংবা! (নোংদোম্দ) মেজিস্ট্রেট অমত্ত কৌরকউ। থওনি মপা মপুন রারক্তবশিং।

পা-বং ১ :—(G দৈ চংলক) কয়িনো বাজিহল করি পেন্দষনো ?
অহল ওইরবদি থয় থাংব ভাবনে।

অহল :—মপা অপঙবদোন পাল অয়েংব থাং লৈগরাও ?
ছজিক মক ঐগি মুংথিল পোখাভম অকোইবদি 144
C.R.P.C. না চক্র য়োহত্তম কোইশিন্নু, লমহেনব
অঙাং রায়ক্তবশিংন ভূমিথৈ লৈথিজে ওইরদনব। Do
you understand ?

পা ১ :—য়েস সার ! (চংথি) (অনীহ থায়দোক্লো ইজিং তৌথি )

অহল :—ভাইরেন ভাই, নমিং শিংউ ননা থাজং ভাওনে। ভাই
হায়রুরিসে ঐঙোদৈ হনব ইতিহাসনি নঙ, স্কুল কলেজদ
তম্‌ব ইতিহাসনি হায়ত্থন নঙন নিংথৌয়োল নমিং, আন
তৌথিব, চাক ভাংথিবা, ঈশিং চাউথিবগি ভারিক
ইশিনবমনমি কায়দে হায়্থ—ককথংপিরেদো ; শিবদি
নাইদে ইতিহাস নঙ, নয়োল নপা লোংথোরকই কৈ।
নঙন, ইশিনগদবদি সমাজগি মরাদ ময়দ করি থোকইব
গে অচনে, মহ্থন হায় ঈশিং ওইন চিংখং সমাজদ মপান
শারিব মুকাকলৈ, উত্তোংলৈ, নাভোবজাবি চুমথাং
নমথীবি ; মটেহ য়াল্লিবনা লৈপুংথাও, থোংক্রম মাইয়েল
অথাব, বুড়ি কায়োং, তিনশিবী; কাঙ, হৈগ্রী য়ায়কি
তয়াল। করি কায়ে ময়াকুত্তন কানব নাপী ? জললদ
লৈব ভাবনে।

( B দা কমথ রাখল তৌই ) কয়রো ঐথোয়ন মোংগ্রব নায়ক
জললসিদ লৈদোসিবো। শা কৈ পোক্লকওইরাও ?

D, বৈ পিচা খোরক হইখোংলগ পা-চা অবুক কৌখোকউই। কোরগে তৌই, নপ্লবৈ নতৌ যাল্লপ তাবন উংলি। ওহাক ম্বা তারগ সিনেমা রেংবগি ইদিং উবদ পাচান ফুরিংখাও তেংই, তোইগনদি উই। অনীচু আনোক নন্নগ নাইখুব হাপ হনুবৈ বনাক চংই।

পা-চা :—লাওব ম্রাদে অহল।

অহল :—করি পাম্মি অথৌবা ?

পা-চা :—দান তৌ হয়েং নপোক সুংগুইরুনব।

অহল :—করম্ব সং কর্ম্মগিনো ?

পা-চা—ব্রজ গোপ গোপীগি সিনেমা য়েংউগে রাধা কৃষ্ণগি নামাদ

অহল :—অশুাংব তাব তারোই, ভক্তি তত্বনি।

পি-চা :—নিংথিন হায়নব ম্রাত্রবদি, পীগেরা পীরোইরা ?

( Toy পিস্তোল নবুক নয়াদ থম )

অহল :—ঐদি খেল খোক্রব অহলনি, পেনসনমু কংজদে।

পি-চা :—নচিন্থীমু। ( খংলাও অহল খন্নংলি ) নওনা কর্ম্ম করাদৈ ফুংখংপ দক্ষিনাশিংহুদি ? লুহোংব, প্রাদ্ধ কিরোই, নাহুংপ, ষষ্ঠীপুজা নগুন থাংব যজ্ঞ করা তরে কদায় থম্মি দক্ষিনা শিংদো ?

অহল :—দোকান, হোটেল, খোংনাংখোং কম্বি নয়ামব ম্রেরো-কচরে।

পি-চা :—চহি নতাংদুম ওইদবগুংবাও? (নোংমৈ ননীংব নকোক)

পা-চা :—অশেংব হায়দোকই কায়রোই অহল, শিব কিত্রাও।

অহল :—কিজৈ অথৌব।

পা-চা :—শিব কিদব ঐখোয়দ খাজনা নত্রগ দান পীব তায়।
লম অসি ঐখোয়গি লৈশাক মখাদনি। ঐখোয়না
ভোরিবসি লম্নাইগি নত্তে। নঙন্দু য়াওব মীয়ামগি
য়াইক থোনে।

অহল :—ওইরম্ব য়াই, অদুবু লৈত্রবদি করি কৎকদগে ?

পি-চা :—নঙগি চন্দোল উপুদা করি করি য়াওই পুথোরকউ
য়েংগে ?

অহল :—( হোগৎলগ ) বিষ্ণু বিষ্ণু। করম্ব ইভু সুপা সুপীন
সি আইদি ওইঠন কংবিব পাউনোনে (চপলেম্ন পংথৈ)

পি-চা :—চৎলু, চন্দোল উপু লোথোকউ শেল অমাংব য়েংগে।
( L দা কারগ চংখি, অনৌহন চেকশিন্ন মাইকৈ কপ্পা
য়েং লৈহৌই। অহলনা ১০ চংপি ১ পুরক মখুৎ
লোয়রগ পী পিচাদ )

পা-চা :—(মনাকচং) অসিথক্ক য়ারোই অহল। ঐখোয় অমুক
লাকখিনি চয়োল অমৈ মতুংদা হন্দক্তি ৫ ভনব থনম্ম।
১০ চৎপি ৫।

( নোংবৈখোম্ব অহন্দু য়াম্বহৌই, ৫ চুই য়েক ফায়ার অমুক তোরশ্বগ
লেংগোয় চংখি। অহলন তকিং তকিং হৌগৎ B দা লাক কোন পারখৎ য়া
ঙাংই কপ্পা কপ্পা)

অহল :—( ভাবন ফোন পায় ) হেল্লো, হেল্লো ! লুট পার্টি চন্দো-
নউপুদ তুংথৎচব দক্ষিনা শেনভম (কপ্পগ) তয়া পুবিয়ে !
ঐ মাংলে মুৎলে, থয়া কাবিয়ো। পুলিশ ষ্টেসন ! হেয়া
ঐ পাথৎলুরেদনা, লাইন য়াত্রখজাং ওইয়ে। চাক

চাম্রিবৈদ বিজুলি মুৎপা, মৈহৌ-লাংপোক অয়াক অথং
মতমদা টেলিফোন তায়া তৎপ ! মসিনি চাউখৎপৈ
সুংঙাইবা। কয়মো তৌরিবগিবো, কয়মো ? করি
উপায় লৈবগে থমসে। ওহ ও কেদৌরিবগে অঙম অথৌ
অচৌ অশাংবা ! অকাওবীশিংন পীজব L.S,D. গুলী
চারুহুন তীম্ব্রোক ওন লৈহুংদ ফুম হাইবরনেট (hibcr-
nate) তৌরিবরাও ?

( কোইন চৎ লাওয়ম্মগ মথক্ত য়েংথৎ )

হে মালংবা ! নখোঙ য়াঙব নঙ থয় লৈবাক মীয়াবদ পাউ
চেহ্বোকউনবৈহ লৈবাকসি মাংব তারেনে। মান মান পেন্সব মথয়াই'
চাকপ, খোইদৌদ খিনব ধোল শিংহ্ পুনশিল্লগ খেচ্ৗ চানসি হায়রো।

( মপোৎ মচৈ পুরগ খোকথি, মীচম (৩) গেট্ট চংলকে তৌব,
অঙব অথৌ (১) $D_1$ দৈ মঙক লিংথোকহল্লি ; $D_2$ দৈ অহৈ অথিং
(২), মমা (১) Ladder দৈ কুমথয়কেত্তোই ).

অঙম অথৌ :—কনা কনানো লাংথিব লাওথিব চৈবথিব কাংবু-
শিংহুবো ? থয় লৈরবদি না লোইন পঙনরনি।

অহৈ-থিং :—করিনো লৈবাক চেৎথায়দোয়ে, য়ুহায় হায়দোয়ে
হায়ব্রা, লাও খোংলগ কদোবদোন। করিনো ইংন
তপ্প য়াথল অরুব অমত্তথনব য়াদবনে।

মমা :—অঙাং অপিকপনা লাংবদি ফুচৈ য়ায়কই হায়, পীজপিথক
খেল্লি হায় মরৈ লৈথব য়াই। অহল মথোং হক্তব;
নিংঙাইকত্তব কাংবুন লাংব লাওবদি করিনো মিংলেল

থোঙ শেং শেং কায়বজাংনি, ইপি য়ুম পাইথোকখিছনা ময়োং য়ুবজাংনি। কন্নয়ো সাউন্দপ্রুফ বুলেটপ্রুফ নাকোং পাঞ্জবদি মতম অসিদ হিংব য়ারোইদ্রোরি।

মীচম (৩):—করিনো লমজাওব লোইব্রে অমন লাওরগা চংখিবহুবু মরোল য়ুম্না তাহৌড্রে। মীহুৎব মশাবু থাগৎচবহু ওইরদ্রি হায়দুনা য়ুমদি তাহৌড্রে, অদুগদি করিনো অম থিনি রিশার্চ তৌনি, জুদিসিয়েল এংকারী তৌনি লৈবাক চিংথায়দনবনি য়ুহারাবদ হায়গুমদু তৌই।
(ময়াম না থাজং তায়)

মমা :—চংবিরকউ তাথন কম্বিয়ো, ময়াম থমসি।

অঙমথো :—থিদোয়িব রিশার্চ তৌদোরিবহু ঊশিং য়াওম্রবদু পোংথোক কব কো মরুয়া? মবুক শেংব লেঙা থুমজা তৌরোইদব আফিসার থিনব থাংমৈ লালটেন লাও?

অহৈশিং :—পেন্সব অরাবা কয়া মাংখিনব তফাখুদোপ য়াইওইব থিবগি য়ারাও?

মমা :—থাও থোকফম থিনি হায়ব্রাও তাথন?

মীচম :—নত্তে, অমত্ত নত্তে; ঐখোয় লৈবাকসিদ করিনো পেরে অম কাম্নি হায়।

মমা :—গুদু পেরে নত্তবা? পুক্রুক পুক্রুক শোখি মনিলগি পেরে ঊশিংদ কাবথংলকপিরাও?

মীচম(৩) :—অমত্ত নত্তে ভাইবং মীগি থোঙ কয়াদৈ থোরকপ অমোংপত্তবা, হরাগাড্রৈদি একজোট পাইপত্তগি

কামথোয়কপ মৈথু নমথীবগুম; শৌবগি লোইব নাইদবা; দশানন রাবন কোক্লোংবগি কল্লিমথৈ শৌব কোক পেরেগুম অমদৈ হায়নে, মহুন হু ওইহুন মৈবাকসি মুংক দৌরি। পেরেহ্ কুকসি লাও হায়ছনা কৌয়ম্মে।

অহৈশিং:—খুড়া; বুদিসিয়েল এংকারী তৌনিহায়বহূন করিগিনো?

মীচম :—পেরেহ্ কদায় দৈ হায়বহ্ রিশার্চর পুথোক্লগ পেরেদা কাপথংলকইব ভেক্লাদী মরামহ্ কদায়দৈ কেরোসিন অগুংবন মচিক্লাক হনবগে থিগংগ। কেরোসিন দৈহোকপ নক্রগ পেরেহ্ কুক লংথোকখিনব হোংনব।

অঙমথৌ:—জুদিসিয়েল এংকারি হায়হ্দি হাইকোর্টকি জজনকাক তৌনরিবনে পাক পাক য়াপোং নত্তে।

অহৈশিং :—সুপ্রীম কোর্টকি জজনদু তৌব য়াওই।

অহল :—( L দা লেপ তারবদৈ ) হাইকোর্ট, সুপ্রীম কোর্টকি জজবু পোকপ য়াব মপানি ঐ।

অহৈশিং + মমা + অত্তে :—বাজিন ইথোন করম বুদিসিয়েল এংকারি তৌদৌরিবা?

অহল :—ননা ননাহ্ শেংদোকউ, নমিং নমিংতু লাওন পাংউ, ঐ তৌগে য়েংউ তাউ। ( কুমথরকই )

( অকাওবী G দগি চংলকই, য়াওবৈ। পা-চান D. দৈ, মিচান $D_2$ দৈ থোরক্লগ মকম চান কম্মি নক্রগ লেপ্ত্রন তাবৈ )

অঙকপ মতমগি অঙকপ থৌদোক ঙাক থোক্লগ তুমিন মৈথোকপ য়াহ্রাও অহিংবনা? থিগংতব য়াব্রাও প্রতীকার করিনো?

অচুকৈ, খন্নাংচাক পিদোংদু মপাক্ক নিঙোল তাককৌব চৎকে খন্ পুঞ্জীদ ঋম ইরুকৈ্জ মমৈ খপ খপ ; য়াইথু কৈরুৎনা মখোঙদ থাক চয়প চপই, খংমনুন কিক্ত্রিং পাইখৎ হৈনৌং মশাদ পত্রাক তোংঙই, হৈনৌংমশা অথাকপত্ত্ব পোক ভেকই, ককচেং মহুম বোমদু নৈবাক্তহুপ বোপ কায়। নীংব কাম্নরব ককচেং লাম্মী অক্কোহিনি তন্নাহ্ শেকপী মকোন্দ থক কাখৎ মহুম শাখ্রে।

পা-চা :—শেকপি মকোন্দি ইথৌ, লাম্বোইবৈ মালথাওদ।

অহল :—তুমিন নৈয়ু, খোংবান লান্নুম্বসিদি। অচুদৈ মকোন কাম্নরব শেকপী শন্নুহু কয়স্রো কোইপাই পাইয়ম্বদগি কোন্নুংগি লম্পাক্ত শামু য়াইশান মুশিনমূ মনা কোয়াচ্চ শাক্তৎচুনা নৈয়ম উবদ কুক্রং কুক্রং পাইশিন শামু মবুক্ত মকোন শাখ্রে।

পিচা :—ৱাদি য়ারৌবিন্থু ইথৌপুরেন, শামু মবুক মন্নুংদ মকোম শান্নিব শেকপি ভোঙালছুবু নুংশা কয়ম হোন্দগে ?

অহল :— শামু মনাতোন অহুক চাউব অম পাম্নিবহুদি মবুক্ত নৈব শেকপী পুম্নমক্কি ওকয়ে! হৈয়াংখোই পাম্বী, য়েৎলকখিনো।

পি-চা :—য়াম্নী মথোং হক্তব তাবসিদি ঐখোয় কাওব নুংশা থিংল ঙাইবদ থবাক ফুন্নি।

অহল:—থবাক ফুন্নগ নৈরক লাথৌব চথলো; খোংবাল লান্নুম থেংনমব অা লক্কাংদ।

মীচম ও :—মথা চথখিন্থু থূড়াহন। য়াম নুংঙাইরি।

মমা :—কয়ক্ত য়েংখিন্থু মূম তাখো অঙাংশা।

অহল :—শামুহ্ময়াং কাংশিল্লক্লে, শেকপী মচা কোটি অম পোক্লে। শেকপী ময়ামছন পাইখৎলকপদ শামুক্ত মখোঙ লৈবাক ভাদন শুল লেপ্পা উবদৈ, মাহুৎন মখোঙছ য়োৎলিন পুক্লে। নিংখৌদা হৃৎলুবদ নিংখৌ মখয়াই হুংঙাইক্লে, শামু মনাক কম কপ্পা উবদ, লৈবাক অহৈ অশিং মাইচৌ ময়াম তিল্লরে, কল্লিনো শামুগি দশাসিদে? নিংখৌন বুদিশিয়েল এংকারী ভৌ-হায়ছন লাওখোক্লে মাইচৌশিংদ।

অকাওবী :—ইপূ ইবুংঙো, রাদি রাক্লোবিহু। নিংখৌ লৈবাকুদ সগোল শামু লাইয়েংনব মনডাক্তোর লৈবিদব্রা?

অহল :—শামু য়াইশান শেকপি ভেক্তোলগি মভোন মখোঙ লৈবাক ভাদন রাংখৎলকপবু মন ডাক্তোরন লাইয়েংলগ কগত্রাও শ্রীমতী অকাওবী।

অহৈশিং :—ইবুখোপুরেন! থাইনৈ ফুদা রারীসিগ আজকালগি বুদিশিয়েল এংকারী ভৌনরিবসিগ কররি মরী লৈনবগে?

অহল :—আজকালগি মাইচৌ, ডাক্তোর, ইঞ্জিনিয়ার, এদভোকেট ইবুংঙো, থাইনৈ বুদিসিয়েল এংকারীগি থুদম পীরকে ভৌরিবনি। ঙহাক্তদি থাংখো। হুমিৎ তারকপগি কান্দুদ শেকপী মপি শিংছন ভাইটামিন য়াওব উহৈ অভেকপ চানীংলছন কজং পাইখোরক্লে। নিংখৌ অমদি মাইচৌশিং থংপ্রেক থংই। শামু নারিবসি শেকপীন মবুক মকোল শায়বননি থঙনয়ছন, শেকপীকাও শেকপী ফাও লাওনরকই; থানাগি হুইখৌন শেকপী তাক্ত কায়, হংই নিংখৌন

করিগিনো শেকপী নঙন শামু য়াইশাগি মবুক্ত নকোন শারম্মিবনে ?

মমা :—শেকপীন খুম্মি থবক কংদব ককচেং নোংমৈথৌশিংন ইকোন মুনবিখিবননি শ্রীযুৎ ইবুংঙো নিংথৌন ককচেং নোংমৈথৌ কাগৎলকই হায়রদুন হুকুম তৌই।

পা-চা :— নোংমৈথৌ কাগে হায়রদুন তীম্রোক ভেকোল অম থারুই। ককচেংব খুম্মকই; হৈনীং মশা শোনবননি, ইহুম খুগাইরবদি মীহুমদ চংব মথৌতাবনি।

অহল :—হৈনীংমশা কৌরকই নিংথৌন লাওই। হৈনীংমশান খুম্মি; খাব্রাংচাক পিদোংহুন থৎ-থৎ তোংলবদৈ ভেকপনি। খাংব্রাংচাক নঙ, কৈদৌন উশা অথাকপদ থৎ থৎ জগোই চোংউই ? ননাই ঐ য়াইখু কৈকৈন ইথোঙদা kissing তৌরকপদ থংমনগ্রহুন তৌবনি।

অঙমথৌ :—য়াইখু কৈকৈ—নঙন নগুঙ নমায়রবনু নত্তন কৈথৌবৈ খাব্রাংচাক মথোঙদ চাকতারুই ? ননাই ঐ ইয়াদ নত্তে; পুপ্রী লৈয়াই কিন্নবহু য়ুহারারে হায়রদুন থংমনগ্রহুনা ইবেম্ম পিদোংহু মথোঙদ য়াম্লগ অভিয়াদ পাইখৎ থম্লাই হিংগবরা থঙরুরে।

অহৈশিং :—পুপ্রী লৈয়াই, জুয়েল লৈয়াই, নথোয় কৈদৌন নিংথায় ? ঠিকাদারগি সন ময়াম চেনবদ নীংথারখিবনি। সন নথোয়গি কৈদৌন অহুক থক্লা তোর্কাম্দ চেল্লি ? সনজেয়হা অঙাওব-শিংন তানবগি চেনবনি। সনজেয়হা নথোয় কৈদৌন তাম্লুই ! ইমান চাক পুকথয় পীজদবৈ শজোমগুমগে য়াদহুন তায়ব।

পি·চা :—মমা নওদি করিগি নচা মনজেমহায়ু চাক মবুক থলহন্দে ? মখোয় বাজিন লৌবুক্তে কৌ ওরুব পুখংলক্তে। লৌবুক নও করিগি নয়ৌ ভৌত্থন কৌয়ায় খোকহন্দে ? ইনিংখৌ ইবুংঙো কুমগি নোঙন লৌবুক্তদি চুবিত্রছন ইম্ফালগি লৈরক থুন্নক্ত লৈখোম খোকহন লৈ ? নোং নওন করিগিনো মীশক মীমাই মীচং মীথায় নাইরিবা ? হঙোইন মতম চান হৌন খোঙদবদৈদনি।

অহল :—হঙোই ঐদি কৈদৌন খোংদনি ; গোগা গোগা ; গোগা গো-গা ! ( মনাকোং খেয়ে অয়াম্বব )

পা-চা :—অহুদৈদি নিংখৌন হন্নুব লামচা, ইহে, হঙোইহুবু নুংন নম থমথি হায়রে।

অহল :—করে, ছজিক অমোংপ মৈথু নমথীব পেরেসি থিগংপ হৌরসি। নহায়োল লমহেনবশা ! নখোয়ন করিগিনো লুপ্রাবীগি শেল্লাও, হন্নুবৈ হন্দোল উপুদ লোংপ শেল থিংতং কাওব নোংবৈ মল্লন হুংলিবা।

পি-চা :—লৌলা সিনেমা কুম্মৈ লুংঙাইরব হোংইদো; হোটৈলদা বারদ হাওরব মপং মহী য়োনবদি উইদ্রো; শেল খোরুব থবক্তি কংদে। কয়া হিংদগে ঐখোয়রো ?

অহল :—পিচানবু শেল য়াংপ্রাও ?

পিচা :—পাচাগি মুরিংখাওদবু শেলগি পেয়ে শৌব্রাও ?

পাচা :—ইমাইপা, মরীমত্তা পূয়মক্তগি দোনেসন চংমম্নুন ইশক উবদা খোঙ লোময়ে। নহা ঐখোয়গ ইয়মাই হিংজনব ইভিকচাব থবক পীবিত্রিব করিগিনো ?

অঙমখো :—নখোয়না তোকপা মতিকচাব থবকপু কয়িনো ? নহৈ কাইহৈত্তে, করিগুম শিক্ষম অমম্ভু তম্মক্তে, অঙম ঐখোয়ন নখোয়গী থবক কয়া পি য়েংই, হৈত্তবনিন লৈবাক্কা য়া য়া য়া নোকই, শেপ মাংহল্লে হায়ন্তন।

পা-চা :—উঝা-শিংন নিংথিন তম্বিদে, শিক্ষমশঙ য়াম্না থম্বিদে

অহল :—উঝাদ তায়নয়ব্রা বুহুশা ? শিক্ষমশঙ অদুক য়াম্না লৈরিসি অপাম্ব অমত্ত য়াওব্রাও কত্তনশা ? উঝাশিংন নহায়োলবু হৈনব তম্বিত্রবদি তোলোব লৌবকাপ্প ইকাইবিব্রাও ?

অহৈশিং :—উঝাদ ঙাক তায়নবিহু, অহল লমন মমা মপান নিংথিন য়ারক্তবন লমহৈনব অঙাংশিংন উঝাবু উশিংত্তে অহুন কয়াম্বন হৈত্তবনি।

মমা :—মমা ঐখোয়ন অঙাংশিংবু সনশেমহাদ সন থাদোকপগুম থাদোক্লগ তোকচদে, ফন চৈজে য়ারকচৈ। মপান পুক থম্বব চিক্লাক পুশিল্লক্তবনে, মচা শেন্নবগি তোলোব চাবমু নত্তবগ।

মীচম :—মপা ঐখোয়মু পুক থম্বব অঙম অখো-অচৌ অশাংগি মখোঙনোইবদ চীয়োলগি চেনবদ য়ুমদ অঙাং য়ারকপ শঙদে পুকমু থন্দব। অঙাং য়ারকউ হায়রবদি মপা ঐখোয়বু ময়ম ওকহল্লো !

অঙমখো :—হমুব নখোয়বু কনান য়ারক্কদগে? নশান নয়মচং কৎতহন খোংথান অমোৎপদ তাব শেলদমক থোইচোপ্পব লাক্লে। অহল লমন মমা মপান ওক্তবদি মচাশিংমু নোংমৈ শানীংবনে।

মীচম :—অঙাংন মপা মমাদৈ ওক্তব তম্বগুম্ অহল লম্নমু অঙম অখৌ অচৌ অশাংদৈ ওক্তব তম্বনে। চুক্তিকপু লৈবাকি ফনব য়েংহুন থবক তৌব অঙম, আকিসায় থঙদে, অহৈ অশিং থঙদে ১০০ দা কয়া গুম্নবগে নমথাক লৌনম তৌদ্রব হূয়াম্লগ ফুঙ্গা লাইরুদা লোৎতবা ? (থম্নন থুবাক, অত্তেন চুপচাব )

অহল :—অহুনদি তেজ্জালী পেরেসি কদায়দ লৈরবগে ? য়াদন হূয়াম্লগ হৈনাক থুনবা তাম্নবসি লৈবাকি ধর্ম্ময়া, আইনলা ? লো এন্দ ওর্দারনা পাঠশালাগি ছাত্র মচাণ্ডাক্তবু কারণ, অঙম অখৌ উঝাশিং অচৌ অশাং কয়াইবশিংদি হূয়ানব য়াবগি লাইসেনস পায়বনরাও ? তেজ্জালী পেরেসিন কাপখোয়কইব, লৈবাকমচা পূম্নমক্কি থমোইদা য়ুহায়ারিবসিগি epicentre বু কদায়দ লৈবগে ? ( য়াহৈ - অচৌ অশাং; অহৈ অশিং মুংশা থীনৈ মনাকোং মেয়ৈ অত্তেন কন্নক পেন)

অঙম :—করে, অহলন পুথম্লকপ য়ারেপসি থম্নব অমদি তৌট লৌননব অহলবু অমুক্ত হন্দোকহনসি।

অহল :—হূয়ানব অচৌব হায় ফাগে, কোম্বোংশংপ তাহু থূহু, গৌ গৌ শিংবুন কোম। ( মীচমদ ) অহুদৈ ঐ তৌয়কে, সমাজগি চেবাং অতৌবদ হায়ুক ওইরিবশিংহু মহী তাখো-কসি। তাব তায়বাও ?

মীচব :—মানি, মানি খুড়ামাম ইপল ইবাই ( পুখোকখি )

অঙমখৌ :—চাউথংপ য়াইফব পাম্ব মম্নাপ মপাংগুব তেজ্জালী পেরে মেনশিনসি মুক্তোকসি হায়রবদি মীগি ময়াল থিয়গ মীন

লাও খোংন চৈব য়োংহনুবগী মচৌনসি মেনসিনব নত্তগ ভুশিনবন ঐগি অহানব পামজবনি, লৈবাক ইয়াং হৌদনব।

অনীগুবদ ঐন পেঙ্গদবনি অঙম অথৌ ঐখোয়দ চীয়োল তৌবিয়দব, ফুরিংথাওদ শেন ইনবিয়দব। অতৈগু পেন্দব অনী অনীদং টৌবিলদ থাজংপিরকউ।

অহৈশিং :—ঐখোয় অহৈ অশিং এক্সপার্টন পামজবদি নমথীব য়া লাও খোংব চিনবান ভুশিন থব। অনীগুবদ, নমথাক লৌনম, সার্টিফিকেটশাব, হৈত্তন অহৈশা-শেল তানববু জেলদ থব।

পা-চা :—নহায়োল ইনথংলকইব ঐখোয়ম পামজবদি ঙাংগনব হন্নুব হন্নুবী ঙবোংথাওদ নম্বগ ইস্ফাল চুয়েলদ থাদথিব; অনীগুবদ নহাগি পাঙ্গল থৌনা লৈবাকি মঙ্গল ওইনব অচুম থবক্তা নীংথাতম্না শিজিন্নব য়াব। এনার্জী ওয়েষ্টেজ লৈবাকি মাংনবনি।

পি-চা :—ইমামচা ঐখোয়ন পামজবদি থীন ঙাংবচৈব আইম্ন থিংবিব। অতোপ্পা অমন, ইনীংইথা তম্ন পুন্সিগি খোঙবুয়োই থনব অমদি থাইনব আঁইম্না য়াবিব।

মমা :—মুস্পানবি মমা ঐখোয়ন, মীন লক্সব নোক্সব ইয়াল পীব ওইদব য়া খোম্মুয়গ, তাজনীংদে। মথংদ গেন্দব অমদি লৈবাকি কন্দ লায় শিজিম্নব, মাংহনবনি। কন চাউসন্ন মখোয়ম্ভু ঙাকপিদন চহি ১০ দৈ তাদন জেলদ পংহনব।

মীচম :—মীচম অম ওইন তাজনিংদবদি মমীৎ নামতন মীপি ময়াল উয়প লাও খোংন অতিয়াদ পোকথায়হনবয়ুনি। লৈবাক

ইয়াং হৌদনব মতিক চাদববু লাংহমব কত্তে। অনীত্তবদ বর্ম অমদি রাজনীতিন থুংলাই ওই মীবু মাংহনব অমদি লেল তানবশিংবু চহি ৫ দৈ তাদন জেলদ লোখাহনব।

অকাওবী :—অকাওবী ঐথোয়ন লৈবাক্কিদমক আঁকিস বয়াদ চংপ-কান্দ মীন লক্লবি "কদায়দ ইঙ্কিংব চংলিবনো? ওয়াংদি আকিসায় কয়া লেঙ্গাওদ লকই?" অমুক শাওমীংব ভাব তাদব ক্রিটিসিজম কদায়দৈ কোংলুদগে? মরম "অহুন ক্রিটিকি সিস্তোল ওইরিব মমিং কত্তন তাংগনব হকুবৈ মচিন তুশিনব নত্রগ বোয়া খাওদা হাল্লগ বৃন্দাবন্দ পার্শেল তৌখিব।

অনীত্তবদ লৈবাক্কি য়াইকব পাম্বিব ইচিমাওশিং লেন্দ পূবগী মরু হূকপিগে হায়রবদি পি-পা অবিকায় চপ মাম্নবন, নিপান হূপী ৩/৪ লোমব য়ায়বদি হূপীদু নিপা ৩/৪ লোনব য়াবিব তাই। মুল্লীমগি হূপী মরী লোনব য়াবগুম নিপাদু হূপীদু ৪/৪ কাওবদি মৈতৈগিদু একসক্লুজ তৌখিব আইয়া।

( Enter হকুব from G. )

হকুব :—খয়ব লোইত্রিবাও? করি করি য়ারেপ তারে? থুংখাব য়াব, ময়াম য়ামরবন করি করিনো?

অওমথৌ :—কন্দিয় থূড়া মাম ইপল ইবাই। ময়ামা য়ানুযব লিংজেল য়াল্লব য়াকমদি অম লৈরে অতৈদি অমুক খন্নখিদব য়াদে; থাইন য়ানরব য়ারেপসি খবক্ত পাংবদ মীয়ামসি সহযোগ চাই। অহলদু য়াবিনি নীংথৌ।

হজুব :—মীয়ায়া য়ানয়ব কক্সব য়াবু থবকত পাংবদ ঐ করি য়ারোই ? গুন লৈয়ব হজুব ঐবু নখোয় নহারোলন অঙাওবনি হায়ন থনব্রাও ? ( মীয়ায় থুবাক থুই )

অঙমথৌ :—অহুদি লৈবাক্তি মকলগিদমক য়াইকথৌ অম ঙসি পায়খৎলসি। নহারোল থয় লাও।

( অহৈশিং, পা-চা, পিচা লাক হজুবৈ মখুৎ নাম নাম পায়রে অঙম অথৌন ইঙ্গিৎ তৌবদ )

অহৈশিং :—লৈবাক্তি য়াইকবব খুড়া-মামবু হাসপাটালদ পুয়গ চীথান অনীহ ক্রিটিশিজয় লাওব খোংব য়াদনব তুশিন্নুব তারে। করিন্থ নারোই ঐন ওপরেসন তৌজনি। চয়োল অমত্তং য়েংলগ মী চৈনীংলক্তুবদি অমুক থাদোকপ য়াবি।

হজুব :—ময়ামগি আইন, লৈবাক্তি হকুম। ঐগি ইচিন তুশিন্নগ লৈবাক্তি য়াইকনি হায়রবদি তুশিন্নু য়াই, দধিচি মুনিগি শরীন হিংচাব হাংনব বজ্র শাথি ঐ থজিঙ। তুশিনত্রিঙৈগি মথাংদ হায়দোক্লীংব পেল্লবথয় থৌনাওদ পল্লিবজিদি তেংথোকথিগে কো হা-অঙমথৌ ? ওপরেশন মতুংদি ঐ য়া ওাংব য়াঞ্রোইদো, শিরবওম তুমিন্না লৈব তারব চয়োল অম, চয়োল অমত্তই মতুংদ কনান থওনি মী ঐ ওাংবীং চৈনীংলক্তব য়াই। য়ারিঙৈসিদ ঐন হায়দৌবদি ( angry tone দা ওাংব )

অঙমথৌ অচৌবাও। নঙন পান্নিবসি থাইনৈ নিংথৌ থুজমহুয়া অতৈন হুই হৌদোংগুম ননাই। হা হা হা গুলী বাটোন তৌরে নঙ থঙলহৌ। অহৈ অশিং। নহৈহ্ন লৌশিংহ্ন প্রজাগি মমীংত উং

চায়রগ শেন খোক্লবৈ শুম্বন লাও ? নবুকচেল অহুক পিকপদি সহী চাউ, সনগি মস্তো তম্নীংনবা। নিপামচা, অথৌবা। নপাক্লনহু অহল অঙাং অশোনব য়ৈথুরগ ফুরিং শেগাইব থুদৈ খোংদাই মুম্ন। অকাওবী! নঙদি লৈবাক অসিদ লৈব লাব পুম্ববু য়োইবুং খোংছন জয় তৌরগ বর্ণশঙকর লিংখৎলু। হোংব, চাউব, তোম্ব মীচম তায়! নঙদি থবক শূক্লহু নচীন থীরগ চাউ, চনশ্নি শম্পকপি ওক্লো। মমা ইবেম্মা গক্কারী। নঙদি য়েনবি শুক্লো, য়েক্লম য়াম তাঙলবনি, অতৈ তৌরুহু নরুম কোম্নু। কনা য়াংলি ? য়োং হৈয়াংখোই পাম্বী। নঙদদি ইবেম্মা লৈবাকী মানী ওইকৌ। পাম্বেদি নিপা পুম্নমক্তে ভোট খোম্বা; থাইগি হুপীনি হায়ছন সিম্বোলদ য়েক্লগ, মাইকপূ লাওহনবা। খোনাও থর য়াই শংলে হাসপাটালদা চৎসি।

( মনা য়েম্নুন থাংনৈ. মচিন থৈত্নৈ, পুপ্রো হায়ছন ইদিং তৌনৈ। পুপ্রগ হুংশা মপী হোম্বোক্‌ন য়াই শংনৈ, হমাই হট্নৈ।)

অঙমথৌ।—চয়োলসিমদি Go as you like কি চয়োল ওইরে, মী থুদিংমক মান মান তৌনিংব তৌব, শেৎপ চাবদ অক্তৈন য়েংসিনব ঙাংব চৈব অমত্ত য়াত্রে। অম্নুক হুংঙাইব কদায়দৈ কংদগে ? ঐদি ঙসি হুপীশায়গ কোইখোকউগে।

অকাওবি :—তামো ঐ হুংইজয়কে নিপা শারগা! কুইরপোৎনি তাক্না অমত্তং কংলবদি হায়ছন লমজয়কইবা

অঙম :—নঙবু অশাব হৈনব্রাও ?

অকাওবি :—মী নব্রাও ঐবো ? কোয়েনগি অকমহু লৌথিসে।

( $D_1$ দা চংগে তৌবরু G দা পু থূদাং লোমশিন্নচৎখিন্নথি musical rhythm দা মথোং থায়ন থাংখিন্ন Slow march. মীচম মঙক পৈ হুংশিব মস্তৌ উৎলি, মমান কয়ক মিহৌ য়েংহৌই মক্তিন য়োং)

মমা :—তাধন, কবি চিন্তানো তৌরিবো ? অঙাং ৮ দা ঙাসিক নত্রাও ? ঐগিদি ৯ নে, তোলোম চাবন অমথক।।

মীচম :—৮ নত্তে অতোম্বাগি থারগা ১৩ নে মজ্রেম্বা। থবক মুসোং চাব অমত্ত পায়ব য়াওদব। নুপ্রাবী শায়ু লোইথি চহি ৬০ রোমদ ঙাররিবী অমত্ত তাবিরকও।

মমা :—য়াত্তা হুংঙাই তাশ শাম্নরুসে ঐথোয়দ, মপান্ন লংকৈদ চংথি।

মীচম :—কৈনে, ছুটি ওইরিভৈদ থর ঙাওহোসে।

( মথুং শয়রগ Ladder দা কাথি থাবল চোংবওম ) মূপীচান লিকলী ১ মথুং ওইন য়েপ, য়েংন অহৈশিংগি মথুং পায়-চিং, মতুংদ পা-চান মথুং থেক শাওন ইন G দৈ লাক )

অহৈশিং :—করিনো ঐবু ভাব তাদেনে।

পিচা :—উম—ম। মীৎয়েংদো ওসি স্বাধীনতা দিবস অসিদ লিক্লীসিন সাক্ষী ওইহন দলিল অমত্তং ইনরুসি অচৌকপদ।

অহৈ-শিং :—অম য়াওরিসিদি ? ( ইঙ্গিং )

পি-চা :—মাগি থন্নান থাম্ন লাকথিনি। never mind. (হয়া য়েং) ওদবাই দাদীং। ( মথুং হায়রম্বগচংথি ) ( শাওন লেপহৌই মথাং য়েৎ য়েং )

পা-চা :—কনাদৈনো এটোম বোমগি কোরমূলা ঐন থিদোবা ? শূর্পনখাগি লমন থুম্নব সীতা kidnap তৌরুবদৈ রাবনগি লঙকা মৈ চাকথি। ঐবু অরেম্বদ মাংব য়াব্রাও ? অহুমকপু ইজ্জৎ ঙাক্লব মীন কিনব থৎলাই অমত্তংদি থৌরাং তৌব তায়। ( রাখল তৌরল Gate জা থোকথি )

( মহাক থোকথিবগা ইশৈ হনথ থোকরগ. ১ জা লোয়রো )

ইবৈশহনব ঃ—ঙাংবিনব চৈবিনব চৗন য়েংতুম্ন তুশিনখ্রে। অপাম মুংশি, কমক য়েংখী, হাংনিংব মাংহন্নীংব, শেঙা থুমজা, নমথাক লোৌবম অয়েং অপন লৈত্তন মনীং ভমখো, কৌ শংবাইদ নয়া পৈশা ৫০ পীয়মনা লুপা ৫০ পীখ্রে, নোম্ন নোম্ন অঙম অঙম লাম্নয়ে মুমরে, ময়ীং নারকুন Law and order মু earned leave লোৌখ্রে। পৃথী মাজান শাওমকুন মুহা- রারগে হায়মক্রে কয়মো ঐখোয়বো। মথাদি ইবৈশ!

নহৈ হৈয় লোৌশিংশিং;
লৈঙাক কর্ম্মদ দক্ষিনা য়েনবা ও!
মাজবৈ মমল ফিরৈদ কিং য়েপচহৌ।
অয়েম থয়দং ময়াপ মপাংদ
য়েম্বোম্ন তোকউ ময়ীমভাংদ কৌজ।
কয়াদি চংন ভাংলবহু লৈরুই
মহৎপু হজিল্লবয়া!

নমীং কুৎল নয়াংকং;
মুমুয়েমব য়েনবী, অহাওবমথৈ খল্লোকখৌ।
চাকথুমদ লোম জবক জবক চাগোকহৌ।
মকুম শিংগ অভাং শদুইদি
কিয়েং কিয়েম খাংজেং ওইনৌ।
কমাবদি রাজক চারাম রোক
অভাং কয়াদি পোকখিনি।

– ( ইশৈহন চংপ্রগ Flash Light and Red Light না $D_s$ দা কপ্পি। Three legged Race কি মখোঙ ওইগ রেৎক পুন্নগ অঙমথৌ অকাওবি লেংগোন্ন খোরকই হয়াওনা খোয়গ ২ হুন য়ায়ী শারিঙৈ মথুংনাম থৌরিন পুনব হনুব, মচীন্দ কিযুম্নগ পুন্নবু ইশৈহনবন লোন্ন পুনক binocular শা রেংই S তা লোন্ন পাকথ )

অঙমথৌ :—ঐদি য়াংশ্রব গান্ধী নীতিন কিয়াল ওই লেংবান্দ খোংজ, টৈক্তিংগুম হিমালয় চীংদোন্দ কাজনীংবনি অহুবু চায়বী, নঙগি নয়ান্সু ইন্দব তাদব য়াদবনিন, নত্তে ; নখোঙ ইখোঙ পুন্ন খাংব তাবনিন, হায়ন্নু তাসি নঙগি থম্মোইদ লাংচব কিদমদো করিনো ?

অকাওবী :—ঐন খাইদৈ পামজবদি থরাইগি মবুংঙো। ইপু ইনাই নিংথৌগ য়ানীগ ওইব ওয়ব ঐখোয় হিজোলগি অন্দর গ্রাউণ্ড সিমেন্ট-কংক্রিটন চনব গুহা অচৌব অম তৌসে।

অঙমথৌ :—করিগিনো মবেম্মা ? ঊশিং য়াংতনব্রা ?

অকাওবি :—নচ্চদে মবুংঙো, খোঙমী লাম্মী নোংমৈ কৈনব সনা লুপা মনিমুক্তা অঙব মখৈ পেকশিন্নগ থম্বনি। খুং কন্নবদি, খুংনু খুংলাই অকব লোইয়বদি নিংথৌওইনব ভোট তক্তি কৈয়ব বৈকবশিংন হয়াও হয়াও মহুম লাম্মোকচনকনি।

অঙমথৌ :—অছুদি কন্নো ইবেম্মা নঙন চীংখাদ দলাল মন্নক্ত কায় থৌব পাম্মি, ঐন ঊয়কুম্ন চীংদোন্দ কানীংই ?

অকাওবি :—থোয়দেয়ে মবুংঙো, অকোন অহান্দ য়ানে। অহানবদ নিংথৌ য়ানী ওইনব হোৎনয়ল, অকোনবদ ধর্ম্ম কর্ম্ম, গান্ধী-নীতি; পীজ পীথক, দান দক্ষিনা ইচন চম্নিয়ে।

অঙম :—হায় ইভিক ইরল পায়রগ কোম দথিচি মুনি দাতা কর্ণহরিচন্দ্র মহারাজ, Thank you সাবিত্রী Thank you ( কোয়ন চং রারী শায়দ্বদৈ $D_2$ দা চংখি )।

( ইশৈহনবন ফাম্নবদৈ নাহোক, হমবগ ভাম্নরগ মগুংদ চেনিমন থোরী or chain না কল্লুই, লাওরকই অঙমথো অকাওবীন )

লাওরকখোন :—ওহ-ও চীংখুব যুবরাজ ইবুংঙো ! পুরুম মন থাদোকপিরকনো ! ওহ-ও অমুদোন বোংয়াই-নঙবু ভাওরবা ইবুংঙো ? পুরুম মঙাওন মোইরাং প্রজামথৈ রাইহন শিৰ ভারে, কাজিল্লো।

( হমবু ইশৈহনবন অমুক কাম্নগ কি-কি কাৰ পুথোরকখি Gate লোমদ চংখি )

থাবল চোংবি dance তা Ladder দগি মীচম্‌গ মমাগ লুহোংবগি কিজিঙম কিনরগ থাবল চোংবৈ ভাম্ন রারী শা কুমখরকই।

মীচম (ইশৈহনব) :—ব্রজ নিংথৌ মপারী,
মমা ( খুম ) :—গোপীজন বল্লভ,
মীচম :—বৃন্দাবনবু য়েংরুসি ?
মমা :—রাশ লীলা শাম্নকম।
মীচম :—এক গোপী একশ্যাম।
মমা :—নিভৃত নিকুঞ্জবন।
মীচম :—নচা নমৌ থমুমু।
মমা :—মথোয় মথোয়না পামজয়।
মীচম :—থাঙবু কেংলে কেংসমু।

মমা :—নোংমৈবু শারে, শাসনু।
রীচম :—অঙম অঙম হাংনজো
মমা :—অকং অকং য়ুমজো।
রীচম :—নঙগ ঐগ শোইত্র লোইরে।
মমা :—পান্থু কুর্শি য়ানয়গা লোইরে।
রীচম :—নঙগ ঐগ সুংঙাইব লোইরে।
মমা :—চুবিয়া পুখ মাংগে মাংজো।
রীচম :—নঙগ ঐগদং হিংহোর লোইরে।

G দা হমুবন হন্টর পায়রগ কুরগে তৌরি; ইশৈহনবন কাব ঙমহোত্রহন চেল্লিক (মচীন্দ কিবুন) অনীছবু তাম তাম কুবদ "অয়ো ইমা হাংলে হাংলে; থরাইদদি কনবিয়ো" লাওহন বোইন চেন্নি; তামহন কুই।

রীচম :—কয়য়ো কয়য়ো। হমুলামচা, হমুব গুপ্পা কাজিনলে।
মমা :—লৈকাহি লৈকাইশা। নীংখা তব য়াত্রে, খাধীনতা ফুলাইরে।

( G য়োমদ চেনত্রে হমুব ইশৈহনরমু তামত্রে )।

হাক পেণ্ট অতৌব শেং T Shirt লিংপ অহৈশিং মনশা অয়ো য়ো খোং খোয়কই চোকথন, মথাংদ থৌয়ী অশাংব মতোম কিরি, Sleeping gown অপাব শেং মশা তপ নত্র কবো মোজা কুরিং লিং ইয়রকই, মথুং ওইদ জোনী walker bottle half full পায়রি, য়েংত drinking glass পায়। মজুংদ শাওন ইয়রকই পাচান ওইদ ছুরী ১ য়েংত Toy Pistol অম পায়।

অহৈশিং :—লায়সী। ঐবু ওক ওলহনবিয়নো মী-ওইহনবীয়ো please ইউলিসিজ লারে ঐবু কবমিনব।

পিচা :—ছুটি মনুংনি অথোব, "ইট,ড্রিংক এন্দ এনজোই য়োরসেলফ"। নুংঙাইনব পুন্সি নত্রাও ওকশাবাও? শিদোব থরাইনে; চাখো, থকখো, নুংঙাইখো। Drink life to the lees.
( ঙাওরপ ঙাংই পেন্না )

পা-চা :—অতৈগিসু থর থাকউ, নথোর থরদৈ য়েংনো। ( ঙাওরপ ) মী কয়ান চয়া অনী চাত্রে, মমুম নোংমুক্তন মীগি য়েন্নখা মনীংথোঙদ লেক্লে, থরন মমুমলম্বী কাউথোকখিহুন খোংবান্দ তুম্মে। নথোয়ন চামন থকমন্দুন নবুক কায়ত্নে নকলাপ ঙাহৌয়ে। কন্নি থর্শনো? কন্নি আইননো? কাপ্পোয়া?

পি-চা :—তুমিন লৈমু, ঙানীংদে হুইনাওমচা। নথোয়গিসু মতম লাকখিনি। থরাব থা কৌহুন গৌ গৌ খোংউ।

অহৈশিং :— অথোব নঙবু ইউনিসিজ নত্রাও? নুংঙাইবন হায়ে ঐ, ইপাঙল হৈদোকখ্রে, ওক ঐবু মী অমুক্ত ওলহনবিয়ু চেহ্‌থগে?

পা-চা :—এলসাসিয়ান দোগ, ঐহাক ইউনিসিজ নত্তে নহৈ ঙায়। ঐন পায়রিবসি Toy পিস্তোলনে, মৈত্তৈ হুই ঐনবু কদায়দৈ কায়্যাব নোংমৈ কংদগে। গৌ-গৌ-গৌ।

( লোয় য়েংলঘদৈ হমুব হকৈর পায় চেনিসল্লকই গেট্টাগি ডায় তায় কন্নি অহমহুদা কোইন ২/৩ লক চেন্নখগ G দা চংখি )

ইশৈহন :—কুয়াওহংদৈ মাখোকখ্রে লৈবাকমচাশা! ( লৈহুন চেন মথং মথং ঙাৈমে, থোকখি ইমহুন )

Light—Dim, Music dull hope-less.

অঙমথৌ :—পুন্সিগি থোঙথাঙ থুদিংদ মৈথায়ব ঙাক্ক ! লৌবুক্ক এক এক কংলে, নোং তাবিদু য়াদে। লুহোংব থোংদোংব, শায়ব মুমিৎ হয়াও তয়াম থুগাইনবদি য়ম য়ম য়া-য়া, পোলাং অহোবন নোংথাম্ব কামদে।

( হকৎ হন্দা চৎলে শাত্তনীংব $D_2$ দৈ থোয়ক্লগ )

মীচম :—( L দৈ কুমথয়ক ) মানব জনম বৃথা গেল ! তাইবং পুন্সি অয়েম্বদ তায়ে। অত্তাং নিংঙাই কত্তব চাউয়কপ ঙাইবঃ ঙাংগনব চৈগনব য়োং অহন শিব ঙাইব। অকিব অথুকপ চিংনব, পোথাতম থঙদবগ সঙ্গ তৌয়গ হিংবগি হুংঙাইতম কদায়দনো। ( Freeze )

$D_2$ দৈ অকাওবি, L দৈ মমা মায়ন থোয়ক কাক কাক নোকনিমৈ শিথ শিথ। D দৈ মুপীচা মোমোন মোমোন নোক কোইন য়েংই ময়ামছু। ( নোকনৈ শকক্কম Freeze ) G দৈ অহৈশিং পাচা শাওন শীংনবৈ মত্তৌদ জবেং জয়েং চংলকই।

২ পূম :—সিবু খাংহুন লৈখিত্রা॰ তাইবংমীন ? শিথিব ঙাইব ঙম্মরোই, হিংন কায়গা হেক্ক লৌয়সে ?

অতৈন :—( খুবাকখুই ) থম্নব য়াই। শাত্তি লৈত্রে।

অঙমথৌ :—ঙাইথো; য়োং হজুবসি মচীন্দ মেনবন কাময়রোই মথুংত্ত মথোঙত্তু পুনশিন্নগ বোয়াদ হান্নসি অহ্নগ তাইয়েন মত্তোন্দ য়ান থম্মসি।

মীচম :—নখ্রগ বৃন্দাবন্দা পার্শেল তৌধ্রসি।

অহৈশিং :—য়েলদ বত্তা তোংমিন্নবশিংন ঙাংমন্নি তানীংদে হায়হুন গাড়ীদৈ থাদবিমম্মদি ?

অঙমথৌ :—কায়দে বৃন্দাবন্দ পার্শেল তৌথ্রো। হজিকমক পেকিং তৌয়দি লৌরুয়ো।

মীচম :—কিয়া বোরায়া থিরু অঙাংশা য়েৎতুমগ।

মমা :—ট্রং অচৌব অমদ হানবন ফরোইত্রাও ?

( অকাওবীন D. দৈ ঙবোং অচৌব ১ পূয়রুগ পারুথাখিন্নে মমাগ লময়াইদ )।

পিচা :—লাক্লে, য়ৌয়ক্লে।

মচীন পুন্দ্রে, হন্থবু অহৈ অশিংন মথুং নাম নাম পায়য়গ লাকই, মশা শোম্বয়ে য়াঙাংব তম উই. মমীৎতন থান থান য়েংই। য়ৌয়রুগ চপ লেপ মথং মথং মুম্ন য়েংই। মথুং থন য়েংই, খুদোপ্পীন থিনব য়াঙই। অতৈম্ন মত্তৌয়েং দৈ।

হন্থব :—নথোয় ঐবু থোংলগ চাথোক্নীংলব্রা? আন্দামান্দ থাদীংলব্রা ? মীয়ামগি কনখ ওইরবদি ময়ামা য়াবহু ঐ য়াই। তৌবদদি ঐ হায়থিরমগে অহল মথিন চন্থু মেমৈ হায়বদো কাউজহু।

অঙমথৌ :—অহল, বৃন্দাবন্দ তীর্থ চৎপ ওইন air parcel তৌব তারে।

ময়াম চং মথোঙ মথুং পূন্নগ ঙবোংদ য়োম থাংদোকথ্রে Gate লোমদা। ইশৈ হনব তঙক তঙক য়েং হুংঙাইতন দৈরবদগি ১ তা চৎ লেপ্পম।

ইশৈহন :—মনীংমথা তম্ব কয়াদ পামগ্রবা তাইবং মীনো। রাখল থেনবন হায়গত্রা লুবন হায়গত্রা ময়াম চপ মাম্ন অহলহু বৃন্দাবন্দ পার্শেল তৌথ্রে। নহায়োলন মনীং তথৈ চাংয়েং থবক্ত চথহোয়ে।

ইশৈ :

অপায় মুংশি নগক কপ
নমান থামজৈ ভাবিদা,
নপান ফুরে কিবিদা;
কয়য়ো নখোয়নীবু কয়য়ো ?

কন্নক মিহো ময়াই কা
অশাও লৈমৈ থাগৎলক্লে
মাইকৈ শীয় পাইশিল্লক্লে
কয়য়ো নখোয়নীবু কয়য়ো ?

B দু Centre Stage দা ইশৈহনবন থনম্মি ফিভৌ ১ থারম্মি। Spot Light না ভালহনব কৈ। music সেতায়গি অনেখ গৎ মচা ১)

রাজকুমারীশা কনেক মপান নায়ব-শেৎ, ইন্নফি অপাব ইন Bদা কম্মি মুপী মচা। খোঙ্‌ও শেৎপ সার্ট লিৎপ নেকটাইপুনব রাজকুমার অহৈশিং লোয় D$_2$ দৈ খোয়রুগ মতুংদ ভপ্প চং মথুং ২ বা পিচাসী মমাই থুম্মুই।

অহৈশিং :—ঐ কনানো খত্রা রাজকুমারী ?

পিচা : — অছুবুরাও (মথুদাংছু মথুংন মায়গ নান) নহাক লুহোংকাদদি
মুয় উহোত্রে, শীয়মগজা হায়ছন মুংশা রাম খীমম্মি হায়ব ;
অছুগদি ভরাং মুয় উরগ ঐন খাইদৈ থরাই ভাজব শত্রুমছু
ওইরমছনা কয়া মু'ভাইরে। মহাক্কে।

অহৈশিং :—Thank you darling. (মনাক্ত কম্মি) ঐখোয়
হিজোল অকোইবসি চীনগি লৈপলন খারিবসিনি। য়েক্ক

তীংখং, কল্লকৃমি-হী য়ান্না মপাল্দ লৈ। চেকপল অকোইবনৈ লাখোকনু।

পিচা :— হৈমা, ঐদি লম য়েংব কোইন পাইব য়াম্না পামজে, উচেক্লম, করম্নো রাজকুমার ?

অহৈ :— সীতান অহুভৈ পঞ্চবতী বোল্দ লৈরিভৈ লম্মন হেল্লোকপ রাদে হায়রম অয়েকপ লৈয়ি লাম্না চখোকউবদে রাবন চিংহুনা পুখি।

পিচা :—যুধামনবী ঐব কনান চিংবিদোরিবা ? কনবু নোক্লিংনিনে মহুদে।

অহৈশিং :—মীগ হিংচাবগ লৈই অমত্তন খন্নবনি। লম্মন ঐন্দু নহাকপু শেম্নদন ভাক লৈব ভম্মোই, খবক ইথ্যাং চখোক্তব য়াদবনিন। ( অঙমখৌ ফিংলপ থোরক )

অঙমখৌ :— হৈ, কদায় লৈ অঙাংশ ? ওহ! মশক মমিং তাক্তব নহাগি খোন অমন হুক্তিক রাইদ কোন তৌরকইনহৈ।

অহৈ :—করি হায়রকপগে পাবুং ? ( পিচা মকোক খুম্মি )

অঙমখৌ :—নঙবুরা ঐবুরা মাবুরা নত্রগ নমাশিবুরা অম ঙসি kidnap তৌনি, কানি হায়রকই।

অহৈ :—শেল কয়াম পাম্বৈনি হায়রকপগে পাবুং ? ( মমাসি অকাওবি থোরক্লগ কিব তারৈ )

অঙম :—করিগিনো তাক্তে, শেলগি রাম্নু পন্দে।

মমা :—কয়া উশিংখিত্রব মতম্নো! খুংকন পাজলব, মতিক ময়ল লৈব ঐখোয়দবু অম্নুম হায়ব ভম্মবদি মহিরাবন ওইরিত্রা মহাদেব ওইরিত্রা ?

অহৈ :—কনা ওইরিদগে হায়ব ঐ খিগৎলুগে, করিমতা চিংনদন লৈবিরন্নু। হিংচাবগী নাপল। ( চৎখি )

অঙম :—ঐঙোন্দ চেলেংজ ত্তোরকইবা। হা-হা-হা......হনুমান গরুড়বু মনীংথোঙ মমাংথোঙ ভাকহনগে হিংচাবৈ মায়ান কৈদৌব ওবগে য়েংসি। করিমত চিংনমু, য়েল্লবন চংবৈ মতিক লৈতব লানবস্নিসি। ( পোংলগ চংখি )

মমা :—নঙবু য়াম্না কিরব্রাও নুপীমচা ? চেংফুগ চং লৈগেরাও।

পি-চা :—কিজদে অবোকইবেম্মা।

মমা :—অহুদি ঐ মাইবীদ শৎ চৎলগ শেল লুপা অমতৈ হমুখিগেকো ? করিমত কিরুমু ইমৌসিদি। ( চৎখি )

পিচা :—কনা ওইরিদগেনে অচুক খৌনা কন মীবু কানি হায়হুন পাউ থারকইববো ? অঙকপ মতন্নিদা।

( *D*, দৈ থোরক মতুংদ চং পাচা লাকই, ইচম চম্না কৈজোম শেং, ফুরিং অককপ শেগাইব নবগ মোজাফুরিং অমুব অম লিং মনাদ চুকট মতেক অম য়েপ, ফেনাং তোং।)

পা-চা :—রামত হংজগে ? ( খংবন পি-চা চোংখৎ কদম ত্তোই )

পিচা :—হেরা। ঐদি থীন খংউরেদা। করিগি ওইরবনো

পাচা :—করিগিনো অচুক থীন খংবিরিবদে ?

পিচা :—এ, ওহোকপ পাউ অম তাবদৈ চিংনহুন

পাচা :—মী কাব লাকনি হায়বহুইরা ? কাগী তোব ওইবিনি, কনাগি মতিক লৈগবনো।

পিচা :—মীন কম হায়নরবনিন চিংনদব হেক ওমদবদো।

পা-চা :—অওইব্রনে ? কদায়দনো ?

পা-চা :—ননাই ঐখোয়দ লোৎলবদি জীব অমত্ত খঙলয়োই।

পিচা :—কয়মা ?

পাচা :—মীব উরোইদব কা অঙকপ অম লৈজে।

পিচা :—অমুক্ত য়েংব য়াগত্রা ?

পা-চা—য়ানি; লেংউসে, ইনক নকই।

(হয়াও হয়াও লৈহুন ভাহাক চৎখিরে)। ফিরৈদৈ খাঙ মচা ১ শৎ তোঙ্গপ মমা কৌই L মনাক)

পা-চা :—ও : ইমা। কৈদৌরিবগে ? নমৌ মুগীন হয়াও হয়াও লাকইবসি য়েংলয়ো, ভয়াম ভয়াম ওকলো ও।

মীচম :—(চেখোয়ক) য়াই হৈ শক্তি! (মৈখেৎ খেৎলগ) জেউটি হায়বু সিন ওক্লসি।

মমা :—(চেয়ক L দৈ) কদায় কদায় ইমৌ মুগী হায়বদি ? লাও লাও করিবত হলোইমু নমুন্নি। ইম মশক মুংশিন্নিবদি ইচাগ চপ হেক মাৈয়।

পা-চা :—মৌসি ওসিদি খয় চেকশিম খব ভায় ইমাম্ বাক্কিমু। মী অতৈন খঙনব লোৎপ।

মীচম :—অহৃদি চাক অশেংব খাকপ শমুক উপ খম্মসি

মমা :—অহুন কয়ত্রা মী অতৈন শোকপ য়াদনব। ইমুংদ চংলগ শমুক চাক পুখোয়ক মৌ অনৌবীবু কমহল্লগ মখক্ক খম্নি M মনাক্ত। ইওক ওক মৌ অনৌবীহু মত্তৌ য়েং দৈ।

পা-চা :—(মমাদ) ইমা য়েম্বাং শেয়ব হৈহ্রাংসিদ লৈরে (মমান পায় মীদ থিয়ব শাকেম তৌথি)

মীচম :—মথা পৈয়া শিবব সঙ্গাইহু পীরকউ হৈ। (ভাবন খুন্নগ পী, লৌরগা B দা কম পৈয়াশিবই মতৌ উংখি। পাচাম খোক্ তাও শেংলুয়গ খোয়ক M দা কম্মৈ, পিচাদ রায়ী শাই)

পাচা :—থাইনা মহায়রগে ঐখোয়ন পাখণ্ড মচা অঙাওব ওইরব কান্দ মুপীমচা কজত্রবী অমগ ঐগ পুকচেল খোইজেল ভিরবম্মি। ঐন মাবু নোংমত্ত ওইরবসু মুমদলক্ষ্মী ওইন লাংচগে হায়দ্রন ধ্যান তৌজখি শিব মহাদেব নীংজ হিমালয় চীঙথাংদ চহি কম ১। ওসি মহাদেবগি বোয়দগি কোলুংদ ওংখিবীহু ঐগি চাকলুক ওন চাখুম মাংদ খিল্লে।

পিচা :—হায়দে হায়নি ঐদি চাকলুক ওনবদি ভল্লিকো চুম্না কেহু লোংপি শায়বৈ ভাবনি ঐ'দি। হজিক হজিক য়াথনদ চমন্ন থাইনৈ রায়াল লোইন কাউরে বিপামচা।

G দৈ অঙমথৌ মথা লোত অমদি চুরী পায়বগি মতৌম মখুৎ মমগ ভাং ভাংহুন লাকই। মহু ভাবদ পা-চা M দা কুহখি।

অঙমথৌ :—সুরাইদ অঙাংশিং কনা কনা মখুং শাংবজংন ভম্বা থুদোপ খুন্নিকা হায়হুন পুরকপ য়াওবগে? নশা নশান থওন পুখোয়ক কংলত্রবদি কোম্নংগি অপায়বিনিন নথরাইদ নম্ভন শাগৈগ কোম্ন ভুমজনি।

অঙাওবী :—সুরাঙ্গীসিবু মমা পানব মচীর রা ভাংব খোকপ পাত্ৰী মমত্ত হৌদব জাংলা।

মীচম :—লম সুরাইদসু মীঙোন্দ থিল্লগ শিগদব খুজিহাং য়েজ্জুম লাম হোংজে।

মমা :—ঐখোয়গি হায় ওইরম চু গুমব কোন অমদি মীন য়াইথিবদগি লৌশিন থম্মি। মীগী পোৎ হুব শংদে, ঐখোয়গ নৈয়িবথিবিক মীগি অমত মত্তে।

অঙমথৌ :—হৈ মমাশিঙ চৎলু, কোইন য়েংউ, হুয়ানপোৎ উবা য়েংউ। হঙোই মরৈ অপৈবশু চুমথোকউ।

(কোইন য়েং অকাওবী চংথি D মনাক্তা) পৈয়া শিগিব খুড়া মাম, ঐগি লোঙমচিঙ্গি কয়ানো অমুক্ত থিরোহৈ।

মীচম :—ইপন ইবাইবু ভাপ্রেম কানব লোঙ য়োনব লাকপ্রাও ?

অকাওবি :—ইচে ভাওথবি, মুয়াইদ লাও য়া অম হংগে ?

মমা :—করিগিনো চীনা পেটি ?

অকাও :—( পি-চাদা থিল্লগা ) আদৈসি করিনো ?

মমা :—এ : হোদোং মচানি। ( মহুংদ অকাওবিন থাঙ থিল্লি ) আ : আ : ( ভম্ম তুথখি Slow motion দা ) চেনগে ভোবদ অকাওবিদ মীচম্ম মজাইদ য়ানবদ অকাওবি ভম্ম শিথখি। মীচম্ম মমাই ওঙোয়কপদ অঙমথৌন

অঙমথৌ :—অচ্চা ! ( লোঙ থাজংলগ মীচমদ থবাক্ত পায়ব থিল্লি )

মীচম :—আ : আ : ! ( লোংন ভম্ম হায়থখি )

অঙমথৌন Gate লোম চেনকপদ পাচান পিত্তোলন কাপ্পি খেৎ, অঙমথৌ ভম্ম তুখি। $D_2$ দৈ থহৈশিং থোয়ক পাচাগ চপ মাম্ম কাপথিন্নি অনীমক পান্মন ভম্ম ভম্ম তুথখি।

পি-চা :—( ভম্ম থোয়ক কোইন য়েং ) করিনো ঐবু মঙলা ভাইবঙলা ওসিবো ? ( ভোওন দৈ,জান মাং )

## ইশৈ

রায়ীলী ঃ

নীংব থৌথ-লিংথোকলা
সগোল সদিং থুছপ থা
নোংদৈ হুংশিং পাজনবলা !

সগোল মমাং পুন্নাং পূর্বি
হুংশিং-মাইয়ম লশিং কাম্রি
কত্রি থোকলে শিগৈজমলা ?

অহল মথিন চকু মেয়ৈ
থাজদব লমকেং লমহায়
চকু কারয় চেগাই ওন

চংলো কারো লাইরৈবাক
দৈগ্রি দোলাই থক্ত-তোং
নীংশ্রদবগি তৌহুকো
থাংমু থক্ত রেরশা !

( হুখম-চিংজিনব )

# য়েথোকপা

মীকোক :—লাকপি ( মমা ), ইকাইখবি, মম্মণ্ডক (মবুং) অমদি
হুবিদায় (মপা)।

## নিংথমথা নুংথিল

লাকপি :—( মখোল হো ) হুপীমচা ইকাইখবি, নঙন অহক শেংলি
লিংলিব, নমাইদ নমীংতা নচীনবান্দ মচু কয়া য়েক
চাউখংলিবহ্ করি লমদ ঙাম্নুদোয়িনো ?

ইকাইখবি :—ঙবজবমখৈ কেব, ইতিক ইয়ল মতুংইয়, নহাখুদিংগি
অধিকায়নে ইমা। ইমাখোই থাইনগিহ্ নত্রে, হকিক্তি।

লাকপি :—সিনেমাদ শাংলুদোয়িব্রাও ?

ইকাই :—অশেংব তাকউয়া ? শেম্মগ থুম্মুয়াও ?

লাক :—অশেম ওইদবন কুইব য়াদে অশেংব অচুম্বহ হায়মু মতম
মাংদনব। কুচু পানব নঙন য়াওনব পাউদয়ন নমাইদ থোম্মিব
নথিক নেম নঙন খুনিংয়াং তোংলগ নয়েপ নঙাল তান্নিবহ
মমিং তাংদব পাখঙ অমত্তন থঙঙোইদব লৈতেরে।

ইকাই :—থঙন থঙন থুদি পিনব ঙাকনি ইমা। সিনেমাদ লীলাদ;
লমজাও লোয়োক; মাই মিং তৈব উনয়িবহ কাম্দে হায়মদি
শেল তিংনগ-ত্রাও ? ওইদবনি থঙন থঙন; সিনেমাদ লীলাদ
উয়িবহ হুংঙাই ইমা। হুংঙাই য়িবহ্ কজব অচুম ওইবননি।
লৈ মচু কয়াগি য়েক্লগ লংলাদ পয়েং লেংলগ কজব পয়েং

অম থোকই। অশেঙ্গ পরেংছু অশেংব ওইন পাম্বিদ শাং-
লম্বদি নত্তে। খুৎশেমদ অওকপ পোং মীৎ ওম্মৎপ ওম
থোকপ য়াই। কেব ভনগম্ভু ইমামু।

লাক :—করে, নও হজিক মুংথিল করোমদ করিগি ওাম্মুগদোরিবনো ?
অশেংব খুম্মু কোম্বোংদ নপা লেট কিম্নরনা ওাক্লমগনি,
চথোক্লব পাম কংলোই।

ইকাই :—অক্লব থবকিনি চৎতব য়াদে ইমা,

লাকপ :—পারীক্ষা মমাংদ ছাত্রী নংডোম্দ লাইব্রিক পাবদৈ হেম্ন লুব
করি থবক লৈরছনা ?

ইকাই :—নিপামচা ঐথোয় লেজা ওইগত্র অমমা ঐবু ইমা, করি
করিনো থর হায় হায়য়ে, মছুগি য়াকংনরুগে ত্তোবনি।
ময়দ লৈ মশক থর কৈক হায়ছুনবু মীবু উশিত্তব য়াব্রাও ?

লাক :—কনানো নিপাছবো ? করি হায় হায়বগে ?

ইকাই :—ঐবু ইশক থীজরবম্ভ ইমীৎ মুংশি পাম্মি হায়য়ে; করা
উশিংথিত্রবনো ইমা ? ঐবু হোদোং মচা হুইনাওমচাদোন
মান পম্মি হায়ব য়াব্রাও ? হজিক ওাইহাক্ত য়াকংনরুগে,
অছুগা শৎ হল্লকে।

লাক :—মছুবু য়াকংনব হোনব্রাও অওাওবী ? মুশীশী থাইবৈ কজব
লৈজেংদি ইকাইথীবনে, তুম্মিন লৈথোকে হায়দন, তথং
তথং নমাইদ ওম্ভ থর তৈরগ মীৎ চায়রুব চৎকে হায়রিববু
ময়মচৎ নাইদব ইকাইব থওদবিনি হায়ন ভাকউগে য়াও ?
থবরদার ! নফি হোংদোকউ, লাইব্রিক ঔরাইরম্মু। ওরাংদনি
হয়ত্রিব নবুং ময়মওকচু ফিরুগে ঐ।

চেশিংহুবো ? চিঠিয়া পংউবেন চেয়া। নওগি বেগতা য়াওরিব মাল চাংহুন করি করিনো ? কনাদ পিরুনবনো ? কোটো য়াওব্রাও, লিপষ্টিক শমজেং মিংশেল্লা ? চংথোকে হায়রবদি গেটকিপর ঐথোন্দ উংলবা তাই। মতম চেকশিন্দব য়াম্রবনে। চংথোকউগে হায়রবদি চেক তৌরগে?

ইকাই :—পাবুং ঐ হয়েং কোম চংচরগে ? অহুক চেকশিন্নবদি তম্লে। (চংখি)

সুবি :—থাওহু ইকাইথবি মতম চেকশিনদব য়াদবনি। (লোয়প) শেংলি লিংলিব ওয়াকপি মউন, উচেক ওয়াক্লব চনুদ লুক্রাক্ত তৈগদব মুহু হামুক্র নমাইদ থোম, মীদি থম্মু, কনাগি হুইন উবদ থোংওইদগে ?

লাক :—( কিংন লাম্রপ কোই ) ও : মুপী মচা ! ইকাইথবি ! নও পাবুংবু ...

সুবি :—করিনো নহৈ লাকপি, অহুক কিংন চেম্রকইববো ?

লাক :—মুপি মচাবো চংথোকথবাও ?

সুবি :—করিগি চংথোকউদগে লৈয়ে।

লাক :—করিনো লমজাওগি গাড়ীন কুংইব য়াংন য়াংন থৌনরিব হুই অতাওবর, মীয়া থংদে, গাড়ীন তক্লে হায়হুন মীয়াম ওমহুন য়েংন হৌই।

সুবি :—হা ? হুইরা মীয়া ? গাড়ীন তকলে হায়ব, গাড়ীদ্বু ওাওবা তারেদনা ? হুই অতাওবনা মীদ চিক মী ওাওই; মী অতাওবনা গাড়ীদ চীক গাড়ী ওাওব তারে, গাড়ী অতাওবহ্ নকোন্দগি চীরক্লাও ? গাড়ীন তাম্রবক্লাও ?

লাক :—নত্তেরে ঐদি ঙাওজরক্তে মখোয় পাবুংবু হায়না ঙাওরম্বব জাংলা, করিন চিকপ্রবগে ? করি থকপি চাবিক্লরগে ?

সুবি :—অচ সুপীন চম্প্রা মহী পীথকপদ ঙাওরিব্রা মকি মরোল মমাই মমিংন্ত হূই অঙাওব থৈরগ থোরক সিনেমদরা হাসপিতা-লদরা হূই খঙদে মী খঙদে অউব হেক্ত চীকেগী মতোদ থোরকপহ্ উবদ ঐবু খংপ্রবা, খর ঙাওরব্রা খঙদেনে।

লাক :—গ্রহন তৌখিবগি কলনি হায়নবহ্ চুমদৌরিব্রা খঙব্রে পংঙাওদ ঙাওজরিবসিবো ! নচা নিপাহন্ ঙাওব তারে, মীতৈ নত্তবি অতৈ জাতি নিংঙোল্লা চাংগি চহুরা ১ চেনব্রে হায়ন তারে। ঐদি ওম্মরোই মাইদা ভাইবং মী ওইন হিংজনীংব্রে, হিংজ-নীংব্রে হূই অঙাওবা ওন্দুনকোইন চংপনবু সুংঙাইরব্রা খঙব্রে খঙব্রে।

সুবি :—সুপীমচা ইকাইথবি ! নমাসি ঙাওখিপদৌরেনহৈ ঈশিং খিংন্ত পুরকও। চম্প্রা মহী ওইন সর্ব্বদ পূরকও, ঈশিং তাংলক্ন্। তপথো লাকপি তপথো, ঐন লমজাওদ থোক্রুহু ঙাওগল্লি হায়ব্রাও ? ঐগি ইচা মরমওক অহুবু করম লমজাওদ ঙাওব্রে হায়বগে ?

লাক :—ইচা নিপা য়াইম, লৈকাইন মরমওক হায়ন মিংথোনব অহুবু করম অহুক লায়ন ঙাওখিবনো হে গ্রহন, হে হুমিং সুংশিং সুংশা অমুক্ত তাকপিয়ো ঐবু জ্ঞান মাংলে ' ঐবুসু ঙাওহন-খিরো ইচাবু ঙাওই হায়ব খঙদনবা। ( কপ্পি )

সুবি :—ইচাগি মিংচং, মহৈ মতিক মমা মপা ঐথোরগি মাইনি, ইচান ঙাওরবদি মমাসু ঙাওব তায়, মমা মান ঙাওপ্রবদি মপা ঐসু

ঙাওদব য়াপোৎ নত্তে। ঙাওখিনু মমা শাবি, অমুক্ত হংউখিগে ঙাওত্রিদৈদা। ইচান ঙাওয়বদ নঙ ঐন ঙাওদব য়াব্রা? ঙাওয়বনু অশেংব খঙলগ তপ্ন ঙাওসি লাকপি। কনাদৈ পাউনো?

ইকাই :—ঐখোয় তাম্নাইমবু ইমা হায়নম্নিবসিবু শোইত্রবাও? শিলোঙদৈরাও? চুড়াচান্দপুরদৈরাও? কনাদৈ পাউবো? য়ুমদ হন্নকনি হায়ব খংত্রবজাৎলা; হে মতম! অহুক ময়ম ওকপ তাম্নাইমহুবু নঙন কয়ম্বা লাইমান ঙাওহনবগে? (কপ্নি)

লাক :—লাইশ্রম চাউব হায়ব অয়াং দৈকাইদ দৈব মাপী মরুপুন তম্নকপ পাউনি। হাসপাটালদ চৎখিমানে অঙাওব নবুংদো। মখোয় প্যাবুং অমুক্ত হাসপাটালদ খিবিরু। হয়ে হয়ে! লাকপি নংসি ওম্নোকপনিদা।

সুবি :—সুপিমচা নমাহ্ন ঙাওদনব শেম্নরম্মু। নবুং খিরাখপে ইপা। কদায়দনো ঐপী মনি বেগতুবু! শেদ তিংদব য়ায়োই দৌরিদো হুইন চিকপ্রবদি।

ইকাই :—লুহোংবগি মহুৎ কৈন্দা কৎপন শম্মি; পোৎ তাংপ্রব মতম অসিদ লুহোংজরুহ ইমা।

লাক :—লুহোংব য়াব্রা য়াদব্রা কম্নি শাটৈগনো কম্নি জাৎনো মকম খঙত্রিবসিনি লুম্নিবা। মীপি মশক মতৌ কমপ্রব; ময়দহ্ দৈপ্রব পীগে হায়নহুন দৈবনি; তাম্নক অসিদ কদায়দৈনো খঙত্রেনে! হে লাইবক! হে মতম!

ময়মওক :—হৈ সুপীমচা! ইকাইখবি! ইমাখোয় দৈজাও?

ইকাই :—তায়াইমনে ইমা, ইমা নৈ করিগিনো তায়াইমা ?

লাক :—নঙ লাক্লব্রা য়াইমা, চাক্ব লাম খঙজবজাৎলা ? চাক থাকই চাখোকউরো, তুমীন লেপ, করি হায়নিংবগে ?

ময়ম :—পাবুং নৈত্রাও মীন ঐবু করি করি ঙাংনব তাবগে ?

লাক :—নঙ মরুপ চাউবনদি সুপী, চৌং নিংঙোল ১ চেনখ্রে হায়; ঐন থাজদে ঐগী ইচা ময়মওক্তি অহুম তৌরম্মোই হায়রম্মী।

ময়ম :—থাজরোই ইমা, নচা ময়মওক অহল লমম্না হায়ব ইনবত্থ মতম থয় চুপ্তি লৌদব য়াত্রে। মীঙোল্দ জবান ১ পুথরুয়ে, ইচীম্না হোয় লৌগে হায়দোকউরে ইমীত্তউ ফজরবী ১ থক। ক্ষেত্রী মচান জবান ঙাক্রুবদি য়াশক কায়রবদি হেম্না নৈথা তানি কিবদৈ ময়মওকপ হায়ব মীংথোলছ্ হল্লোকচরে অপোকপী।

লাক :—ফজবীহুবু করি ধর্ম্ম চৎপ, করি লমদৈ চয়নো ? মমা মপাদি করি কম, ময়ল কয়ায় পায়বজাৎনো ? নহাক থক্ত নমা ঙাওব্রা কৈব্রা খঙত্রি। পাম্মুইদ য়ান য়োকচব ইচাম্নপা মীগিমচাগী ওইখিদোব মতম লাক্লেদো। (কপ্প)

মুথি :—( Off the mike ) হৈহ লাকপি। ক্ষেত্রিময়ুম ওংবিহুবু নৈত্রাও ?

লাক :—"হো" নৈজৈয়ে কোহোংদগি লাওবিরিব অহুবু হুমিৎমু তাত্রি তম্মাই থেংনয়কপ্রাও ? কিবিম্ন নচানিপাম্ন ফম্নক্লে ময়ম ওকপদি তোকচয়ে হায়রে। চৌংমী নিংঙোল কজবী অমৈ মঙংলাংগী মমা মপাগ কায়নয়নি হায়রে য়ান য়োকচম্নকপ নজা ইবুংঙোদো। থীধ্রব লাইবক ওইরেকো (কপ্প)

স্থবি :—কপকচু মমাশাবি, লৈকাইম অশি-অনা য়াওয়ত্রা চিংনথিনি। নিপামচা ?

য়াই :—চুম্মে বাজি, ফজমনগ্রহ্নন রাশকথোকউয়ে, ক্ষেত্রিমযুম ঐখোয় রাশক কায়নীংবে হায়বদ ইমান কৈদৌবৈ কম্লিবনো থঙদে।

স্থবি :—করি লমদৈ শজিক থবানো ? মমিংন করি কৌই ?

য়াই :—জয়ন্তিয়া নিঙোলনি, মনিপুর য়েংব লাকপ, উরুহ্নন মী হেক্ত ঙাওনব জাৎনি, থা ৫/৬ তয়ে ঐন ময়ম ওকচয়ক্রিবসি পাবুং। মমিংন রুবী কৌই।

স্থবি :—থাসয়া জয়ন্তিয়া নিংঙোল কজগম্লি, চৌংগি চুংশীৎনি ; মমীংন মমল য়াম্ব নুং রুবী। ময়ম ওক্রক্রিব থা ৫/৬ হেম্লরুব, উম। ঐখোয় লমজাউ ময়াদ লেপহৌবী ২ হুই থর নহাহু রুবীরা?

য়াই :—মানি পাবুং, য়ুমদ চংলুসি য়াদে ইকাইজৈ হায়হ্নদ ঙাই-হৌরিবনি ঐবু !

স্থবি :—কজৈ লাকপি, নমৌহু কজৈ, ইকায়জৈ হায়রিবহ্নু চুপীগী কজধ্রব লৈত্তেংনি।

লাক :—মখোয় পাবুংমু কুমসিগি হুই অঙাওবনা চৌকধ্রবজাৎলা ? করিনো ঙাওব্রনে ?

স্থবি :—জাৎ বীজাৎ থংদে মহৈ ময়ল থংদে, মমা-মপা থংদে কজব হায়সিদি কজৈ নহৈ লাকপি করি হায়বগে ? কৈম্নু কায়দেকো ইচাত্তোম্বী ? অদুক কজবীসিবু উবদ পামজ্রবদি মী নত্রেদনা, ঙাইখো নিপা, নখোয়নীদি করি লোম রায়ী রাত্তায় নত্তে থংন চায়নব য়ামায়নগী ইজিং লোম্ব য়োং শওম হিংচাব রায়ী।

য়াই :—ইংলিসন য়ারী শায়, লোল্নি মখোন্দু কৈকো মেংবন ।

সুবি :—য়েস নওনু মাগ বেত্রেং বেত্রেং ইংরাজীদ পায়ব মথৈ য়ারী শায়রগ থংন চায়রক্লিবানিনে লাকপি, নচা য়াইম ইংলিস হৈরে, মত্তিক চারে, মানা রুবা লোলনা মৈত্রবাক্ত কনান লোলদগে ? য়েস, লোলদোবনি ।

লাক :— কয়ম্নো নপা·নচান ভাওপ্রবদি ?

য়াই :—হজিক পাবুং, লুহোংলে লুপা, হাসপটালদা চৎলে লুপা, ময়ুমলোমদ চৎলে লুপা ! পাবুং ইনাক খুন্দে খঙই ঐ অহুদ মশক্তো, মখোজেল অমেংবদো, মান লোনব অক্সে জিদো হেক্ত ভাওবনিনে

সুবি :—ভাওগনি, ভাওসনু । লেল কৈত্তসনু কৈনি । তোবদদি লুহোংব থংদে জেলদা থংদে য়ৈথোকখো', মতম অকব ভাইখো । করিন হায়ববু খৃষ্টান ওনগত্রা মীতৈ ওনগত্রা ? ইস্কালদ কৈলগত্রা শিলোংদ কৈলগত্রা ? খৃষ্টানগী চর্চ্চতা হোংগত্রা শুম্মাংদ কৈকোহরগ হোংগত্রা ? খয়গদবখয় কৈরি।

থাইন, নিংথৌ অমনা নিপা ১ বু হাৎলগি দণ্ডি পিথি। নিপাহুন য়ৈথোক্লব হায়খি শ্রীবুং ইবুংঙো ননাই ঐবু হাৎপিত্রিকৈদ শ্রীবুংকী শগোল কাক্লসি পাইব ভম্বীজখিগে হায়হুন মতম যৈথোকহনখি। নিংথৌন্নু শগোলন পাইব ওম্বদি কবনিন হয়াও হরাও ভম্বীহনখি।

য়াই :—অহুদ পাবু' শেলদি য়ৈথোকপ যারোইদো ।

"সুবি:—য়েস, লাকপি, নচা ইঙ্গ্লিজিলোনব হৈবসিদ লুপা ৫০০ কাইত হজ্রেত পীখো। পাম্মুরুসু, ইংরাজী পাইবমখৈ লোজক্ল দোৎনি।

---

# নুপী-গি মমল ।

## লৌলা মীকোক :

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | রেমু ……… | নৌব-মেংব-খোজেল—নহা | | |
| ২। | বিনো ……… | কাব—হৌব | ,, | ,, |
| ৩। | রহিমুদ্দিন …… | পিক শেংব | ;; | পাখঙ শরি |
| ৪। | বরাই …… | মখোন চাউব | ;, | |
| ৫। | মিস্ত্রী শাজো … | মখোন রাকপ | ;; | |

### বাজারগি মীনিন Fades out

রেমু :—কৌ কাঠি ১০ দং পূবদ মুক লুম্বিবসিবু ইফি মোংজুন তৌরিব্রা খঙত্রে !

বিনো :—( ভুংদৈ লাওরপ ) মাঙদ কৌ পুম্বিবছ লুম্ব উরেদা ইতা রেমু নম্রাও ?

রেমু :—হৈমা ইতা বিনোরা ? কাঠি ১০ দনে, খোইন লুব নত্তে, থরাই মুংঙাইত্তবনা লুমথহনবনে । কে-ন মুংঙাইন পাম্রেদা ইতাখোয়দে ?

বিনো :—মুংঙাইতদি করিনো ইতা, শিদোব থরাইনে কৈদৌনব রান হিংজক্লদগে ? ইতা রেমুন্মু মুংঙাইব রাওবিয়ো, নশক নত্তো রাৎপ নহা নত্তে, চিন্তা কোকথোং নাব করি কাম্ররি ? নমদ নৈব মুপী নঙন রান হিংবৈ মখৌত্তাদে, খৌনা উৎলো আফিস খঙদে অচৌবৈ মুমদ খঙদে থবক থিব ইকাইবিনো।

য়েন্থু :—য়াত্তা ম্নুংঙাই বিনো বিবি, ঊরুমদ ঙাহাকতং পোখাখিসি য়াগী ভৌহুন। ( হুপ খাদে কৌহু ) কন কুইয়ে ইমানী ঊয়দব নহান মখেবু কদায় য়াইদ ম্নুংঙাইরুবগে? বিনাকান্দিদ সুম লৈরব্রাও ?

বিনো :—লক্ষিপুর বিনাকান্দিদ ম্নুংঙাইরিবসিদি ইতা ; পোন মম্নুংদ য়োকপী চোঙা ভেনয়াগি মম্নুংঙাইহুনি মীন পীজব থর চায়গ হিংব। অপাম্বা হৈকোম্নে চানীংব হৈয়াং কোইন থিয়গ চারুব য়াদব।

য়েন্থু :—নশা কয় কোইন পাইয়গ কয়ি কয়ি লমদ চাক্ক:রুয়গে ? তম্মু তাসি নওগি মম্নুংঙাইদো।

বিনো :—হাকলোংদ থা ১; মনিপূরদ ১, দিমাপুরদ থাথাই অম ললোনব চংল্পব; শেনম্ন ভোংব, লম য়েংবম্ন ম্নুংঙাইব।

য়েন্থু :—কনা কনাগ চংমিন্নবগে ?

বিনো :—য়হিমুদ্দিন ইমা নী ইচিন ইকপ,া।

য়েন্থু :—থা ২/৩ বু য়হিমগ চংমিন্নরুবহু মীন কয়ি ঙাংননি ?

বিনো :—মীন ঐবু ইবুক থাকপিব্রা ? মথৌ লৈতে। শেল তোংনব ললোনবদ থুংলম চাব ইচিন ইকপ,া।

য়েন্থু :—নয়ুমদ অঙাং অহুম অমদি মপা লৈহোবহুনদি কয়িমত শাওব্রাও ?

বিনো :—কয়িগি শাওরুনি, মখোয়গি চাব থকপ য়াংতনব শেল তানব চংপবো ?

য়েন্থু :—অং নখোয় তাদ কুলম্নু শাওদে ? মাবু অয়ুক, ম্নুংথিল ম্নুংদাং থয়প তাওহুন অহুম লৈয়বজাংলা ?

বিনো :—মহাক্না ঙাওব ঙমনব মুগি শেলচু ঐন হনব, চাকন্নু মবুক থমবন শাওমকপ শংদব। মান মান পামজব মাইকৈদ ঈরোইছন শাগ্গবনি, মপূং ফান হিংবৈ রাহন্নোক ইবুক শেংই হায়ব থঙনবনিন শাওনবৈ মখৌ ভাদে।

রেন্নু :—চহি ২ হেন্নক্লে, শেল থর থর থারকলম্মি ২০০/৩০০ দা ওইরবস্নু, থা ৩/৪ গুরে শেলস্নু থারক্তব চিঠিস্নু পিরক্তব।

বিনো :—করি লমদনো চৎখ্রিবকো ?

রেন্নু :—অহানবদদি কোহিমাদ মুম শাব য়াওরম্মি হায়, হজিক্তি মকোকচিং লোমদ মজ্ঞ চৌকি, বেঞ্চ চনব ম্নাওবমত্রা থল্লি।

বিনো :—মুপীকাদি থিরে হায়ব ভাদেকো ?

রেন্নু :—হজিকমক্তি ভাড্রি।

বিনো :—চীংগি লমদি মুপী কুচু য়াম্না পানবনি। চহি ১ হেন্নক্লে হায়রবদি কৌথোকপ কৈ করিগুম পাৈবন, নত্রগ থিক্লসিরাও ?

রেন্নু :—য়ুমদ অঙাং অচম লৈন্নিবসি লংথোক কনান থিক্লব ঙমগবনো! চিঠিস্নু শেনস্নু থারক্তব কুইরে। খঙত্রে, ঐবু মুংশিত্রবস্নু মচাশিংবুদি ফন মুংশিবনি।

বিনো :—মুংশিব হায়সিদি ইভা প্রাস্তিকি বেগকূপজাথনি পোৎ ফন য়াম্না হাপ্ন চনব। ঐস্নু ইচা মুংশি মপা মুংশি শেংন চানব শেল হল্লি, মথোয়দ নত্তন ঐগ ললোনব চৎমিন্নক্লিব ইকপ্‌দা মুংশিব করিস্নু কায়দে হায়মি ইভা রেন্নু। ( নোকমিক্লে ) মী য়াম। মুংশিব ঙম্বু পুকচেল পিকপৈ রাম্নাও ?

য়েন্থ :—খঙত্রে, ঐখোয় বাবাত্তোম্বি মপাছবু পুকচেন চাউখোক লম্বত্রাও! হুংশিব মীশীং হক্তৎলম্মত্রা!

বিনো :—কায়রোই ইত্তা, নঙন্থ পুকচেল চাউখোকও অদ্বুক য়ান ছিংদো শরুক. অচো অশাং য়ুমদ অঙাংলোব চালোনব নত্রগ আফিস্ত থবক খিব কাও, ঠিকারা করিনো।

য়েন্থ :—চহি মত্তাংসিদ অঙাং অহম থাক্লিবী ঐবু কনান শেল য়ায় পীনিংগবনো। থবক খিব কোইন চৎপন্থ ইকাই ত্তল্লি! চৎনরোলন্থ, কায়নীংদে, মীনন্থ নোক্লনি।

বিনো :—ইত্তা নঙসি পঙহুন নংবনি খঙঙ্, শাওন্থ। চৎনরোলন ধর্ম্মন নচাশিংবু থাকপিন্থ য়াত্রাও? নশম ননা, কুচু কুমেন, শাওং শাদা কারি য়াংলি নঙগি? নমল খঙত্রবদি হুংশা মরক্ত হমাং জিজি শো পোৎলুম পুব, লৈখোম লৈনাংদ চোৎচোৎ কুম থবক শুব ত্তাবনে। অদুগ, হৈনব হৈনদবগি য়াসি করিন্থ লৈত্তে, দিমাপুরদ মনিপুরদ লৈব কান্দ হন্দক ঐ মুল্লীমগি মাইখুম বুথা উপ চৎলি হায়ব বেজার মাল কাদনব।

য়েন্থ :— হমাং শোত্রা য়াই চিন্দ্রা?

বিনো :—য়াই—থর চিল্লবন্থ উবেম্মা কুচু পাত্রে, হুংশা হকথোংনদবগি। মী অত্তৈন খঙনীংব হেনগৎহন শকন্থ খিৎত্তংদি কারেদনা। হা হা (নোকমিয়ে) কাবন্নীংদব গক্কা কানীন্থ কাত্রে। খোনাগি মমল শক্তি মমল খঙেঙা ইনাক খুমব।

য়েন্থ :—ইত্তাদি ললোনব য়ায় হৈরেনে ঐদি হৈনরোই।

বিনো :—করিন্থ লৈত্তে হেক্ত হৈনিয়ে ইত্তা বিনো। মনিপুরদ মনা কা, ত্তা অকাংব ত্তাত্তিঙ, আসামদ হোংখি। কিরোল, কনেক

ইমফি মীতৈগি, মনিপুরদ রিকশা, টেক্সি, মীচমগি খুৎন্থ মন ভাওডি, কাছাড়দন হোংই'। নিপা তাওব মূপী তাওব অম নৈ। গল্লা কানী তাংবওম বকম ১ দা।

রেমু :—খওদেনে, ঐখোয় বাবাতোম্বী মপাম্বু নিপা তাওব অম খেংনকছুন কাপ্রবজাংনা।

বিনো :—ইভা রেমু, মাইব অহৈব অম নৈ পুংবিয়কে, বাবাতোম্বী মপাম্ব কৌখোকহল্লি হায়রবদি ?

রেমু :—কনানো কয়ামহৈবজাংনো ? ভয়গজাও ?

বিনো :—য়ায়া হৈবজাংনি, শেলমু ইচং চংলোই, হৈ নৈ খোইরু খাংবৈ পোৎচং খিৎতন য়ানি।

রেমু :—কৈদৌঙৈ পুরকগে ? নহায়া অহল্লা ?

বিনো :—খোইন অহল নত্তে, মীন য়ায়া খাকনৈ, মশক মতৌমু কৈবু, মবুকমু য়ায়া কৈ। ঐ হয়েং পুরকে, মুমিদাং য়াই।

রেমু :—শোইনদবি ?

বিনো :—শোইরোই।

( music মতেক ১ )

রহিম :—করিনি হায়গে নারক চং থিরিবহুবো ? মরূপ বয়াই নজাও ? মীন কাও কিজ্জাও ?

বয়াই :—রহিম সাহেবনা ? ভাইখো-রায়ী শুথিনি। অশিহৈবোং মশা মচা অমত্ত খেক্কে তৌথনি।

রহিম :—কৈদৌরবনিনা ?

বয়াই:—হিগাইরা তৌবিরগ মূপী অমত্ত মপামদ হল্লকহনগে তৌথনি।

রহিম :—তুদি করি ধর্মনি হায়রগে ? মূপাম্ব কপহৌরোইজ্জাও ?

বয়াই :—মহাক্না নোঙ্কইব চহি ১ হেন্নে, অমুক কপ্নসম্ভ ; মুপীদুই মপামসোমদ নিপা অমন কপ্লকইবসু চহি ১ হেন্নে, মহাকপু অমুক নোকহনব তারে।

রহিম :—তাইবংপানগি য়ায়েল খোঁদাসি মপুন মরুপ্ত শিন্নবজাংলা ?

বয়াই :—শিন্নবমক্তি নত্তে হায়ববু অশুদ্ধ মত্তং পীবগি মথৌ তাবনি, ধর্ম্ম কন্নব। লৈবাক্কি মন্নাপ।

রহিম :—খঙদেনে, মন্নাপখোয় ঐখোয়নদি অসিগুম্ব থবকসি মীগি উপকার তৌবনি খন্নরিদন, অতোপ্প মী অপঙব খন্নদি নখোয় ঐখোয়বু পাপ তৌব, ধর্ম্ম কায়ব, মমল লৈতব মীনি হায়দুন নোক্নরি।

বয়াই :—অময়োমদ করগ অময়োদন কত্তব মহৌশানি। ঐন হক্তিক মাইব অম ওইন ইমিং চৎচন্নিবসি মীগি মতৈ মনাও কায়-নহনব, খৎনব্ব কায়নয়বদৈ চান্নহনব হক্কিন্নহনব, ভাওনব কৈনব শেমজিন্নকপদু লোখোকপিব, পাখণ্ডলৈশাবীন কাবক ভাওব হৌয়কপদ লাইয়েংখিব, লৈচ্চুংদ কুমখিব শেল মনি তানবিব, কগৎনব লাইথুরুম্বিব; থৌ তৌবিব মখোয়সিবু লৈবাক্কি সেবা নত্রাও ? দক্ষিনা খিৎতং তৌয়কপদুন ইত্তিক চান্রাও ? ঐন মাইব শান্নিবসি দক্ষিনা খিৎতং পাম্বগি নত্তে সেবাগিনে।

রহিম :—মন্নাপ বয়াইগি ঐন য়ানীংদব অমতংদি হায়গে শাওনু. মীগি মতৈ মনাও কায়নহনব হায়বত্তদি ঐ য়ানীংদে।

বয়াই :— মতৌ মনাওচ্চ পুকচেল থোইজেল ভিয়ত্রবদি তোইন থৎনয়ে শাওনরে হাৎন শুনরকপ য়ারে। অচৌদি অনৌচ্চ থায়ন-থোকহল্লগ মতিক মপা চানব পক্কব অনৌগ লৌনলৈনহনবন চুমত্রাও ? ঃশৌবু সল্লা সগোল্লা ? লুহোংউরব নিপাহ্নে হেনব য়াদে হায়রবদি !

রহিম :— মরম ইচা চাদন, শেল থর পাম্বগি, মৌগি মতৌ মনাও থায়নহল্লু হায়রবনি। হেম কব মরম লৈরগদি য়াই। ঐ মক্ক চক্তিক ইচে বিনোগ ললোন ইভিক চৎমিংম্নিবসি লক্ষিপুর বিনাকান্দিগি থঙদব মী থরনদি ওক্কব শাজৎনি, বিনো মতৌ কুলন থঙলবদি হাৎন শুনরক্কনি হায়ন কিনব য়াওরি।

বয়াই :— কুলাগি মীচংনি হায়রিব মথোয়দো। কুলগি মহুৎ মথোয়ন শাওবিরিবা ?

রহিম :- মুম্ন থঙদবনিনা শাওবিরিব, মথোয়ন কুলবু লুংশিরবদি মচিক্কাক থাকশিরো মচা অহুম য়াওন নত্রগ বাজারদ পুথোক কুলবু নিলামদ য়োম্বোকও, অশিংপ শেন্দুন লুপী অঙাং থাক্সব।

বয়াই :—কুলবু নিলাম লাওয়গ য়োনবদ আসামগি মহুংদ কনানম্নু পৈশা ৫০ হল্লোই, লুমিৎ চুপ্প য়ু থক্কগ লুংশিংত্তা ঙাংব, অভিয়াদ চৈন্তন লৈব মীবু কনান য়োক্লীংদগে।

রহিম :— মানি, কুলন মশাবু থঙজবনিন মাগি লুপী বিনোবু থর্ম লৈব ঐভোম্ব শিম্নবগ ললোন ইভিক কোইন চৎপ য়াওহনবনে। মাগি লৌশিংতু কয়া কাম্নে ? মবুক থম্নি মশান্নু, মচা

অহমনু, থকপন্নু কংই। ঐভোন্দ ওইজবদি ইচে বিনোছ্
শেন খিৎতং পীরগ নেকপনে। ঐদি ইশাগিদ য়োব মী-
নন্তবনিন অঙাং অহম গাওন কুনবু পীজ পীথকইব শেন্দোং
তঙখাই যেন্নব মসিবু পুন্যগি থবক নত্রাও? পাগলাও?

বয়াই :—তুমিন লৈয়ো বিনো লাক্লে রহিম।

রহিম :—কত্তাই চৎলিবনিনা নখোয়বো?

বিনো :—তাদ মাইব বয়াইবু খিয়কপনে। উয়ব লুংঙাইয়েদা।

বয়াই :—করিগিনিনা বিবিজান?

বিনো :—মশক কজগ্নবি মো নহা ১ পীগে তৌবনি।

বয়াই :—কনানো? কৈদোবৈনো?

রহিম :—মো নহা কজব হাযবতুদদি নও তাদসিদি খজাই হয়াওবনি।
তুদ খোইঙা ওইরগদি থায়াংত লেংনি চেকশিন্নুকো।

বিনো :—খোইঙা নত্তে, করিমত কিনিংঙাই লৈতে। লৈকংদ চোংথৎ-
লকপ উকাবীগুম্বজাংনি, মশোংবুদি থর তুক মপাজব।

বয়াই :—কনানো? করি লমদ লৈ? মপুয়োইব লৈরিব্রা মচা
মনাওদি? মৈহৌরোলছ্ লীথরোদনা বিনো বিবি।

বিনো :—লক্ষিপুরদ লৈ, মমিংন বেমু, মচ অহম চেন্নি। মপু য়োইব
শাজো মিস্ত্রী লংকৈদ লৈথিব চহি ২ মখাই গুয়ে। শেন
থারক্লে চিঠি থারক্লে।

বয়াই :—মহুৎ পাম্নি হাযত্রাও? য়েন্থু হাযবত মশক কন কজবনি।
করি পাম্নিব মান হক্কিক?

বিনো :—মপুয়োইব কোথোকপিযু তয়েং লৈবিন নত্রগ মহুৎ শিন্দুন
লৈত লায়য় মেনবিয়ু মচা থাকপিয়ু সিদনি।

রহিম :—এঃ অহুদি দেশ সেবাগি থবক্তি। খোদাগি খৌজাল ফংগনি।

বয়াই :—মশক খঙনহন্নু অমুক্ত, ভতস্য শীঘ্রম হায়নৈ অকব কর্মদি পম্বর চুমদে।

রহিম :—থবক কংনদে, থবক ভাংলে হায়নরিবহু অয়ানব য়াবি। মরূপ বয়াই মাইবগি মখৌ মপুন থায়কপনি।

বিনো :—ভাদ মাইববু মপুরোইবহু কৌথোকপ ওব্বিগন্ত্রাও?

বয়াই :—উবাগি কৃপা নৈয়বদি ওবা য়াইনা। ওমত্রেশ ঐন জানিন ওইন মপাগি থবকতু হেক পুরণ লোইরে। লৌবু শুরবহু শিভবু চপ্পবহু।

রহিম+বিনো :—হা হা হা…………সাধু সাধু : দাতা কর্ণ!

বয়াই :—অরা অনংন থল্লব ভাইবংসিদ মীগি মভেং থয়দ ওইরবহু পীজব ওয়ব বয়াই ঐবু শেম্বিরকপ মপুবু হয় হয় থাগংচরি।

( music মভেক ১ )

বিনো :—ওহ ইভা য়েহু! হৈ নিপামচা! নমা নৈত্রাও? কদায়দ চংথিগে?

য়েহু :—কনানো? ইহে ইভা বিনোয়া; কম্বিরো কালদ মোড়াদ।

বিনো :—ঐন নহান হায়ব মাইব অহৈবদো সিদ ঐগ লাকম্মিরিব উবা সিনি। মিংন বয়াই কৌই, ঐবায়দৈনি।

য়েহু :—কালদ লেংসিনবিরু উবাবু! য়ায়া ভুংভাইজরে চা লোকরুপে?

বয়াই :—তৌবিরুহু ইবেম্মা হজিক্ত থকচরকই। কদায় খুবাক মরিহু হায়কেৎ অমুক্ত য়েংজগে!

বিনো :—খুবাক মরিন্নু য়েংইদো, লৈত লায়য় খঙব মবুকচেলন্নু চাউব-
জাৎনি, মখক্ত করব নত্তন।

বয়াই :—মরিসিদি কৈনা ইবেম্মা, নচাক নয়ল লৈন লৈন শিজিন্নব
হৈত্তন্নন চহি ২/৩ সিদি খর নংলন্নিনি। হন্দক্কি মোংজু থাসি
চংলকপদ ইচনগি অরা অনা পুম্ব কোক্লনি।

বিনো :—মুম্ন য়েংল হায়হু মীন শিবসি চৌন্দশিবনি উক্রা মাইব।

বয়াই :—শ্রীবায়গি বয়াই ঐন হায়ব য়াবু শোইয়বদি শোইরে ঐ
শিংগে।

য়েম্নু :—করম করম্ব ইড়াংপুক্ত্রা তৌবিদগে? শেলয়ায়া চংবজাংলা
ঐদি শেল লৈজদে। মপান কৈদৌরিবনো খঙদে শেলম্নু
থায়ক্তে চিঠিন্নু পীয়ক্তব কন কুইরে।

বয়াই :—কয়া কুইয়বগে ইবেম্মা?

য়েম্নু :—চহি ২ মখাইরোম শুরে খল্লি।

বিনো :—উখা মাইবন নিপান্থ কোথোকপিব ওমগত্রাও? করি করি
পোৎচং চংগদগে? শেল য়ান্ন তিংহনবিন্থ ইত্তাসি য়াম্ন নংলে?

বয়াই :—চংথোকপ লকোই লকাং মচা ১, থোইক্ল থাংমৈ অম, খুদৈ
অয়নব মচা অম, হৈক্লক তাল পান তাল অমমম অরাংপ
অতৈদি ঐন পুরকনি। ব্রহ্ম কৌদৌরিবনি, সিন্দুর থিত্তংগ
চংগনি।

য়েম্নু :—করব মতমদ করব মকমদ থুক্লম্বিদগে? পোৎচৈ শিংহুদি
থিব থোইন য়ায়রোই।

বয়াই :—ইবেম্ন থোয়গি ইবুংঙোন্থ করি লুমীৎক্ত পোকপগে? মপোক
লুমিংত থুক্লমগদৌবনি।

রেণু :—মাদি থাংজ সুমিংত পোকই।

বয়াই :—অতুদি হংচিং মপোক সুমিত্তা খুরুম য়ানি, খাইদৈ কব মতমদি নোংয়াইদনি, মী চিক্রবদি সন্ধ্যাদমু খুরুম য়ানি, ইমুংসিদ খুরুমদোবনি, ইবেম্মনা কিশেং শেংলগ সনা মহৌ মমাংদ মশক্ত নি'শিং ফক মচা ১ দা কম নৈব।

রেণু :—কিক্ররোইক্রা ইত্তা অহি'দবো ?

বিনো :—কৈদৌন কিক্রনগে মাইব যাওদোরিববো।

বয়াই :—ঐন খোংজিল্ল লেপ নিপাক্টুই ব্রহ্মচ কৌরগ কিগাও শারক্ল নঙোন্দা পীরদোবনি করিমত্ত কিনিংঙাই নৈত্তে।

রেণু :—সন্ধ্যাদ খুরুমবিরো, হ'চিং মপোক সুমিত্তা। শংবিগক্রা উঝাবো ?

বয়াই :—করিগিনো শংদব যাক্রা ইচনসিদে। মনিপুরদ অমুক্ত খোকপিরকউ হায়তুন চিঠি পীরকপন করিবো, দুর্গা পূজাদ লাক্কে হায়রে।

রেণু :—ঙাইখো ইত্তা বিনো, সুপীমচা অনীতু নিপা মচা ১ গা অঙাং অহমসিদি কদায়দ থম্নি ?

বিনো :—মথাক্রা অরাংক্রা যুম্লোরব অমৈদ ঙহাক থৈদোকউরগ লোইরে কয়া কুইদগে ?

রেণু :—দক্কিনাদি কয়ামুক্তা ?

বয়াই :—নৈজব থরন য়াই. কামত্তপ অমগ লুপা অমগন য়াই। নত্তে, ইবেম্মগি অরাবক্ক কোকহনব ঙম্মবদি ঐমু সুংঙাইবনিদনা।

বিনো :—শেন্দ পাম্ম মাইবক্তাংতু নত্তে ইত্তা, উঝাসিদি, কা মত্তপ অমন চীন পৈ হায়নরিদনা য়াবু য়ানরবদি হায়রিবা। মবুক কঞ্জবনি।

বয়াই :—রহিম সাহেব নত্রাও ? কদায়দনো লেংলিবছ্রবো ?

রহিম :—নমস্তে ঊঝা বোয়াই। নহানগি থৌ তৌবিনি হায়বছ্ করম করম তৌরে, মঙ্গল ওইগ্রবাও ?

বয়াই :—ঙসি মন্ধ্যাদ থুরুবিরুনি। মশক কন ফজখ্রিব মুপীনি, নিপাছ্রন হন্দোকপিরম্মিবত্ত কন ওকই।

রহিম :—মপুম্নোইবছ্রন থাদোক্লম্মব সনবি মান সঙ্গোম্দগি হেন্দোক-খিম্নোই হায়ব্রাও ? ঐখোয় বিনোগ ঐগ মনিপুরদ নাগালেন্দ হাকলোংদ ললোন ইত্তিক চৎমিম্নো হায়ছ্রন মপুরোইব কুলন থাদোকইব ওয় ঊঝা মাইবন পুরগ মনিপুরদ চৎ তরেং লৈবি হিগাইরা ইন্দ্রজালন শেল তানখিমরুনি হায়ব য়াত্রাও ?

বয়াই :—ঙসি অশেংব থঙনি। মৈতৈ মুপীসিদি লাইরা তীনরা য়ায় থাজনৈ হায়ন তায়, মণিপুরদ চৎলগ শেল তাল্লুদব য়াদে থবক শূনীংদব ঐখোয়দি।

রহিম :—মাগি মুপাছ্রনদি রেম্বু হন্দোক্লম ওম্মগ, রেমু মান মপুরো-ইবছ্রবু কাউগে হায়দ্রিবা করিগিনো ?

বয়াই :—পি-পা খেম্নরিবসি রহিম সাহেব অছ্রদনি। মুপীদদি মুংশির লুহোংব য়ুমঅমপানব হায়বসি মপুঙ্গিনে। নিপা ঐখোয়দন মুংশিব লুহোংব য়ুম্বানব হায়বসি শাস্ত্রব মথল অমনে। তল্লগ তোকপগি বেয়া লৈতব। মুপীদদি য়ুম কায়বসি পুঙ্গিদ ইয়াক্লবওবনি।

রহিম :—সুপীবু পুন্নুন সজোল থম্বিরসু, মনীংতম থাদোকপিরো হায়নরিবসি চুম্মিব্রাও ?

বয়াই :—চুমদে, মনীংতম্নরিবসি বিনো থোরগুব রেছাং মথেল চানীংব থরদনি। অয়াম্ব সুপীদি সজোল অহুম পুন থম্বিব শজিক দানা মতম চান হনবিব, মতু তকপিব কাংমৈথুবিব শজিকক জোবুক্ত থৌরী থাংলগ শেনবিব পাইরে।

রহিম :—তুদি সুপীবু পোন্দ রোকপ চেংঙাবুবিগুম সজোল থাকপ সনবীগুম পুন্নুন থম্বিরসু হায়নরিব লাওনরিবসি করিদৈ ওইব ভারে।

বয়াই :—মবুক পেম্র সুংঙাইন থম্বিদব, শোম্রি হায়হুন রৈবিব, অউনপোং রাম পুরক্তবগি ওাংবি চৈথিব, থবক কাহেন্না নোমহনব, নিপান ভজোবী থিরগ অমনবিবু থৌশাবিদব অসিনচিংব কিবমদ সুপীবু কাছুনপুন্নুন থম্বিসু হায়বদনি। নিপাগ সুপ্লীগ পোকপর্দৈ ম্রারদন পোক্লবনি, অহুবু অধি-কারদি মায়ব পাম্মি।

রহিম :—করিবমথৈ পীসি, অধিকারগি লোইনব থৌদাংদি অহিংন্ন সন্নী তোবগুব,ছুয়ানেব কাব; শা লাম্বদি য়ারিবমথৈ হাওদসু। ( নোকমিন্নৈ )

( সুক্ত্যাঠিগি মথোল কাংশিনচিংবওহাক ভারুগ থোঙল কাক কাক অহুয়ক থংলি )

রেম্বু :—কন্না ওইরব্রো ?

বয়াই :—ঐ মাইবনে ইবেম্মা। ( থোঙ হাংব-মথোল )

রেমু :—লেংশিনবিরকউ উবা।

খরাই :—অঙাংশিংদি কদোবিদা ? — অতৈ কনামত লৈব্রা ?

রেমু :—ইশৈ তাব চংহনত্রে, বাজোন মাঙবক বাসব শরনি হায়। ইথলনি।

বয়াই :—পোং চৈদি ভুয়ত্রা ? ধুপ থাংমৈ, খুদৈ অপাব মচা ১ ফিশেং অম শেংলো, ফক মচাহু সনামহী কাচীন মমাংদ থারগ কম্মো, নখুং অমুয় লোয়ো। হৈরুক তাব অমদক্ষিনা লুপা ১ হো অহুদ থম্মো। নবুক্লিং চংন নিপাহু নিংশিংউ। মবিং করি হায়রে ?

রেমু :—য়েংখোম শাক্কো।

বয়াই :—শাক্কো। ঐহাক্র থোঙ লোনশিল্লব অহোবসিদৈ মাগি বক্ষাহু কৌরগ পুশিল্লকনি নঙন ফিগাও শারগ ভকউকো; করিমত ফিগমু থংগমু লাণ্ডগমু, কদায় মৈখেং লৈজব্রা থোইরু থাংমৈসি থাল্লগে ? অশেংব অলুব শেংলো। খুরুখুদক কুল্লগ নখুং ভয় লোয়ো। হো অহুনি।

হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো ! ননাই রেমু, যুবুরেম্বি অসিন অনুক কুইন ভরা অমা থাং মচা য়োক্তুন লৈজরকইবসি চহি ২ হেল্লরুবনিদো। মাবু চঞ্জেরুম্ব মপু য়েংখোম শাক্কোবু ননাই ঐন ঙসি কৌজবিবসি লাইনিংথৌন ভেংবাংবিনি নীংজে। ওঁ হ্লীং ক্লীং শ্রিং গুরুগি য়াথংনি লাক্তব য়াদে শাক্কো নঙ, নচাশিংশী মমান নঙবু কৌরি। করি মরমদৈ নঙন পুক কুইন মুপী অঙাং হল্লোক্লগ লংকৈদা লৈথোকপগে ? মহু য়ারোই থীল্লন লাকপ তায়। ঐন হোয়েল থোঙজিল্ল কৌবদ মাগি খরাইহু ভল্লনদোন পীয় ভাল্লগা পাইরকনি নঙোনলোমদ। নঙ মহু উনীংব্রা ?

রেন্নু :—উনীংই য়ারবদি।

বয়াই :—অহুদি ইবেম্মা, ওহাক্তং নমীৎ ঊইশিল্লো, খংগন্নু লাওগন্নু
কন্নিবত্ত কিগন্নু ঐ লৈ-কো।

(শ্রোং-প্রেক অকিব খোল ওংব কৈন) লাকত্ত, শাক্তৌ, হেক্ত পাইশিন্নকউ কন্নিবত কিন্নু ঐ য়াওরি ওহাক্তং খাংগু, লাও খোংন্নু।

লাকও লাকতব য়ারোই শাক্তৌ। তপ্প লাও তপ্প ঐ ইকুং ইন্নু)।

রেন্নু :—কনানো? কন্নিনো? (খংলাও) হৈমা।

বয়াই :—লাও খোংগন্নু তুমিন লৈন্নু, শাক্তৌ লাক্লে খন্নু

(খোঙদ দাঙ দাঙ থিন্নকই) খাদোকউ হঁ! খোঙ হাংদোকউগে অঙাংশিং লাক্লবানে। লাকও লাকও ইমা খোঙ হাংলগে?

(খোঙ হাঙব মখোল তান্ন)

শাক্তৌ :—কন্নিগিনো সুক ওম খোঙ লোল্লিবদে? অঙাং শিংদি?

রেন্নু :—হৈমা! মখোয় বাবা থুংলন্নবোইন্নে। অঙাংশিংদি বামোন
মাওবত্তা ইশৈ তাব চৎখি। বৈন্নু ওক্তে মৈখেৎ য়াওরবদি
খেৎশিন্নু। (খেৎ-খেৎলি)

শাক্তৌ :—কনানো হা? উথোং মন্নাদ লেপ্লিব নিপা সিদে?

রেন্নু :—মাইবনি, থৌ অম তৌবিরম্মিবা।

শাক্তৌ :—কন্নিগি থৌ?

বয়াই :—তাদব্র লংকৈকৈ কৌবিন্নু হায়ন্থুন ইতৈমন তাকপি সনামহী
মমাংদ থৌ ১ (থক থক নিকপ খোল্দ) তৌজন্নবনি।

শাক্তৌ :—নচৌদ্বীন্নু, ওইদব ওাংন্নু নথন্নাই মাংনীংক্লবদি।

বরাই :—ঐদি করিগুম অকায়ব শাজং অমত্ত চংচদে, শাওবিনু তাথন। হা ইতৈমা ঐন করি কায়বগে ?

শাজো :—অচৌকপদ খোঙ লোম্জিন মীগি মুপা লৈব মুপীগি ইমুংদ লৈরব নঙবু মী অতৈন করি হায়দগে ?

বরাই :—ঐদি মীগি কত্তমব তৌজব মী নত্তে, সত্যন সাক্ষি।

শাজো :—তনীংদে তুমিন লৈমু। রেমু নঙ হায়মু, মান নজোন্দ করি করি অকায়ব লৌচং!

রেমু :—খর কিহনব খংহনব নত্তন অতৈ খোইদোকপ অকায়ব লমচংতি তৌদে। ওসিগিদি খাদোকপিগ্রসি।

শাজো :—নমিং করি কৌই ? করি লমদৈনে। মাইব নঙ।

বরাই :—ইমিঙন বয়াই কৌজৈ, শ্রীরায়দগিনি। ননাই ঐ হজরগে। পীবিগদব দক্ষিনা তৌবিয়ো হা ইতৈমা ?

শাজো :—করিগি দক্ষিনানো ? নঙকু ককপিদন নয়ুবদ পুচন চংখয়ো হায়রিবসি চাউরব দক্ষিনা মগ্রাও ? নঙ অত্তম হায়ন মীগি নিপা লৈতব যুবদ চংজনু নথাইহুগ খর লোইনখিগে হায়ববদি।

বরাই :—মতুং মনাও থোগা অমত তৌজররোই। হুজিক কালদ মীগি কনব তৌব করিমত কায়ত্রে। মীয়োল তায়কপদগি ঐ মীগি কায়নব সেবাদ তৌহুন লাকজিবনি।

শাজো :—নচিন্থীমু নঙ নশক বমীং তাপ্রে মমাংতৈদমু নমথাক লোনম হৈবগি। ডাকুসিবু কনান করম ইমুঙসিদ পুশিন্নকইবনো ? হা রেমু! কনাম নেকউব মাইব নহানো ?

য়েমু :—পাঙল ওংবী বিনোদ পুরকপনি।

শাজো :—হে সুপী, নখোয়ন অমুক থাজগনবসিবু। নমা পোক্লংগি পীখোরকপ্রাও? অরেম্বদ শেল তিংনব ইজ্জৎ মাংনব মীন নোক্লনব অতুক পঙব, কায়দব থবক তৌরুব করিগিনো।

বয়াই :—ভাধন কায়দেদি হায়বিনু। ঐন কৌবদগি খোকপিরকইব নত্রাও, ঐ হঙ্গরে ইত্তেমা।

শাজো :—ঐ ইথল লাকচরিবসিবু নঙন কৌব ওইরে কো মীরৈহৎ। হুবানবা চিন্নীবা! ঐগি পুপীসিবু বিনোওম্ব অহোঙব সুপীনি হায়ন থমত্রাও? নঙ মমল হনব ওমঙত্রাও? থাইনদি ৫০ দনি, হজিক্তি লিশীং ৫ দা হনব তারে। করিগিনো য়েমু নঙন থা ২/৩ দা ভায়রি ঐবু কৌখোরুব মাইব থিরম্মিববো? নঙ মাহবগি মতুং ইনগ্রগেরাও?

য়েমু :—চহি ২ মথায়বু ওবরিনি। ঐদি নাগা লেন্দ্রা অনিপূরত্রা যুম পানগ্রমানে থদুরে।

শাজো :—বিল ক'দতুন ভায়নবনে থর, থা ৫/৬ ওত্রিবসি চহি অনী-মথায় ফারবোইরে। হে থাজগনবি সুপী, সুমীৎ নিনীদ হল্লোকপদ থা ২ তারবোই নিংবী, মীম হায়জিনবদ সুংশা থীবি! মতুং মনাওদি নঙ থমম্ব য়াজে। সুপী নখোয়সিদি মথল থনম্ব সুকয়া য়াদবিনি।

# লম-হৌদোঙ।

## লীলা মীকোক :

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | থম্বালম্মা, শামুরোইরি—মখোল | চাউরি | চুরি | ৩৮ |
| ২। | থম্বাল পোশি—মচা | ,, | লৌশি | ,, ৩০ |
| ৩। | মতা খোইন্নু | ,, | নোইরি | ,, ২৯ |
| ৪। | শকখঙদরর | (নিপামোন্থ) | ম্বেঙ্গর | ,, ৩৩ |
| ৫। | নম্বর রানু | মখোল | ত্তোব | ,, ৪৫ |
| ৬। | ,, হুই | ,, | রাকপ | ,, ৩৮ |
| ৭। | অঙম্ব | ,, | চাউব, নোকনব | ৫২ |

খোইন্নু :—য়ারে রিকশা, সে লুপা অম মথাই লোয়ে।

থম্বাল :—নঙন্দু ইবুংঙো মখাই অমদি তাব য়াইদন, হন্নুব হন্নুবী পুবন্দু নত্তে, ইমানীমক যৌনহা দৈশারীগুব ঙাক্তনি।

খোই :—মোন্দা অমদি ঙহাক ঐখোয়গ তোংবিন্নবগি নঙন্দু ইবুংঙো। হৈ, নোকক্কেংকা তোইনহৈ।

থম্বা :—নঙন নরোল খোকচরক্তবগি রাদনি, য়ারীবু শাব হৌরক্লবদি ঐখোয়দি অশেং অশেংব শেৎ শেৎ খুমলোব-জাৎনে। উসমাম থম্বাল রারী।

খোই :—অদু অদা খঙদে মিয়া সাব, ইমানী মচে নহা ঙাক্তনি, কুরিয়েকা লৈত্রিবা। মক্তুংদ ১০ মরু ( অনীচু কাক কাক ন্যোকমিয়ে )

থম্বাল :—ওসি উরকপ হেরোইন ইত্তাও ওাওশিন্নবছ্ সত্য ইত্তা থোইম্
পক্ৰাও ? মুংঙাইরব কুইরেহ্ উরুয়গ য়ুম অহাংবদ হন্দোবসি
তল্লিদা ইম্বমথাসিদ।

থোইম্ :—ইত্তা থম্বাল, হেরোইন শাবিহুগিবাপদ থেংপ নৈ অঙাংবছ্,
আত্তোয়ওপাম্পি, লোয় হূরান্নগ মান জবক জবক শায়র কুং
য়োং মমীং লাওথোরকপছ্দি সত্য চাকই-হৈ। ( মত্তাহ্
কোন্নগ চুপ্প )

থম্বাল :—ঐ নত্তে ইত্তা, ঐ হেয়োইন্দু নত্তে। থাদোকউসে।

থোই :—নত্তব য়ারোই চান্নবি থম্বাল, নশক থঙডি ঐ নত্তবু। প্ৰবাস
থত্তদা যক্ষন হন্দোক্ৰম্মবি বিপ্ৰলমত্তা নায়িকানি। লাকনি
ওসি চাক ত্তোক্নগ মুংদাং লোয় নোংয়াইদ। যক্ষগি মহুং
ঐন শানি, কপকম্ চান্নবি থম্বাল।

থম্বাল :—থঙদেনে ইত্তা, মতুনবু চুম্মৱা মত্তম অসিবো! থাজদে নিপা
হায়ব'জাংসে থাজৱে। এমএ পাশনি হায়জিম্ন পাইরক্লম্মি
থোইম্ অম মতুনানব, থাজগনবি নৈরাং থম্বাল পোম্বি ঐন,
মাদনি মত্তিকচাব থম্লুয়ে মত্তম হুদ, ইকাই ইকাই শাংলুয়ে
থম্বাল মুমিং মঙালদ। অহুগদি কুইদে থাবুম অমকাওব
কাথিদে, রান্না লাওনরকপ ত্তাথি মাইকৈ মরীদ: বিএ
কাওব পাশ ত্তোৱব লমহুইন এম, এ শারে নোংশা।
খিগংলুবদ পুথোকপ ওমৱে ওরিজিনেল সার্টিফিকেট,
শাওরবি থম্বালন হোদোং অমুবিওম খিগং, অনাব রাহৈন
মমাইদ থোংত্তং, চেলহনথি কালুলো লংকৈদা ইত্তা থোইম্ঃ

কাদুন কালিদাস ওন লাক, খোংজিন্দ অহিং হায়রনি হায়ব :—"অস্তি কশ্চিৎ বাক বিশেষ"। (হিক হিক কপ্পি)

খোইন্দু :—কাউব্রো ইতা খম্বাল, হৌব্রব মঙলান তমথৗরব থিবিক; নুমিৎ খোরকপদ রাকচৗংগি উম্ন তাকখিবগুম। ঙসি অহিং লাকনি ঐ, হেরো কালিদাস শাহুন এম, এ পাশ তৌরগ। চিন্নম্মু ননাদ চিগোংবৈল নাচোম অমত্তং, ঙসি ইমানীন উরকপ সিনেমা হেরোদো, শারগে চপ মান্নন হেরোইন নক্লোম্প। নঙমু ঐম্ন চহি ৩০ সম্বন লান্নবিনি, কান্নদে খাংহুন সুম নৈথবু লৈখাংচাবি, ওন্ননি নুপা ঙসিদৈ হেরো শানব। থিরোই মবুক শেংদব নিপা, খঙঙি, নিপাগি মখিং মমীৎয়াম্ব কৌই। নুপী মশেল পুকচেল খঙনবি মরূপ শান্নসি।

খম্বাল :—খঙত্রেনে মহুনবু করত্রা মতম সিবো। মতম!

খোইন্দু :—ঐ হোরেল অহিং অভিসার লাকনি, ঙাইরম্মু তুমদনা নোংয়াই ফাওব প্রিয়ে!

খম্বাল :—বাসক শয্যাদ, বাঁশী খোংলকউকো রাসবিহারী?

( musical interlude 3 Seconds )

খম্বাল :—ইমা! ইমা! ইহে, নুমিৎ তাররফাওব শামুলোইবিহু হল্লকত্রিবোইরে। ( ইশৈ মতেক ১ ঙংই ) বাহাদুরবু অন্নাপ্প শুলদ পাখোল শীখিবসিদি, য়ুমসি মীন খাংহুন পুখিবদ কনামত উহোরোই। ঐ দোই কালিদাস খিব চৎ, ইমাদোই অঙম খিব চৎ, করম্নো খঙত্রে নুপ্রাবী মমা মচান য়ুম পাম্বোবসি!

অঙম্ব :—(কোম্বোংদৈ) বাহাদুর! বাহাদুর! কনামত্ত লৈজবা কৈনো! ইবেম্মা শামুরোইবি! (নকশিল্লকই)

থম্বাল :—কনানো? মাম অঙম্বরাও? ইমা শামুরোইবীদি লৈত্তে. চাকওস্তা চারগ অঙম্বথিনি হায় চৎখিবনি; হল্লক্ত্রি। ঐশু ছজিক্ত হল্লকইবসিনি। ভারবি খিক্রাও ইমাবো?

অঙম্ব :—ঙহাক ফমখিব তারে, রা অরুব অম ভাংনদ রাদে।

থম্বা :—কয়া লুব রানো, ঐখোয়দ খঙহন্নীংদবজ্রাৎ ওইরিনিদকো?

অঙম্ব :—নহা নখোয়ন খঙনীংওইত্রা হায়বগি রানি।

থম্বা :—খঙনীংবদি মাম য়াম্ল খঙ উত্রিব নহানবু হেৎবনিদা।

অঙম্ব :—চহি ৫০ হেল্লবশিংন করম্ম মুংশিনৈ খঙব্রা?

থম্বাল :—৩০ দা ভায়রিবি ঐখোয়দি কদায় খঙদগে?

অঙম্ব :—খঙনীংব্রাও!

থম্বা :—খঙনীংই।

অঙম্ব :—অদুদি অহলগ মুংশিনৌ।

থম্বাল :—কদায়দৈ অহল খিরুদৌরিবা?

অঙম্ব :—খিরুদু অত্তৈ, ঐ ৫০ শুরব অহলনে।

থম্বা :—হৈম্মা, মামবু ৫০ শুরবাও? ঐদি ৪০ দা ভায়রিবোই নীংঙি।

অঙম্ব :—ইমানী মুংশিনসি হায়ব্রাও ৫০ গা ৩০ গা?

থম্বা :—খঙনীংবৈদি মুংশিনব য়াই, জ্ঞান চাউথৎনবনিন, অদুদ ঐন মুংশিব নিপাদো, নহা ঐখোয়দি হায়ব, অত্তোম্ব শিঙেল কনাদম্লু মীৎয়েং তাহন্নীংদে। লুরিববু অদুনি। (কেথসিন্নব)

অঙম্ব :—অদুদি নহা মশেন পুকচেল শিক্ল, অমন অমগি মপু পুমওই ওইনবগি তাব ছুনি। ঐদি চহি ২০ হৎব য়ারয়োই।

থম্বা :—ওহ, অচ্চদি ঐম চহি ২০ হনুখৎপ তারেনে ?

অঙম্ব :—শিংব হেঙ্গৎনোংলবদি কনাদেনে। খঙদে, চহি ২০ রাইব তায়।

থম্বা :—ইমাদৈ চহি ২০ চু রাইগে হায়বদ শাওরকওইদ্রা ?

অঙম্ব :—খঙদে, অচ্চদি নমাদ হংউ, চহি ২০ হম্বরগ ২৭/২৮ গি মৌ
নহা ওইম্বু হায়ব মারকদ্রা ! হৈনদে হায়রকদ্রা থুনীংরাংবি
ফুরিৎ মকক, চিম্বানতৈ।

থম্বা :—অচ্চদি ইমাদ অমুক্ত হংজরকখিগে।

অঙম্ব :—নমাবু কদায়দ চৎকনি হাম্বরম্বগে ?

থম্বা :—অঙম্ব খিক্রনি হায়তুন চৎখিবনে।

অঙম্ব :—নঙন কদায়দ চৎলুবা ?

থম্বা :—ঐম্বু অঙম্ব খিব চৎলুব, ফংলক্রুবা।

অঙম্ব :—করিগিনো নমা নচান অঙম্ব মুক য়াম্ন পাম্নরিবসিবো ?

থম্বাল :—চুপী ঐথোয়ন অঙম্ব পামদন কনাবু পামভম থোকপগে ?

অঙম্ব :—করিগি ?

থম্বাল :—মিত্রং হৈবগি, তেংপাক লৈত্তুম্বু সনা মতুম ওলনব ঙম্ব,
হোদোংবু কৈ ওলহনব ঙম্ব অঙম্ববু পামদন কনাবু পাম্মুদগে ?

অঙম্ব :—মিত্রং হৈব নিপাদ লৈব তারে নমা নচাদি ?

থম্বা :—মিত্রংন লৈত্তুম্বু সনা মতুম ওলহনবদি মীৎত ঙহাক উহনবগি
রানি। অঙম্ব মীন ওলহনব সনা মতুমতদি মরৈ পারেং শাব
রাই।

অঙম্ব :—ঐবুম্ভ মীন অঙম্ব কৌনৈ নহে।

থম্বা :—অচ্চুন মামবু মীন পাম্নরিবনে।

অঙম্ব :—মী মরক্কুদ নঙস্নু য়াওব্রনে থম্বাল ?

থম্বা :—য়াওদদে, চহিগি বেরা অমত্তং লৈবগি রানি।

অঙম্ব :—নঙবু কনাদেনো চহি ২০ দং রাইম্নু হায়সি ৎংলয়োইব্রাও ?

থম্বা :—কনাদে রাইরুদগে, ইমাদেম্নু য়ারক্কনি থাজদে। মাম অঙম্বদি
চহি ২০ হম্বসি হায়বদ য়াবি নিংব্রেনে ?

অঙম্ব :—উপায় লৈত্তবনি নহৈ থম্বাল কব্বি কব্বিনো লৈবিম্নু হায়ব
লৈব ঙম্মি, হামেংবু সম ওলহল্লু য়াই, চৌংদৈ তম্পাক্ত
চোংথো নত্রগ তম্পাক্কুগি চৌংদ চোংথংহল্লু ঙম্মি। ঐ নিপা
ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার তম্ব চৎখ্রিব অনীগু ঐন চহি ২০ হেক
হম্বখিবদ প্রাইমারী স্কুলদ লাইরিক তম্ব তারে হায়বদ য়ারোই,
য়ুমদ লৈরিবি ননেগু চহি ২০ হম্বর সিহায়বদ থৎনব
হোরক্কম্নু হায়নি, ঐন কেম্নোংফাওবদ থোকপদ ইমীৎ কত্তে
হায়ত্নুন ইত্তুং ইম্নরক্কনি। ঐন হজিক মুংদাংদ চথোরকপ
য়াব্বিবসে চহি ৫০ গি বদনায়নে।

থম্বা :—ওহ অত্নুই ওইরে, ভাব তাজরে। ইমাদৈ চহি ২০ দং রাইব
য়ানব ভাংনজরমখিগে। ঐথোয় ইমান ঐগি চহি ৩০ সিদ
হম্বব থোক্রবদি, থা অমকাদি য়ুমদ হল্লকওই ঐন য়ুম শঙব
তাব।

শামুরোইবি :- ( Off the mike ) ভুপীমচা! থম্বালপোম্বি!
থাংমৈ অমত্ত পরপ পরপ থীব্লে? কদায়? কনানো?

থম্বাল :—কব্বিনো? কৈদোয়গে ইমা?

শামু :—কোন্থোংময়াগি মোংশোং অন্থকপ অন্ধুরাইদ মী খর কন্ধক মাল্লি, ঐ লাকপদৈ পোল্লি পোল্লি চংখিব মতৌনি। কয়া কুইয়ে নগু হন্নকপা।

খম্বা :—কন কুইয়ে, মাম অঙম্বগ রারী ওহাক শারম্ব ইমাবু খিব লাকইবনে মশা নায়।

শামু :—ফুরিংখাওদ লেলদি য়ায় হাপ্তন মশা নানবন কৈদ্রোনদগে। চংলো চা খর লোয়ু চাকন্থ খোঙ্গংলো।

অঙম্ব :—অম্বুক থেংলবদ কদায়দ চংলুরিবনো শামুরোইবি ?

শামু :—মখোয় পাবুং অঙম্ব লৈবিরস্মিবোইরে। ঐনদি লুহোংভম ভাবোক মরক্ত মীং অনীসি থাদোক্লগ খিহনববু থেংনদে হায়দি অণী শুদবনিব, সোমদ।

অঙম্ব :—লুহোংব য়াওরুব অয়াম্ব হন্থুবি হন্থুব, নমারব মৌনহা লোইন হন্নগ্রে, কদায়দ পম্বরুরিবনো ?

শামু :—শামু রাইবগি মমল লুহাংবগিন ৩০০, অস্থিসঞ্চয়গিন ২০০ হায়ন করুরুবনি, পীরমদায়দ ২৫০ দং পীজগে ১৫০ দং পীজগে ভাবিয়ু হায়রে, ঐন হন্নাম মপুন লুপা ২ পীবন্থ অম মখাই পীগে ভাংনব য়াদে, মতম্বনি ভাব ওম্মোই হায়ন্থন খর য়েংনবদৈ থেংখিবনি।

অঙম্বা :—ভারম্বত্রাও

শামু :—কৈদোন ভারুদগে ? মখোয়ন শামুগি মচিঞাক হনবিবন্থ নত্তন নাকেম্বাসিদ। ফুপীমচা চা খর লোয়কউ চংলো চাকন্থ খোংদোকউয়ো হন্থুব হন্থুবিন শাব রারী ভারগ কৈকান্দগে ?

থম্বা :—চহি হায়রসি খঙহোপোৎ নত্তে, অহুন সুম ভাশিনবনি। মামবু চা কানব্রা কাফিন কগত্রাও?

অঙম্ব :—নঙনবু পীথকে হায়রদি ইগ্না য়াই, চিনিদদি খর ভাঙহন্নু।

শামুরোই :—মখোয় পাবুংন অঠক কেন পাখঙ ফারকইবসিবু য়ুমদ খঙন হোত্রাও? কদায়দ লেংউদোরিনো? লুক হাপ্পসিরাও? কাসি হাবিয়ু।

অঙম্ব :— লম্নাই চাক-অম কোখি, কম মচা অম হাপ্পিবগি। অনী লাকে হায়রম্মি, ইমানী চৎ চারুসি।

শামু :—কদায়দনো? মীন অমত্থ কনানো হংলক্লবদি?

অঙম্ব :—মখো কম্বি লৈহুন হংদোরিবা? ইমাম্নবনি হায়হুন খুম্মগ লোইয়ে।

শামু :—রা রা লাওনি ঙম্মোই ইকাইজে। ঙাইখে, মখোয় পাবুং, শেলসি লুপা লিশীং ১০ মুক্ত থামুক্তং থংবিদব য়াত্রে, লোয়াক অম য়োল্লগ শিংজগে, শেন্দোই চাউনি।

অঙম্ব :—কৈদোনব—শেলনো? শামুরোইবিন ঐত্তোন্দ শেল পুগে হায়রিবসিবো?

শামু :—আসামদে শামু য়োনব অম লাক্লম্মি, চাজেনবি অম য়াওইহায় মত্থ লৈনীংই মমলম্ব পংয়াম য়ামদে। লুহোংবৈ ম্রাইব লাকপদ কাংনরগ য়াম্ন মুংঙাইত্তে ২/৩ লোইদব য়াদে।

অঙম্ব :—মমলবু কয়া লোগে হায়রবগে?

শামু :—লাখ অমগ নিকুমঙা ৫০ লোনীংই হায়। নিংথিব ঙাংনরগ ৪০ দা য়ানিয়ে।

অঙম :— খেলদি শুরোই, সনা থমদোব মঙাই। কোম্ম ভাংনসি মহ্ন লায়রি। চাকচাব চৎলুরসি লাকও।

শামু :—ভস্মোই ইকাইজৈদা।

অঙম :—অহু ওইরগ পুথ্রীমপান লৈকোন অম্মুরাইকাওব থিন্দোরো চৎলগে? সে লাকও। লাকও সে? (চিংব)

শামু :—কিংগৎকম্ন হায়ব চাক কৈম্মু লোইরমখিরোই, ওহাক্ত লেংশিনখো, কিরোল হোংদোকউখিগে। মুপীমচা!

খম্বাল :—পুঙরক্লে লোইরে। মাইবুংঙো চা-কানগে?

অঙম :—খেঙ্গ য়ু, নখোয় ইমাক—ইবুংঙোহ্নবু, মুপী মচা চিঠিকা অমত্ত থারক্রুবাও?

খম্বাল :—কৈদৌন থারকউদগে থায়নপ্রবো? নমথাক তৌব মীবু কৈকান্দগে, অঙম মুক হোংব লৈবাক্ত? হুজিকপু কদায়দ রাকীং চৎলুদৌরিবনো? অমম্বদা।

অঙম :—নহান কে-ন খেৎচারগ অঙানবদ রাকীং, অহম ইরাও রাও অমম্বদ চিবোন চিবোন। চাকচাব চৎলুসি রাদে নমাসি। পুথ্রীমপান মুরাইকাওদ থিন্দোকউ চৎলগে হায়ব।

খম্বাল :—কনাইদনো? করি যেঙ্গাংনো? ঐহ্নম চানীংই য়ারোইদকো চহি মঙাংন?

অঙম :—করিগি য়াদদগে নঙনবু চারুসি হায়বদি থাংমৈ ভালব থালহনগে। বোল দান্স শারুসে?

খম্বা :—ইমান য়ারোইনে, ঐবুদি চৎনীংই। মামবু বোল দান্স হৈব্রাও? থাজদে।

অঙম্ব :—থয় থক্লবদি হৈনি, অরুব পোৎসু নত্তন।

থম্বা :—হৈমা থকসু থকপ্রাও ?   থাজদ থাজদব।

অঙম্ব :—থক্তে, য়োৎপনি।   মৈর্ব্বাক্কিদি মাংদেয়ে।

থম্বা :—ঐখোয় মামসি য়াম্না সুংঙাইরিপোৎনিন ?

অঙম্ব :—সুংঙাইতদে. মী হায়সিদি ঙকপ্রব জীবনে. মপান্দ উনরিবসি খৈদেন্দ য়োম্নব তাৎকি রং তৈবনে, নসুংদ মী খঙহন্দন লৈরিব অশেংব মীহুদি য়াম্ন ঙকপ জাৎনি, খঙনব থিয়ো শিঙ্গৎকে হায়রবদি।

থম্বা :—থিব তারবদি, আঃ, থসুং ফাওব কাচীন কোয়া চংব ঙম্নব চহি ২০ পূব তারিনে।

অঙম্ব :—মহু নামৎ শিংলোই, শিংবসু হেঙ্গৎকনি. কাম্নবসু হেজৎকনি।

থম্বাল :—চহি ৫০ গুরবশিংন কেকু লোৎপি শাম্নব।

অঙম্ব :—পুজিদ থাইদৈ সুংঙাইবসে অঙাংওইরিতৈদ কেকু লোৎপি শাম্নব, অমাং কোইরৈ তাম্নব. চাকথোংবি শাম্নবন চিংব। অহল ওইরে হায়হুন অহুক সুংঙাইব মশাম্নহু তোকপ চুম্বাও অঙম্ব, রাইশংব ঐখোয়ন ?

থম্বাল :—চুমদে শাম্নব ঙম্মিবমখৈ শাম্নদোবনি। পোকঙমদব মপোক্লি পুজিগি রস মখৈ পেম্নম চুপখিদোবনি, লেকখিদোবনি।

অঙম্ব :—নঙসু রস চুপ্প য়াওরো, অরেম্বদ থি মতম মাংহনলনো। (লোম্ন)

থম্বা :—য়াওনি গরগর থক্লি। মতম মাংহল্লরোই। ইমাদদি তাকটহু-কো মাম। (লোম্ন)

( তিং—তিং—তিং )

শাম্বু :—সুপীমচা ! লাকওয়ে, মৈ থাগৎপিয়ম্বনি, চাক থোংদোক্লম্মো নঙ মায় ওহাক্ত অমুয়াইকাওব থিদোকউগে করি ঙা থোক-পগেম্ব য়েংলকে মৈখেন মচাদৈ।

থম্বা :—পয়প পয়প লাক্রুবদি অরৈব অম কাংসোইয়া ইয়োনবয়া থোংজিল্লে থঙঙ্ অহাওবদ চানৌংবি।

শাম্বু :—লেংলসি মাগি মায়। টোর্চ লাইটু কাপ্পিয়ু। থোঙ-পোয়োন থাজিল্লু সুপীমচা।

অঙব :—মৈখেন য়োদোম্বিব্রাও ?

শাম্বু :—কনান য়োজক্লগবনো, অঙাং হয়াওনব হায়রবনি, থোক্তে হায়রগ লোইয়ে।

অঙব :—অহুদি অয়াবম চাউবিথোইদ হিদাকঙাম্বক অম থকউথিসি ?

শা :—ঙাম্বক অমত্তদি কায়দে, অনৌ থকসি।

অঙব :—নকোক ঙাওয়োইব্রাও পার্ব্বতী ?

শাম্বুয়োই :—মহাদেবগি মনাইম্বুবিনবু কৈদোন ঙাওজক্লদগে ?

অঙব :—ওসিগি মুহোংব লাকপ বয়হ্ হম্বুয়ে হায়ব চুব্রাও ?

শাম্বু :—থোইন হম্বুদেয়া; মখোয় মামদৈ মান থিৎতংদি লিন উয়ে। মীন মুহোংব উয়গ কল্লকই, চহিসি মত্য থয় হম্বব য়াম্বদি কো।

অঙব :—মুহোংসিনা কম্মিনো; তাবোক য়াওহল্লগ লোইয়ে চয়োল খুদিংগি হোংব য়াই, শামী শেৎকেয়া পোৎলোই শেৎকেয়া .অপাম্বহ্ য়াইহুন থম্মগ লোইয়ে। বয়বু মৈয়ব্রাও ?

শাম্ :—নেকপ তারে, মখোয় মামবু রাইজব য়ারোইব্রাও ?

অঙম্ :—কনাদৈ রাইদৌরিবা? ঐখোয় লুপীদদি হায়রুম্লু হৈ য়ারকওই, মবুক য়াম্ম ফত্তে। ঐ ইশান য়াজরে।

শাম্ :—মশক অচুক ফজবি য়ুমদ লৈহৌবিহু ছন্দোক থনম মকম মরাং খওদবি, শক্ত য়েংই য়োদবি, লমচৎ ফংই তুরেলগুম, খোইন চেনবি ঐখোয়গ, লোজ লোনথুপ, চিখোন চিখোন, তনবিব্রাও অঙম্ অখোবাও, নঙান লৈব রাইরংচান্দ ?

অঙম্ :—কেকু। কোংকোং, শাম্নবদো অঙাং ওইরিবৈ, অতৈ করি লৈনি চাম্নবি, মচুদৈ হেন্ন লুংঙাইব ? ফন হাওব য়েম্বাং ওইবু, ফন লুংঙাইব খোদাংম্ ওইসম্নু, রারক চৈরাক মথা থা, শূদ-য়াদব রুটিন খো, লুমিং থুদিংগি হম্ন হম্ন, অয়ুক হজাম, লুংদাং হজাম পেরুক কোথা নোংমাংথা, ঙথা মুখাঙা মরীংথা, হাওদোবোই নীংব হৌনশানি, তাইবং থরোই নীংথাবিন অনৌব শকওং অঙকপ শাথেক, মীৎয়েং তানীংব ঙাক্লি।

শাম্ :—অচুবুদি তামো, তাঙন ক'জব থরোগি থাজ, লুজা ওইন নোকপি ঐখোয়মু চুঙাই; ফুরা দলাদদ লৈবমু চাংদ কারগ ফৈজা হেকপি, পাংত কুম্মগ ইঙিংবিমু হিমালয় কারগ উনীংই উনগি চাংদোনপি অঙকপা, রোকেট্ট তোং পাইরগ উনীংই থাজগি লৈতোই মাইচাম, কয়া লুংঙাইগব মামো ইমানী মোটোর বোট অম তোংমিন্ন, প্রশান্ত মহাসাগরদ ঈথৎ কয়া অঙকপ অনৌবতাক্ত।

অঙম :—লাপমল্লি খম্বাল ম চহি মজাংসিদ প্রশান্ত মহাসগর রৌম চংশদি, কদায় নঙগি মোটোর বোটো পূর্ণীসিদ খাদরো, ঙহাক থোঁতুন শান্নসি, খাবল খোক্লিকৈ। লাকও খোংজাসিদ লৈরে (লোয়)

শারু:—খোজাছ পিকমল্লে. মোটোর বোট খম্ব চল্লোইরে। পূর্ণী মপানি সোমদ লাকপিয়ো, থাংমৈ কাপকনো। অয়োইবা! পূর্ণীদ তাররিদা! (লোয়া)

অঙম :—চৈঙাক ঐন ঙাকইবসিদি।

( music Romantic Tone )

নং রান :—(চইশেল পিৎ খোংলগ লোয়ঙাংনব) মিষ্টর সিং! নম্বর টু! ইধর আও!

সিং+টু : -জী, হুজুর। জী

রান : --ক্যা বাদ? কোই আদমী হৈ?

টু :--খালি দো, বুড়ী ম ঔর লড়কি বাদচিৎকরতে থে।

রান :—কোই মরট নহী?

শিং :—নহী জি, ঐশা মালুম হোতা হৈ।

রান :—তো ঘরকে নজদিক চলো। ঘড়ি পে দেখ কিতনা বাজগিয়া?

টু :—শাড়ে গ্যারহ।

রান :—দেখ, ঠিক বারহ বাজে, কামা শুরু হোনা চাহিয়ে।

শিং :—জী হাঁ হুজুর।

টু :—অহিস্তা চলো! (চৎপগি শোৎ-প্রেক লাওব খোল খর)

( music Frightening )

শামুরোইবি :—আঃ আঃ। ( অমুক নাখোকই )

থম্বাল :—ইমা ! ইমা। য়াওন্নো ইমা কৈদৌরগে ?

শামু :—হা ! কৈদোরে হায়বা ? সুপীমচা ? ঐবু নাখোক-উরবাও ?

থম্বাল :—করি মঙ মঙবগে ? য়াম্না লাওরক এ ?

শামুরোই :—কনা কনানো থম্ বার্নী চীং কাক্সি হায়দুনা চংমিরৈ হায়রব, ওহ্নোকপ মঙ হায়দুনি, চীং মচা অম কায়গ কজরব পাৎ অম লৈরম্বে, নুরব ঈশিংচুদ থরো থম্বাল কজ কজবব কয়াদি য়াম্ন শাৎলে। চুং-ইথং থংন চৎপদু ঐগ নঙ মামগনি। কনামত্ত লৈশিংচু হেক্কে হায়দে মমীৎপু পান্দম্রা করিনো ঙকই। নঙ মামন কজদ্রা থরো পোমশাৎনবসে হায়রকই। ঐন কচৈ ২ দি হেকশি হায়দুনা নঙ মামন মখোঙ নাম ঈশিংদ কুমথ, নামন কংকান্দ, ঐন মখুৎ ওইদু পায়রগ লামহন্নে, কংকাৎতদুনা থংলাম লাবদ ঐম্বু তাদোরে হায়দুনা থাদোকপদ নঙ মামদু ঈশিংদ জবুংলাওন তাখে। অদুদ ঐন মীয়ামদ লাওরিবা !

থম্বাল :—নাইতোম চৎপ ইবুধৌন শোকল্লি হায়নবনি। ঙাইখো ইমা, বাহাদুরন ওয়ুদ চৎশিনদুবু কয়া কুইরকদবজাৎনো ? অসাই ঐ ইথন্দ চাক থোংলিতৈদ শোৎ প্রেক লাওবন চুই হৌদোংস্ন মাবদে কিজবনা ! করিগিনো অদুক কু ইরকইখবো ?

শামুঃ—হেয়া থৈদেন মচাই হোটৈলদ লুহোংব কচৈ কজদে রেৎনদুন চা কপ অম থক্লে।

থম্বা :—অমত্ত থক্লম্মোই কূইমল্লি, অনী শুন . থক্লম্নি। থঙদে কাউবু কাউয়ে অনীরা করিনো!

শাম্ :—বাহাহূরবু থাখিবহ্ শুম্রোমদ উগি ঠিকাদার অমন শাম্ রাইনি হায়ছন নোংমদ লুপা কয়া কয়া পীব ওমদগে হায়ছন হংহনখিবনি। হমী মরিনীকাদি লৈরকপু য়াই।

থম্বা :—ওসিসি থেংলম্মনি, নোংয়াই য়ৌদৌব খিংতমক ঙায়রম্মনি।

শাম্ :—য়াহৌ থেংনবনি ছূম্মসি কানদে।

( ক্রিং ক্রিং ক্রিং )

সিং :—(শকথঙদব) (মপান্দ লাওরগ চেল্লকই) হাংলে, হাংলে, থরাই অমুক্তদি কনবিয়ো, থরাই কনবিয়ো ; থোঙ অমুক্ত হাংবিয়ো থোঙ হাংবিয়ো ! ( থোঙদ দাং দাং খিলৈ )

থম্বাল :—হৈমা করিনো ইমা ! সুপী মথোল্লাও থোইম্ ওইরিভ্রা ?

শাম্ :—সুপী মথোল নত্তে, নিপাগি মথোলনি, নঙ মাহৈ মথোল্লাও ?

সিং :—থরাইদদি কনবিয়ো ! অমুক্ত হাংবিয়ো।

( দাঙ দাঙ খিল্লি )

শাম্ :—থোক্লব লাকনি, হাংলো সুপী মচা। থরাই কনবিমু হায়রবনিন; মীতৈ চম্ নম্রাঙ ইমানীবো।

থম্বাল :—( পোয়োন হাংলগ ) কনানো ? কৈদৌনরগে ?

সিং :—কিরব তাবূ অনীন থৈবূ তায়রকপনি, থোঙন লোনসিনখিবু ইবেম্ম। (কপ্পগ মথোঙদত্তু) ইমা ইবেম্মা নোপ্াগি থরাই কনব য়াওবিন্নু, হন্দক মপোকসিম ননাই ওইজগে।

শাম্ :—ওাইথো কপকহ্, কনাগ করি তৌনরবগে ? মরোলহ্ হায় তমখো ?

খম্বা :—কনান হাৎকে ভাররিবনো ? কৈদোরুবগে ?

শিং :—মধ্য প্রদেশতগি দাকু অনীন ঐগি ইতুং ইররকই, অমদি মসিং য়ার চৎপ কিনব ভাকুনি; ঐব মখোয়ন মনিপুরদৈ লুটপাৎ তৌবদ খুৎলাই ওইন শিজিন্ননীংই ঐন মখোয়দৈ নাম্বোক্সীংহুন মনিপুর হোটেলদ থুংবদৈ চেন্নকপনি । (লোন কি-নিক্কুন )

নংবান :—( লাম্নদৈ ভংলপ ) মিষ্টর সিং ; Dont play hide and Seck.

সিং :—লাক্সনে, ভুমিন লৈবিয়ু ( লোন )

শামু :—( নাখোকই ) আঃ—আঃ !

খম্বা :—ঐগি কাভখসিদ লোংলো ( লোন )

নং ২ :—দররাজা খোলো ! (থোভদ দাংদাংথান্ন )

open the door.

শামুরোই .—কনা কনানো ? কোন হায় ? মুপী ভাক্কনে, হয়েং অমুক আও ।

নং ২ :—দররাজা খোলো, মাতাজী । কুছ নাহি করেগা হমারে শিকারকো সোরদো, চল যাইয়েঙ্গে ।

শামু :—শিকার তৌভন লোগভাক নহি, নমুন নমুমদ চল যাও ।

নংবান :—মিষ্টর সিং ! ( হৌন ) মিষ্টর সিং !

সিং :—জী হুজুর ! আঃ ! ( মচিন মেনব )

রান :—জিনে চাহেতো তু, খিরকিকে পাশ আও, ক্যোং ছুপ কে রহা বদমাইস ?

সিং :—আভা হুঁ হুজুর, মাপ কিজিয়ে।

শামু :—করি হায়রিবনো, নিপামচা ?

সিং :—ঐবু মিহুৎখোঙ মনাক্ত লাও নথরাই মাংনীংত্রবদি হায়রিব, ঐন লাকচগে ঙাকপিয়ু হায়বনি।

শামু :—করিনো হায়হল্লু, মরোন্দু মীতৈরোল হল্লোয়কউ ভাগে ?

রান :—দশ হজার রুপিয়ে নিকালো, তুমকো সোর দেতা হুঁ।

টু :—বিষ হাজার বোলিয়েনা ক্যোং দশ ?

রান :—চুপ রহে !

শামু :—করি হায়রিবা ?

সিং :—অথোবসিন, লিশাং ১০ পুথোরকউ ঐবু থাদোকপিগে হায়ারব। মথংচৎসিন ২০ হায়বিয়ু ১০না কৈদোদগে হায়বদ চৈহৎলিব। কদায়দে ১০ থিরুদগে ঐন (কপ্পি) ইঃ—ইঃ।

শামু :—কপকতু, হংচিং লাকউ ৫ পীজগে হায়য়ু।

সিং :—কদায়দে মঙানো ইমা ? শোইব য়াদব হিংচাব ঙাক্তনে।

শামু :—হুজুর, মাভাজী কহতী হৈ, পরন্তু ঐসি রাকট পাঁচ হাজার দেতী হৈ। মোহর বানি করকে সোর দিজিয়ে।

রান :—আছা, পরন্তু ঐসি রাকট পাঁচ হাজার রুপৈয়া। ভাগ যায়েঙ্গে মারদালেগা তুমসবকো। মালুম হৈ ?

সিং :—জি হুজুর

শামু :—করি হায়নরে য়ারবাও ?

সিং :—হৌবৎ সুকৈদ ৫ দং কচ্চগে হায়বদ য়াবিরে, চেনব থোক্লকদি লোইনমক হাংকনিবায়।

রান :—মাতাজী নমস্তে !

শামু :—সালাম হুজুর। লেংঙো। ( টিং টিং টিং )

সিং :—ইমা ইবেন্ম, ঐবু করয়ো, ইমুমন্ মনিপুরদ লৈজব নত্তে কাহাড়দৈ নি। ঐদি লিশীং ৫ হু কদায়দৈ থিরুনি খঙত্রে। (কপ্নি)

খম্বা :—ভাইখো কপখিনু, তাদ কৌগত্রা ইকপ্‌া কৌগত্র। খঙনত্রি। ডাকুশিংহু কদায়দ করম থেংনরুরিবনো ?

সিং—ইচে ইবেন্ম ; শিলচরদৈ বিএ পাশ তৌজরগ মধ্যপ্রদেশত মরিমতা অম লৈবদৈ এমএতম চৎচরুই। খম জম্নগ তোকচয়ে মামছ্ খবক তোকপদৈ। দোকান অমদ পোৎ য়োনব খম খম রাওজে পুকখমব।

খম্বা :—করি লমদনো দোকান্দো ?

সিং :—ভোপালদনি। হরা চাব চৎপদৈ বোংম গুরিদাংরাই ডাকু খরন কায়ে, ডাকু শিংহুই মথুংতৈ হজিক লাল্লম কাংবুচন কমবিরকপনি। মনিপুরদ লুট তৌরুসি হায়রুন লাকমিমরগ মনিপুর হোটেলদৈ ঐ চেক্করকপনি।

খম্বা :—বিএ দি পাশ তৌরবোইরে ?

সিং :—এম, এ হু চহি অম জমজরুরবনে ইচে।

শামু :—নঙবু ঙসিগি চাক চারব্রাও ? লামত্রাও ?

সিং :—অমুক্ত তদ মচেৎ অমগ চা কপ অমগদি থকচয়ে। লাবদি করি হায়রুনি ইমা রা কম ভাংব জমত্রবনি। (কপ্নি)

শামু :—মুপী মচা চাক খম থোংলগ পিজৌ মাগি রাসি হয়েং ভাংনদি থেংত্রে। ঐ রাখল অমুক্ত তৌখিগে।

থম্বাল :—য়েহ্লাং শেম্মরাও ঐ চাক থোংগে শকখঙদব মরূপ। ভাক্ম
শেম হৈগক্লাও ?

সিং :—হৈজনি ইচে।

থম্বা :—হৈ, ইচে হায়দু নঙবু চহি কয়া ভাবগে ?

সিং :—ঐদি চহি ২৯ দ. ভায়জরি।

থম্বা :—অদুদি ভাদন চহি ১ হল্লি ঐদি ২৮ দনি। লাকও চাকশঙদ
চাক থোংলুররসি। কি অমোৎপশিংদু থম্মু হয়েং

( মৈ থাগৎপ ভা শেম কোল্লিক ক্রিংক্রাং মথোল থরদি ভায় )।

পূবোকসি, খুদৈ মঙুলু শেৎলো, কৈজোম ওইন শেংকেরাও ?

সিং :—কদায়দৈ কৈজোয়ো, মুপী ভাক্ত লৈব উই ?

থম্বা :—নশেন অম লৈরম্মি, ভাদগ শক য়াম্মা মাম্নে। অদুননি ঐন
লুন ভৌরিবসি। করিমত হজোই বিদু, নয়ুমদোন থল্ল।
কাইবোকাদি নম্ভেকো ?

সিং :—নচ্চদে, ইথল্ল পোকই।

থম্বাল :—মিংদি করি কৌবিবগে ? আলুদু শেংন চাম্মু।

সিং :—ইবো-ঙাং কৌজৈ।

থম্বাল :—হয়াইথাক্তু থর থোক্লকউ ইবোঙাং। মিংদি কন কৈ।
ভাকুশিংদুগ কয়ম্ম থঙনরুই ?

সিং :—ভোপালদি জেলথানাদ মীন হজিনবিদুন থা ২ মথোইরোম
লৈজরুরে। ডাকু অচৌবদুন ঐবু মান হায়ব ইল্লি, মুপীম্ম
মাল্লি হায়দুন লুন ভৌবি, ঐমু কিজদুন মথোয়ন হায়ব থর
ইয়ে। নাম্বোকপ য়াদদুন মনিপুর ভাম্ম ইম্মরকইবনে।

থম্বা :—থানাদ ভারুগ কাহল্লবদি ?

সিং :—মতুন কামরোই মখোয়হু খুং য়াম্না কল্লি, হেক মখোয়দ লাল্লুবদ থল্লাই মাংব ভাব। লানবু লাল্লুত্রবদি লৈবাকমচাদোন অচুম ত্তোই।

থম্বা :—ডাকুশিংনু অচুম অয়াদ খায়রিবা। ঈশিংহু শারিব্বা য়েংউ? লীও য়াম থাজিল্লো ইরুজখোকেয়া খোঙদ হামগেয়া। ঈশিংহ য়ামত্রগ বাটৈদ্দহ হৈজিল্লু। (হৈব মখোদ)

( gay music )

শাবুয়োইবিন নাখোকপ মঙোদ তায়।

শাবু :—ইহে, হুপীমচা! মীনৌহুবু কদায়দ তুমহল্লবগে? ঐগি কম্মাংসিদ তুমহনগে হায়দু য়ানি। কৈজুপ কা থয় ( নাখোকই ) উম!

থম্বা :—য়ায়ে ইমা, ঐগি কম্মাং হিদাদ্দ তুমহল্লগে।

সিং :—মাঙোত্ত্রা চাকশঙত্রা কক অমগ ইময়কি অমগ পীথিরগ য়াজনিয়ে।

থম্বা :—হেয়া কদাইদৈনে।? ইদ্দম্লি। ঐন হায়ব শং শং ইল্লু মরৈ য়েংকনো। কমাংহিদাদ্দ হিপ্লো, অহু কাওব ইদ্দমদোব ওইরবদি কমজাওদ ঐগি থুয়া মুরাইদ হিপকেয়া হায়রিবনি। য়া হংগে, অশেং অশেংব থুম্মুকো তাং কায়দে।

সিংহ :—ইথল্লাই কাওব কনবিরব মীদ করিপি ওইদব ডাংজল্লদগে? ঐন ত্তোনশিল্লিব লমন অসি হন্দক মপোকসিদ শিংব ওম্নি হায়ব থাজত্রে। ( কপ্পি )

থম্বা :—হৈস নবুকচেল অত্তক পিকলিব করিগিনো? নত্তবু নিপা নত্রাও?

সিংহ :—নিপানি ঐ।

খম্বাল :—খাজদে, রাশকউ।

সিং :—ঈশ্বরন সাক্ষী ঐ নুপানি।

খম্বা :—নিপা ওইরবদি নুপী কয়া থিরে?

সিং :—অমকাওব থিজত্রি। লাইবক থীবন নুপী থিবগি খুদোংচাব ফংপোৎ নত্তে।

খম্বা :—নওবু নুংশিনবকাগ্নু অমত্ত লৈত্রাও? চহি ২৮/২৯ শুরব নত্রাও? খাজব ওযরে।

সিং :—বিএ তম্মিতৈ তাম্মিনব কনাগুম্বাম্বু পামজখিবদি ময়াওই, থরাই অম পানবনিব। ঐনদি কনাদম্বু নুংশি হায়জকদবনিন, ঐবু নুংশিবিরকপ কনামত্ত লৈজ.ব।

খম্বা :—নুংশিনব লৈতবসিদি কৈহে। হয়েংরাই খর চাউরগ নংম্বু খওলকনি ইবুংঙো নুংশিব হায়বসিদি ঙাওব জাৎনি, ইকাই ইকি খওদব, অকিব অখাম্ব মরা লৌনীংদব! করে, তুমজরো থেংলে, কোম রারী শাসি। নুংশিবম্বু তম্বিনি, মওগি নুপীম্বু ঐন থিবিনি, লমদ হেন্নু, ডাকুশিংগি রা, লিশীংকগি রা লোইন কাউথ্রো। ইমান ফনব মরাইন শিজনি।

সিং :—খাগৎচরি থরাই হকচাং রাওন।

খম্বা :—ডাকুশিংগি রাত্ত শেংলোকরবদি নও ঐখোয় মুমসি কোইহুম চহি খর লৈখখিব য়াগনিকো?

সিং :—চানবিব রানি, অমুক হম পোকপিবনি।

খম্বা :—হৈ ইমানী চহি লোঙ্গানি নও নমা শাবদি ওম্মোই। হংচিৎ কাওবদি ইবোঙাং, চাকশওদ খওদে ওদামদ খওদে লোৎতুন

নৈখো। হয়েং সুংদাং নৈখেন অচৌবদ কাখিমগ দোকানৈ রেদী য়েদ খোংঙুপ খোঙ্গাও, সুট টাই নতিক চাব, নৈজোম অপাব সুপরকাইন কুরিং থাকায়াং, কোয়েং চাংগ্রংভাখি নৈরুদোবনি।

সিং:—নৈদোনবনো ইবেম্মা?

থম্বা:—করিগি ওইদগে ইবুংঙো? নঙন শেং লিংলগ ইবোঙাং মাম্নবনে। (কে-থ-ন) ঐখোয় ইমাদ নঙ হয়েং মখৈ করি মিংগৌন কৌনি।

সিং:—ইমা কৌব য়াজাও?

থম্বা:—চরোদা, নমানু নঙন। অবোক ইবেম্মা কৌও? করিগিনো খঙভ্রা?

সিং:—খঙজদে, চহিবু য়ামদম উরিদা অবোক কোদৌসি।

থম্বা:—উম, ওসিদি নঙ ভাকুসিংহ কিবন ইথক থগৎগ্রে, তাব তারমোই। হয়েং তাব তাদ্নগে। ভূমজয়ো, ভূমজয়ো। তাবিরব্রাও? (কে-থ ন) ভূমখুল তানবিয়ো।

সিং:—করি খুল হায়বনো? ভূ মখুল হায়বদি?

থম্বা:—নঙবু হয়েং গুদাম মঙ্গুংদ শো লোন থম্বাল করিগুম মা হায়নীংলদি ঐবু কয়া কৌরকনি।

সিং:—খঙজদে, করি হায়ন মিংগৌনদগে?

থম্বা:—কবয়ো ইবোঙাং শেম খোকওইদৌরিদা? ঐজোল মা হায়নীংলরুদি ল্যোৎলিঙৈদ হৌদোংমচা হৌন মিয়াও মিয়াও খোংলকও। খঙভ্রাও?

সিং:—খঙজরে।

থম্বা :—খোংলকউ ত্থাগে অহুদি ?

সিং :—মি—য়া ও, মি—য়া—ও। ( কে-ন )

থম্বা :—করি ঙা চনৌংই মিচু মচা ? হঁহ, ঐ ঙসি চুব য়ারোইদৌগি রাথম্ব পরেং পরেং অমদৈ অম চিংখোরক, অমদৈ অম ইরুরক। য়ুম কৈ-সি থম্ব শেমজিন শাজিনব, ঙনান ঙনান।

( Music Romantic fades ont ).

শামুরোইবি :—( Off the mike ) মুপীমচা। নখোয়বু হজিক-কাওব তৌত্রিবাও ? ( য়াই শিংপ তৈব মখোল )

থম্বাল :—সে, ইমাই চাগ ঙসগ লৈরে। কুইরে হৌব ঐখোয়দি, চাব থকপ লোইরে।

শা :—য়াহৌরগ মমাংখোঙদ খোক্রবা। মনৌংখোঙগি মীওাক্ত ওইরে। (চা থকই) ওাইখো মুপীমচা য়া হংখিগে নিপাছ কন অহল ওইন উই চহিও০ হেল্লবিবি।

থম্বাল :—কদাইদৈনোদ ইমা, ও০ তত্রি ঐন লম্রি।

শা :—মপাল্দ খোয়কউ হায়বু, মশকু মুম অমুক্ত য়েংগে ?

থম্বা :—কদায়দেনো, ইকাইজে হায়রন কোট মন্নুংদ।

শা :—কয়া কুইন উচি ওন কোট মন্নুংদ লৈব য়াদগে ?

থম্বা :—হয়েং কাওদনি।

শা :—নিপাছ তাহোকথ্রজিয়া মতম কত্তবসিদা ?

থ :—য়োকপন কজাও ? চুপা তাংখ কৈনুংদি।

শা :—মরমচংন্দু মুম থঙমন হৌদোং ময়োইহৈব ওইরম্লবদি চাক চিং তোকনিদো।

থ :—হেয়া ইমা, ঐ য়াম মুম় থেঙে, পঙথব অঙাংনি।

শা :—কদায়দৈ শেম় মমল লুপা লিশীং ৫ হু হন্নোরি ?

থ :—সনা মুহোয় অহমগি রাঙ্কবু, নাদৈ করুগ পীখিন্দু ঙাই।

শা :—হৈস, মুপাসিদি সনা পাম্মুব থঙজেনা। সাবিত্রীন সত্যবান
         উবদ ঙাওখিবন্থ য়োরেনা। চহিবু ঐখোয় লোঙ্কা মাম্নিনহৈ,
         মচা ৪/৫ ভুয়য়নি। য়েংগে কৌথোয়কও।

থ :—কৈদোনব য়েংদোরিবনো নহা মচানি হায়রমম্তদা ?

শা :—তাকু হুয়ানবগি সঙ্গম্বু কিজত্রাও ?

থ :—হোদোং মচাঙম তেবজাংনি।

শা :—মসিন্থ হোদোং চকু ঙস্নি ঙন্নোরেদনা ! ঙাইখো, নঙক হাইগৎ-
         খিনো অহল মখিগৎন চকু অকাইব মেমৈ হায়ব য়া লৈবনে।
         অহল নমন অঙবখোয় তাম্রুখিগে: থাদোকখিসিয়া থানাবু
         কাহল্লিয়া হায়ত্তুন।

থম্বাল :—থয়াই মাংলসি হায়য়গ অঙম্বদ তাকউয়ো; অচৌকপদ অঙব
         কনান নোংমৈ মমাংদ লেপ্পিয়দগে ?

শামু :—লম হেনখিন্ন হোদোঙ হাঙম, অয়োকপ ঙাঅয়ৌব ঙক্রা লৈক্নৌ
         তাঙলব কাল্লিদ পংপি পিজ থোকখিন্নকো ?

থম্বা :—পীজরবন্থ ঐগি শরুক্তৈনি। (চংখি)

শা :—হৈ মৈমা ! তোঙাম় চাপ্পে, ইমানীদ লৈবদ !

(music) ভিয়াও, ভিয়াও, ভিয়াও (সিংনথোংব)

থোইবু :—ওহ ইভ, ইভা থম্বাল ! (কিংন off the mike")
         লাওনহৈ ইভা, কৈনো অম লৈয়ে ?

থম্বাল :—( Off the mike ) কৈনো ইত্তা ? ত্তকিং ত্তকিং, লৌম্র চৌকপ দোন কৌরকইবব্রো ? মাঙ্গোল্দ লাও-ও।

খোইমু :—মাঙ্গোল্দ ত্তারোই, নখোয় কৈ মতুংদ খোংবনে হৌদোং য়াম মাল্লি, লাওনে পরপ পরপ, শো পুরকও। লাওনে, থম্বাল নত্তবো ?

থম্বা :—থঙ্গেও সিদ লাও ও, ওয়াং চাখুমদ চংলকপ হৌদোংমচানে; ঐন কোট শংহনবনে।

খোই :—অছু ওইরম্ন মশক য়েংনীংই শো অমুক্ত পীম্নু কোটকি। কদায় ?

থম্বা :—ওসি কোংত্ত কাব য়াব হুমিং নত্তে, লাও-ও থংকদু। অহোবদ য়েংত্তনো, কৈমচাগ হৌদোং মচাগ মখোল মাম্নবনে সিদ লাও, চেল্লকও। মমা লাক্লদি ?

( লাক্লে মাঙ্গোল্দ মখোল নেমথরে )

খোই :—করি লমদৈ হৌদোং মচানো, ঐত্তোল্দ পীরো।

থম্বা :—চরোদ, ইদান মাগি ওইজরগে হায়বদ কাও পীদদন লৈরিবদ ওয়াং অহিং চেল্লিরকপনে।

খোইমু :—কযম্ন কমদোন চংলকইব অহিংদবো ? মশকমু য়াম্ন কত্তে হায়মি।

থম্বাল :—ডাকু অনীন হাংকে তাম্নরকপদৈ লুপা লিশীং ৫ পীরগ হল্লোকহোবনে। উরব্রনে—খোত্ত অহোবদা ?

খোই :—কাবক উরে, মশকমু ওহোক্ত কজধ্রে, পাম্বিবো, ঐত্তোল্দ পীরো ইত্তা। হিঙ্গোল ত্তত্তথাই অম য়োম্লগ মত্তাহ্ হল্লিরকে। কোথোয়কত্ত য়াম্নী ওহাক্ত শাগে ?

থম্বা :—ঐগিন্থ দবকায় লৈবনে ইবেম্বা। নক্তিদি ওয়াং হুমিদাং রাইগি রিকশা থোবন্থ ওইজরো।

থোই :—রাত্রিবদি থাবা (অওবদ) তাক্টউনি, কাংবনি। ইমানী হূপী মশেল হুংশিনরসি হায়নবগ, নও হোদোঙ মচা লোম্ম থম্ব রাব্রাও? রৈম্বুরাও?

থম্বা :—হোয়েল সন্ধ্যাদ ঐথোয়হন থৈদেনকামিয়রুসিমাগি থোঙচূপ থোদ্রাও থয় লৈবিয়রুসি। মহুদ মশকম্থু রেংউ মুম; রায়ীম্থ শামিয়সি।

থোই :—হুজিক ওহাক্ত মুনদ পুরুগে নও হোদোঙ মচাসি, লৌবিয়োই, ওয়াং থায়ব কাবৌঙা তায়েল লৈহোই পীজরুগে।

থম্বা :—কায়দে ইজা থোইম্থু, রাইব য়ায়োই শাম্পোক্তে। হোয়েল হুংদাংবাই উয়সি। ঐ থবক য়াম চিন্নি হুজিক শাওম্থু হল্লো।

থোই :—মূহোংগত্রাও? মাওব থম্নম্থু রাও? অথুম অহাও হৌনব বামোন বুজায়ী হায়ব্বগে?

Record : ভিয়াও, ভিয়াও—ভিয়াও (হোরশ)!

থম্বা :—লাকচয়ে লাকচয়ে। চাকপূদি ওহাক্তদ লোইনিয়ে।

থোই :—মুখাক পীজোনহৈ হুয়ানবদো। ঐ চৎলে হোদোং লোইবি।

থম্বা :—ইহে, ইজা! চুরুট অহাওব উপু অমত্ত, শাওম্থু চাম্থু থকখিজে থবক চিনবন কৈনো!

থোই :—মে : মীংতুম কাক্তে। (ইথৈ ওংথিব) চাউবী কনানো? ইমা হোদোঙনে। হোদোঙন চুরুট থকপয়া? ইমা নয়ানে। (musical note fades in)

অঙম্বা :—হেল্লো, গুদ মোর্নীং শামুরোইবি! করিগিনো অমুক্ত নর্ভ্তরাস শামসিরাও? এক গোপী একশাম! সজ্জনো গজো পম্বা, লাইমী শিংগি খোঙ্‌দ লীব তাবনে।

শামুরোই :—খুরুমজরি অঙম্বা ইবুংঙো! অরুব রাকম অম তারদব য়াত্রছুন কোঁখোকরুর, রাগ্নৌব য়াদে।

অঙম্ব :—করিনো হেক্ত হায়রো? চা খঙেরা হোটেল মচাগি?

শামু :—থকচরোই, ঙরাং নোংরাইদ পাখঙমচা ১ হাংদে হাংদে থরাইদদি কববিয়ু হায় চেলিপ্পকলে। মত্তৌয়েংব ঙমদছন ইমুংদ খম্মে। ঙহাক লৈরগ করি লমনো হায়নে, অহুদৈ অকাওব তাকু অনীন তাম্রকে মখোয়হ্ন মনিপুর হোটেলদ লৈমিন্নরবনি হায়।

অঙম :—মীতৈরা মৈর্ব্বাক মচা য়াওবা?

শামু :—ইমুংদ চেক্সিল্লকপছন মীতৈ মচানে। তাম্ররকপ অনীহ্ন মীতৈ নত্তে, হিন্দী লোলি।

অঙম :—মখোয়হ্ন হায় খঙনররূপ জাৎলা?

শা :—লংকৈদ কুইন খঙনররুব ওইরমানে, মাবু মখোয়নীন খুৎলাই ওইন শিজিন্ন মনিপুরদ লুটপাৎ থর তৌরব য়াই।

অঙম্বা :—ঐ থিগৎকে হেক্ত খঙনি। মনিপুর হোটেলদ অহুদৈ

শাঃ—নোংরাইদ ডাকু অনীহ্ন মাবু পুখোরকই হায়ছন থোঙ থিল্লরে। খঙদে লৈতে হায়ব য়াদরে। ডাকুহন লাওছন "মিষ্টরসিং" কৌবদ কিমনধ্রছন উচি মচাহ্ন ঐগা হায়ন থুম্মকলে। মাবু মথরাই কনগে হায়রবদি লিখীং ৫ পীহু হায়বদ য়ানরে, ঙসি

অহিং নোংয়াইদ লৌরনি হায়। লুরিববু তাল্লকসিদ ঐখোয়
মুপী মচা থম্বালনা নিপা তাঙিঙ য়োক্লসি হায়রিব।

অঙম্ব :—হা! মান য়োক্লীংলবা! মশক খঙ্গ্রিবহুবো?

শা :—মশক মত্তোবুদি নহানিন য়েংব মমুংঙাই ৫ দং থিবিরকউ
হায়জরিব।

অঙম্ব :—ঐ অমুক্ত থিগংহল্লকখিগে। হোরেল মুমিদাংরাই ঙরাংদোন
পুথ্রী মপান্দ উরসি। ঐস, লিশীং ৫ পীডুন ব্লাইন্দ নিঙোল
মরা লৈবা।

শা :—কাহল্সি হায়রবমু তুংদ তাকুগ য়েংথীনব হায়বহু কিরিব।

অঙম্ব :—খঙদেনে মহুমু তুংদ কংলোই ( musical Note )
শামুরোইবিন থোঙদ কাক কাক অহন্নক খংলি।

সিং :—ভিয়াও ভিয়াও ভিয়াও!

শামু :—হৈমা! মীনৌ নঙ হৌদোং ওল্লবোইরে? হাইস মুপীমচান
শো লোল্লগ লোইরিবোইরেসে। মম মম, মম মম হায়,
মীহুৎলোমদ লাকউ ভিয়াও মচা, রা খর হংগে। তারিব্রাও
মীতৈরোন থোকপ্রা মিহু? ( কাক ২, মীহুৎ হাংডি )

ইকাইহু রা হংগে? নখরাইহু মুংঙাইগে হায়রবদি ওইদব ঙাংমু,
অশেং অশেংবদ থুম্মুকো? নঙ, চহি কয়া ওরে?

সিং :—চহি ৪০ গি মনাক।

শা :—নসিংদি?

সিং :—ইবোঙাং কৌজে। য়ুম্লাক অশেরি।

শা :—শেমহুন থুমগমু, নচা কয়া ওরে?

সিং :—ইয়ুম পাজত্রি ।

শা :—ঐখোয় নুপী মচা থম্বালগ ঐগ কনান নহা ওইন উই ? ফজব কনা হেল্লি ? থমুংদৈ ঙাংউ । করিগুম্ব অপাম্ব থনব তারবদি ?

সিং :—অবোক ইবেম্মন হেম্র নহা ওইন উই, ফজবম্মু হেল্লি ।

শা :—মচিম্থীরিবসি য়েংউ । হা হা হা ········ নঙন ঐঙোন্দ অবোক ইবেম্ম কৌরিব কম্নিগিনো ?

সিং :—ঐখোয় ইবেম্মন কৌজো হায়ব ।

শা :—চৎ ! ঐগি রা তাদন নখোয়নীন র লোইনখোকপ য়াব্রাও ? নঙ থানাদ তাক ফাহল্লুরা ?

সিং :—কৃপা তৌবিয়ু ইনেবেম্মা ।

শা :—নচিম্থীব নমথাক লৌনমদ করম্ন কৃপ, লিশীং ৫ ? ( শাওরপ ) অরোইব রাহং অমগ হংখিগে । নঙ ঙরাং অহিং নুপীমচাগ কয়াম্ন চেৎপ রারী শায় ? কয়া লাপ্ন ফম্মগ শায় ? খুম্মু অশেংবা ।

সিং :—থর নক্লনদি ফম্মি, ঐগি ইমাই, ইকোক নানবি ইরেপ ওনবি, অমুক হোগৎ, অমুক ফমহন, শাজেনম্মু তৌহল্লি । অচু থক্তনি, ঙসি শেৎন চানব ফিরোল লৈবিনিম্মু তাকপি ।

শা :—অং, সিপাই থলহন্দোরিব্রা থঙত্রে । অচুদৈ । হেন্দেকো ?

সিং :—হেজদে, ঈশ্বর সাক্ষী !

শা :—চরোদা ! নখোয়নিন মুক্রম মুক্রম শাব রারীগি সাক্ষী ওইনব ঈশ্বরবু কেট্টা কৌথৎপ য়াব্রাও ? হোরেল রাই, সন্ধ্যাদ,

ইমানী রারী মুরুম মুরুম শারগ ওহাক্কং কোইথোকউসিকো?
ওনরাও ?

শিং :—ওঙরোই। কদায়দ ওইরবনো ?

শা :—থানাদ !
সিং :—থানা !

( musical note )

Bazar Crowd noise follows.

থোইনু :—( off mikc ) ইত্তা থম্বাল ! ইত্তা ! কদায়দনো নওন থিরিববো ? নত্তেয়ে নওন মচুং ইল্লিবদো, সিদ লৈয়ে; মাংদনব ঐন মথুং শম্বিরিয়ে। ( অহম্মক নোকমিমৈ )

থম্বাল :—রাং চাউব অম মাংদ চৎথিবদো ঐন মা ওইরবোই নীংছন ভামরুরিবা। ( অমুক নোকমিমৈ )

সিং :—পোৎ য়াম্না তাংথ্রে, শেল য়াম থায়য়ে দোকান্দ পাম্মুজে। ভোপালদন হেল্লি হোংব।

থোইনু :—মুরিংম্ব খোজ ।ওনু ইকপ।াদ য়াম পকই। নথোয়বু ভানপ অত্তেকপগ লৈরোইত্রাও ?

থম্বা :—কৈকায়গবনো ভা য়াম লৈহোই, ভা মচানু কয়া পায়দে।

থোইনু :—হৈনা ! হৌদোংন পামদব ভানু লৈবোইয়ে ! ( নোকই )

সিং :—থৈদেন ময়াইদ শামু অম কুল্লিবসি কয়িগিনো ?

থম্বা :—শামু কাব নিংথৌ অম লৈরম্মি, নিংশিংনব

থোইনু :—থৈদেন কায়নি হায়ছুন হৌগৎত্রবনি। নয় পৈশা ১০ দা থাদরম্মু, লমু লৈ চাজনব হয়েং অমুক।

সিং :—কাংকৈবুং মনাক্ত যুংহৌব য়ুম্বীচুদি ?
খম্বা :—লৈখিত্রব অথৌবশিংগি নিংশিং য়ুম্বী
সিং :—মাইকৈ কয়াদ মমাই লোওইনা ?
খোই :—কুরিংখাও চপথিনি কিবন ওইরম্ব য়াই।

( Humorous music fades out )

( ঈশিং শোব, চাখুমদ চাক থোংবগি কোল্লিক থেংনবগি মখোল তায় )।

খম্বাল :—চকুচু শোরে খাংখরো খাংখরো। য়েম্বাংচু থুম থাকপ্রবা ?
সিং :—কাউরে, য়ারীদ পুক্লিং ভাখিচুন।
খম্বাল :—মোরোক য়াওংদি থাকপ্রেকো ?
সিং :—থাকপ্রে।
খম্বা :—মোরোক্তু ইভাং ভাংদে ভা থোংবদ, খরগ। মসিগি নিপাসি য়ায় লিকইনহে ? করম ভৌনি থুম থাকই খাক্তে নিংশিংত্রবদি !
সিং :—মহাও ভংলগ খওনি।
খম্বা :—শীংদি শীংই। হৈ, হৈ ! চাখুমদ ভংগচু ইমান য়ারোই, ইহে !
সিং :—হে হে, খাক্লিমানে' ভংউরে, কমদৌনি ?
খম্বা :—ভুমিন লৈমু। ভংদে হায়মু। থুমচু থাকলো চামচত্ব অহমথক।
সিং :—ভংদে, অম, অনী, অহুম।
শামুরোই :—হৈ নুপীমচা, চাক লোইত্রিবাও ?
খম্বা :—লোইদোরে, মামো অওম্ব লেংপ্রবাও ?
শামু :—অনুয়াইকাওব থিদোকউগে চৎখিত্রি। চাক থোংনহল্লিবোইরে, ওক্তি ওকইহে নওমিদি ! লোকান্দি ওসি নুপা কয়া পীথোক্লম্মে ?

থম্বা :—ফুরিং, থোঙ্‌্‌াও থোঙঙ্‌্‌প য়ামদে কৈদ্ম।

শা :—উম য়ামলম্লোই নঙ্গোম্দি! করি ঙা থোংলে বুজারি?

সিং :—য়ৌ মচা অনৌথক (কি-ন)

শা :—হায়দে হায়নি হয়েংদি নিপামচা নঙ, কোটমনাক্ত হৌরিব উজাউহ্ন কংদৌরে, য়াল্লগ খর থায়দোকউ।

থম্বা :—হয়েং মহ্ন খায়ব লোইরগ, ঙা য়োক্লব পুম্রী অমম্ম লোইনব ভৌহজি হ্নমিং তাম্রিজৈদ।

শামু :—কদায় হ্নপৌমচা, ননাদৈরা নঙকগুগিরা, নখুদাংদৈরা লিশীং ৫ গি সনা পীরকও, নঙ থামদ ফাদোক থমপ্রগে?

থম্বা :—সে, খুজী অনৌসি মুহোরমরৌনি। (ম্রেংলাওন লংথি)

শা :—শাও লাক্লুনাকা ভৌজসারিয়ে। ফাবৌঙা! (কম) ঙররাও, ঙররাও, ঙররাও!

শামুয়োইবি :—(নাখোকই খর খর)

থম্বাল :—ইমারা নাখোকইবদো?

সিং :—মানি।

থম্ব :—ডাকুশিংহ্নন লাকনি হায়রম্বহ্ন হয়েং নোংয়াইদ নজ্রাও?

সিং :—মানি। খঙদেনে ঐবু লাপ্ন চেলহোবন কগজ্রা? অরেম্বদ লিশীং ৫ পীথোকথিদোংসি খল্লুবদ (কপ্নি) ঐগি লাইবকসি ওস্থোক্ল থীপ্রমানেদা।

থম্বা :—নিপানবু অহ্নম কপ্ন হোনব্রাও? কপ্পগ অঙা' মমা মপা কনা থোরকদগে ভেংবাংবিনব? রাখল ইংন ভৌসে। নঙন হিংনব চেনথিব থোকলো, ঐখোয়দ ডাকুশিংহ্নন তায়নরোইজ্রাও?

সিং :— মখোয়দু মবুক ফত্তে ভায়নরকপ য়াই।

থম্বা :—পেলদু ঐন ভিংগে হায়রি, নত্ত করি য়ানীংঙাই লৈরি ?

সিং :—মপোকসিম ইবেম্মগি লমন ভোজরে।

থম্বা :—নত্তে অদোম্বু নোংম থোক চেনখিবজাংলাও ?

সিং :—ভাম্বোকপিগে হায়বৈদি থঙদে, ইশানদি চেজরোই।

থম্বা :—বি, এ পাশ :ভৌরব নব্রাও ইবোঙাংবো ?

সিং :—ভোজরে।

থম্বা :—থবক অম থিরগ, অঙম্বম্বু থিবিয়ু য়ানি, ঐখোয়সিদ নঙবু চানন লৈব ভনব্রাও ? নঙন পামজব ভুপী অম, ভলব চারবদি, হেক্ত ফংনিয়ে।

সিং :—লাইবক ফব য়ানি।

ভৈবু য়াল্লু য়াজগে, পুথ্রিবু ভৌ ভৌজগে।
ইপাঙ্গলন লৈরিবমথে লাইরেম্বি নঙগি সেবাদ,
কখোকচগে থরাই হুকচাং হরাও হরাওন।
লাল্লব কান্দ ভাকপিয়ু খোগল লোল থঙজদে।

থম্বা :—নশাবু অচক ভোষন খল্লিব
করিগিনো চাউন পঙবা সুংশিবাও ?
লাইরেম্বি ঐহাক মীচয়ে,
মত্তম কুইন লাইবক থীরকইবি,
ঐবু লৌরম্ব নমথাক অমন হন্দোকপি।
থাবুম কযা খোয়াংন ভাইরকপিনি;
সুংশিব নজি চেংলৌ শকফমসিদবু।

নহাক অহিং লাইমচা নওন কপলাওহন
লায়রবিগি থাংপোক্লুংদ চংবিরকপদ
থাগৎচথি মপু মাবু, থৌজানবিরকপনি থঞ্জ।
চুংঙাইতব পুম্ব কাউবিগ্রো হজিক্তি
ননাক্ত লৈরে ইকাই ইকি খঙদবি
অঙৰ মতেং পীরগে থজরবি।
লাংদদি লাংথোকপিরম্নু মতম চাদন।

সিং :—ইস, করিনো করিনো ইবেম্ম!

ইত্তিক চাদব শকখঙদব ঐতোম্প
অহুম থৌজাল ভাইবংদ ওরব,
হে ঈশ্বর, ননাইদ পাঙল পীনবিয়ু
পুকচেল মান থিংতং শেপ্প কপ কাম্প,
মৈগি কুণ্ডদ চোংথব ওমব।

থম্ব :—অহিংসি থেংলে চেপ্পিরুরো কমজাউদ কাথং, ঐন খুদা
কাংথোলসিদ হিপচগে। লেংথৎলো, কাঙথল থারক্লগে?
সে হায়মি?

সিং :—করিনু লৈতব ঐতোম্প, হে ঈশ্বর!

( Romantic music fades in )

শামুয়োই :—(off mike ) হৈ হৈ অঙাংশা! নথোয়নীবু মনীংগি
লম্পাক মচাহুদ ভেলদা পাইরিব্রাও? অমাং কোইরৈ
ভামরিব্রাও?

থম্বাল :—( off) লাকলে ইমা! ( নক্লরগ ) করি হায়গে?

শামু :—ওসি অয়ুকসি শবক শুহৌত্রে অমুক হন্নকখে হায়ব য়াগত্রা অমুক্ত হংউ মুমিংত্তা ? হৌদোং লম্বোইবহু কোং মহুংদ থাক্তিন্নম্মত্রা ? কোরকউ। নওদোন নথন্নাই মুংঙাইব মীসি হুনিয়াদ লৈরম্মরোই হৈ, অহুদি চাকম্ চাদব থবকম্ শূদব য়ায়েনে ? হা ? নওগি মিহু মচা ভিয়াও ভিয়াওহু কোরকউ হায়রগা ?

থম্বা :—(off mike ) করি হে, য়েংওই মখোয় তামো। সোমদ ঙাহাক্ত অমুক্তি লেকচয় তাবিয়ো ও ?

সিং :—সিদ লৈজরে, করি থোদানো তাকপিয়ু।

শামু :—থবক কোয়, হায় তাখো হৌদোঙ তুমিন লৈবন চফু ওম্বাও।

থম্বা : চৈহুন শাওহল্লবদি ছাত্রন মুম্ম তাগন্দে।

শা :—চৈৰ নত্তে, অশেংব মমিংনি, ওহাকম্ নোকনি. মতম অয়াম্নদ কামব থবক শূব তায়, হিংব তায়বদি। লুপ্রাবী শামুয়োইবি হায়হুন ইমিং চৎলিবসি ইরৌশিং শিজিন্ন মোম্ব তম্লবেনে, অমুক্ত মুংথিলদ তেলঙ্গা পাই শাম্ন লৈরগ লৌ-হিঙ্গোল, দোকান ভাড়া, গাড়ী ভাড়া, সন শামু শাম্দোকপৈ অমুক য়াম্ব শেলসি লাকত্রাও ?

ঐ অওম্বশিংদৈ ফুরিংখাও চম্ন চৎলে, নখোয়নী অমন চাথুমদ চংউ অফিস কানি ঐ, অমন উ অকংবহু য়াম্নগ লোইনমক থায়রম্মু শীঙ তাওব কনব . চৎলো।

( তিঙ তিঙ তিঙ )

সিং :—শীওজং মচাসিন উজাও য়াম্দোবসিদি ঞোম্নাইকা লৈবিদে কো?

( উদ দং দং মখোল )

থম্বা :—নথুং পোকথোরনি য়াম্লুহ্ তোক্লো। তু, মথাথংবসিদ থবক শুবশিং নৈবনি, অহুমথক কৌরকউ, য়াম্লগ খায়হনগে। ইমা লাক্লগ থবক কৈ হায়দুন ময়াবু থাগৎনব।

সিং :—আদ উরিব শঙ মচাসে ?

থম্বা :—উম। খোঙ্ঙপ তোংখো ও, খোঙ ইঙেঙ। (off mike) (শোনব) নহাক্ল অইংবদ চৎলগ ঐন খোঙ ইঙিঙ সিবু ইলেক্ট্রিক কনেক্সন হায়বত্নরা, খঙব্রে !

( Frightful musical Sound. )

Mother Snores খ্রো খ্রো! Loud knocks at the door 3 times.

নংরান :—মিষ্টর সিং!

টু :—খো রহে হৈ বদমাইস মিষ্টর সিং! (হৌরপ)

থম্বা :—চৎলো মাহুৎত লাম্বোকখো।

সিং :—জী হুজুর, আতা হুঁ। দী-জিয়ে ৫ হাজার, মুঝে মাপ করো, জিন্দগি ভর আজাদ দিজিয়ে।

রান :—থেঙ্ক য়ু। সাবাস! লেকিন, তুম কল সুবা, এয়ারপোর্টমে আনা চাহিয়ে ? জরুর!

টু :—সি, আইদি লোক পিসে পিসে আতা হৈ জাতা হৈ, হমলোগ কল ফজিরমে উড় জাতা হুঁ।

সিং :—জি হুজুর, মৈ আতা হুঁ আঠ বাজে।

নংরান :—অচ্ছা গুদ নাইট!

সিং :—গুদ নাইট সার।

( ভিং ভিং ভিং )

থম্বাল : করি করি হায়রম্নিবনো ? ( লোম্ন )

সিং :—মখোয় হয়েং পাইথনি, সিআইদিন কোইথি থিরে।

শামু :—হৈ। মখোয়হৣরা হুক্তিকিদো ? পীথবা ?

সিং :—পীজথ্রে ইমা, ঐবুসু থাদোকপিরম্মে, হয়েং অমুক ওহাক্তুংদি প্লেন তাভমদ বিদায় তৌনরুব তায়।

শামু :—অরে, রাই শংলেদনা নঙ, সুপীথচাসু মথুদাং রাইশংলে।

( gay Musical note )

শামু :—( থোঙদ থিম ) হৈ, থেংথ্রে থেংথ্রে, লোইত্রিবাও ? নখোয় কাসিবু শো লোম্নত্রাও ? ( থোঙ হাংব )

থম্বা :—তাওরব্রা ইমা নঙবে ? ঐখোয়দি অসাইন হোরে। চাসে ঐখোয়দি অনীরকপু থক্লে চাকশঙদ। মমাংথোঙ হাংব কাউরিবনে।

শামু :—নঙগি সনাথুজীদৈ ওনব লমহোদোংহ্নবু সুমাংরাই শিংহনব য়াত্রাও ? ( চা থকই )

থম্বা :—লিশীং ৫ নবু ইমা রাই শিংনত্রাও ? সুমজিং মথাই পীবলুপা পীব পিকথম্ন কংই। (লোম্ন) থম্ন থম্ন তম্ন তম্ন লাকশিনবন চুমত্রাও ? প্লেন তাভমদ থিম্নোকউনি হায়ত্বন মকি মরোল শেংচরি কৈদৌরগে ?

সিং :—ইমা ঐ এরোপ্রোমদ মী অমুক থিম্নোকচক্লথিগে ?

থম্বা :—কৈনো শেং চারিবহুবো ? ঙরাং কৈরকপ অহনব শিংহু শেংপ লিংপ য়াত্রাও ? বুমসিদৈ থোরকপনি হায়বদ মীন নোক্নরোইত্রাও ? ইমা শামুরোইবিগি মমাইসু থম্ন য়েংও।

সিং :—রাউরম্বদৈ খংনান নানবত্থ কত্তরা. থজহুন থর থর

থম্বা :—অহ্ন ওইরবম্ব ঙহাক্ত লেপথো. খোঙঙু গু অমুক্ত নান খোকখিগে ?

শামু :—নঙ শাল ইম্নফি মচিন্থন হেক তৈথোকপিরো।

থম্বা :—ফুরিং থাওহ্ন শেল কয়াম্না য়াওরি।

সিং :—তো লুপা ১। য়ারনি।

থম্বা :—২০ চংপিসিম হাপচিনখো সে। খুদোপসি শিগেরা ?

সিং :—শিজরোই, মখোয় মমাংদ ফস্তে।

Loud Instrumental music followed by sound of Flying jet Plane.

শামু :—মুপীমচা নঙবু চাক্তু থিজিবাও ? প্লেন পাইখ্রে; ইবোঙাংহ্ন হল্লক্লনি, ঈশিং অশাবহ্ন লুম্বিরো, থর লুন তৌরগ থর কুইন থাংবনে।

থম্বা :—চাক লোইরে ইমা পুথোকচরক্লগে। ঈশিংস্থ লুমু লুমু শারে।

খোইমু :—( off mike ) ইত্তা ইত্তাথম্বাল। কৈজাও ইমা ?

শামুঃ—কৈ কৈ চংলকউ ইবেম্মা খোইমু মরম ওকইয়ে হুজিক মক্তি নত্তাসে !

থম্বাল :—ইত্তা খোইগুম্বা, কাখৎলকও চাক চাখিসে করি হায়বগে ?

খোইমু :—ঐ ঙসি প্লেন ঙাক্তমদ ইকপা অম তোম্বদো, খিদোকপ চংলুই হায়ব। নখোয় হৌদোংনচাদো চংত্তব য়াত্রহ্নন শাহ্ন পাইখ্রে। ঐঙোন্দ চিঠি মচেং ১ পীরম্মে সে।

শামু :—হা ! অওংব্রনে খোইমু ? কৃষ্ণ কৃষ্ণ, সনা মুহোর মরি !

থম্বাল :—কদায় চিঠিছ মরোল করি হায় ! অমুক্ত পারকউ ।

খোইম্বু :—ইবেম্মা থম্বাল, মখোযন ঐবু কাম্ভন পুরে, ভাকপিম্বু, ঐ লমন শিংজরখিনি, কুইরকওই । ইমাদম্বু শাওবিদনব ভম্বিম্বু । ইবোঙাং সিং ।

শামু :—চাক চাররোই পুশিনৱো ম্মুপীমচা, মীন লাকচগ্রে, মীন লাকচগ্রে । ইস, পন্ডিতদকো ম্মুপা ওইন পোকপ ঐখোয়সে ।

অঙম্বা :—শামুরোইবী লৈত্রাও ? থর মুংঙাইরিব্রাও ?

শামু :—লেংসিনবিরকউ অঙম্বা, পেবেং মচাঠ পাইগ্রে; খুদাংদ মথি পেং ।

অঙম্বা :—তো, তো মচ ঐ চিংনৈ । ডাকুশিংন্ড ফানব সি, আইদি শিংন কম ইমবনে । কদায় ঐ চেন্থ রেংগে ?

থম্বা :—লমন শিংলখিনি, কুইরকওইদি হায়রি ।

অঙম্বা :—ঊম, ধর্ম্ম লৈবদি মাল্লি, মমিংন ইবোঙাংসিং । অম্মুম হায়ব মনিপুরদ ভবোং অমগ তেকনা অমগ পুরগ খোয়ক্রম্ব কয়া লিশীং লথা পাযরগ মফিরাবন ওন মাংখিব কয়া শুরবগে ? সাধুরাবন কয়া খোরক্রম ধর্ম্মগি মিংদ মনিপুরী লাযরব কয়াবু নুংহুম নখো পোকম্লকই ?

শামুরোই :—মচং মুম খঙদববু থাজবা, নঙগি নমিং মীতৈ চম্মু ! (হোরপ)

খোইম্বু :—মীরান খাংব ভমদ লমজা পুই হায়নবদো চুম জাংনি ইমা ।

থম্বাল :—সনা কায়খোম্নগ মধ্যপ্রদেশ ভায়চং থিরুনি লাকচমম্নি । চংলুসি ইভা খোইম্বু ?

শায়ু :—অঙইরনে হেক্তাক ঙা, সনা কায়থোক্লগ লমহোদোঙ লেপ-শিনবী ? ( শাঙন থংলাও ) মাংখ্রে ঙররাও, ঙররাঙ দো। ভরেং নৈবিদ থক্লাইমি কোব-ঙম অঙম থিসে, নঙক্তে সনা কক্তোকলো। ( কপ্প ) মাংজহোরে অপঙবি পামুইদকো সনা খুজী।

( humorous music or Pathetic )

---

# লমজাউদা লমশি।

## লীলা মীকোক :

১। বিজুলি ······ সার্কস রাণী
২। বেটরী ······ কুরাক মান
৩। নোংশাব ······ মভিক মরল
৪। বৃকোদর ······ পাকনবা
৫। মীশি ······ ভূত
৬। মীহিং ······ অহল
৭। হোংব ······ মীয়াই
৮। চাউব ······ হনুব
৯। গোগো ······ গো গো
১০। হাবেংলা ······ মেঁ মেঁ
১১। কাঙ-মচা ······ মো মো

## নোংখাকই, নুংশিংশিংলি, নোংখাং কুম্নি।

( খোন কারগ রারী শাব )

হোংব :—হৈ, চাউবাও। লমজাউদ অম তারিবসিবু পোক্লাউবিনরা অদুগ লিক্লৌনরা ? য়েংউনে মুম্ন।

চাউব :—উম উরে, লিক্লৌন ওইরবদি লেংগদবনি খন্নদ ওইবনু, হোংব, মসি পোক্লাওবি ওইব তায়।

হোংব :—অদু, কুরিংখাও হুম্মুসিরা নোংনু কম্ন তাত্রে।

চাউ :—তাইখো, মী অতৈ লাকপ্রা য়েংউ, সন অশিব মনাক্ত লৈবগি প্রায়শ্চিৎ কংদন তোকত্রা ?

হোং :—য়োনবনু শিংপ য়াই হাত্রশিংদা।

চাউ :—অদুইদি অচাপোংন তাওলববিন হোটৈলদনু মকক মকক পীরুরগ শিংপ য়াই।

হোংব :— তম্ন পাংদন লৈব রাব মতম নত্তে, লাও খুং শন্নরগ চাং য়েংউসি।

চাউ :—ঐ পায়গে খুদাংহ্র ?

হোংব :—হঁ, খুরক চম্নসি। চেন্নওমসিকো।

( চংব, শ্রোং শোক মখোল খন্ন )

চাউ :—কুরিংখাওদি শেল য়াওদে, করিগিনো চেজেং অমদি য়াওরি।

হোংব :—কুরিং খোঙ্গাও হকোক্লগ পুথিসিরা ? মেকেগু হেন্দ-দোকান।

চাউ :—কি অমনব শেগাইরবতাক্লি শিংলোইনে।

হোংব :—নারক পুশিল্লগ মতোং খন্ন মতুপ মতুপ্তি।

চাউব :—মচুম্নম কৈ হোটেল গম্মে টাউন্দ।

হোংব :—কন্নিগুম্বদৈ শেল শানব তৌদব য়াদবনে। সে খাংসি, পায়ঘু।

লমীদ নিপা অমন "ব্রজের পথে যায়রে ধনী, কুঞ্জর বড় জিনী" বামক শকুন লাকপ তায়।

চাউব :—মীনিন ভাব্রা ? হা ?

হোংব :—মী লাক্লে চেন্সে ? ( ফিংন )

ভা :—হৈৎ, কৈদৌন চেন্নি ? ভপ্ন থৈদোক লৈসি আদ।।

( ইথৈ ভাহাক শকউরগ খুদী খী অশিবদ, ভুই )

মীহিং :—হৈস, কদায়দনে খুদী থীরুরে। হৈমা মীনিন, ভেরী শোরী! রারো য়াদে বোঙ্ক, অমম্বদ উদবনি শাওনগুমসি। কৈদৌ-বিন্নবগে কোক ভাওবিবিজাংলা ? হৈস, ইং ইং লাওই, হৈমা! মিহলবু খিব খগুক্রেনা! মুংশা হোল্লিব্রা ? কন্নিনো লমজাউসিদ নো: মুংশিং মরক্তা? হৈমা মুংশানু হোন্ত্রে কন্নম্নো ? শিন্নবহায়বচু ওইব ভারে। লায়ন লায়ন হাংনরে শিনরে কন্নম্নো ? নহানি, মথম্দ শিজবনু মাপ্সে। ফুরিং খাওদ চেজেৎ অম য়াওরি, পাব উপোং নত্তে, অমম্বন্নিদ, অজানবদ পাকব তায়।

ও : ! মুন্নাইসিবু মী অহিংব অমত্ত লৈবিক্রাও? কন্নো লৈব্বা-কন্নিরো? মী অশিব অম সিদ ভাহুন লৈরে। ঐখোয় খুন্নিংদ খোকপ য়াবনে। অভম্ব মত্তেং পীনসে, থন্ন খোকপিন্নকও।

( অন্নোংপ অনীতুন খভশিন্নদন )

২ মক :—ওহ কন্নিনো কৈদৌনন্নবগে?

মৌহিং :—সিদ অশিব অম ভাহুন লৈরে লমজাউদা। ইচিন্নাও ঐখোয়, মী থম্ন লমন্থুন্নাইদ লৈবশিংবু কৌথোক্লগ, করিগি করম শিবনো বায়বন্থ থিগৎমিন্নসে, মী খুদিংদ খোকপ য়াব লাইবক্কে।

হোংব :—লৈকাই সুন্নাইগি অহল লমন, প্রধান সুংথান লৈরম্মি, মখোয়গ ভান্নরিক্ত। মতম মবুক মুন্নিবনিন সুংশা থীজরে, ঐখোয় হাজরম্মগে ?

চাউব :—ন্নায়োম্নু, লম থম্ন লাম্ননিন থীম্বদন ঐখোয় য়োজগ্রগে ?

মৌহিং :—কনি কনি, দথি নত্তবনিন লেংবিরো। ভাইবং পুন্সি লায়ন লায়ন মাঙনরেদ। ইরম্নাই ওইন থিগৎভম্ন য়াদে, ঐম্নু অহিংব মী অমনিন। সুন্নাইসিবু লৈবাক মচাশা, অহিংব মী ইথন্দ ঙায়রত্রাও ? মৈঙান উরিব অসোমদ য়েংগে। ওহ-ও অহিংব মী কনা কনা লৈবগে ?

(তিং তিং তিং ! Silence 3 Seconds )

হোংব :—অপঙবসি অসোমদ চৎলে।

চাউব :—অরেম্বদ মাঙহনব চুমজে পুখ্রসি। কাম্নসি।

হোংব :—মখোঙ মথূৎ পায়রগ থাংবনদি লাম্ন পুব য়ারোই।

চাউব :—ঐ লেংবান্দ পুগেসে। থাঙ্গৎমিন্নসি সে!

হোংব :—লাম্ন পুহন কান্নদে, মাদৈ ন্নাক্ষস হোটেলদা হোঙন হেক্ত পীথোকউরসি। য়েম্বাংলা হারম্না!

চাউব :—দুপা ২০০ দৈ ভাদনব ঙাংনৌকো ?

(Pathetic music fades out)

মীহিং :—সুরাইসিবু লোইব শিবিরজাংলা, নৈকাই লিংবিরবাও ?
অঙম অখোন ওইজপোং য়েম্নি হায় কনা কনানো
লৌবিরো ও ?

মকম মরাং খওদন মীবু কাও হাংপগুম পোপ পোপ মুক্তিগি হাংনরবদি অহিংব কনান নৈব সুংওাইরদগে ? মীহাং কোলু নৈরব-জাংলা ?

ওহ্-ও সুরাইসিবু ওইজব খওব অহিংব মী অমকাওব নৈবিরবাও ?

হোংব :—হো কনানো ? নৈকাই হংবিবরু মাকোক খীবগিরা চেং
চিনি য়েনবগিরাও ?

চাউব :—ঐখোয়বু কনান শিরে হায়রগ কংজকম খোকপ করিগুম্বনু
কনাদ পীখোক্কে ভোরিবনো ?

মীহিং :—সুরাইসিবু মী অশিব হন্দোক্লগুম লব্বাংলাও ?

হোং :—কদায়দৈ অশিবনো ? অহিংবদি হৌদোং খাদোক্লবগুম
হন্দোক্লব মথাওব্রা ?

( লাপ্লম্বদৈ নকশিল্লরগ )

মীহিং :—অসুরাইদ, অশিব অমলমজাউদ ভাহোব, খেংনরম্বিদা ঐবো
হজিক রাইদা। ওসি অহিং মী হাংপকাদি য়াওবিরুদেকো ?
রাদি রায়োনসুসিকো।

হোংব :—খাওনগুমসি হায়রবদি অদোম হাংলগ হন্দোকপিরম্বদি
নত্তেকো ?

মীহিং :—কদায়দৈ, ঐদি মী হাংপগি মরম খিগংপ মীহিংনি ঐন
হাংভোক্লম্বগ খিগংপ হৌনদে।

চাউব :—কদায়রাইদনিনা অশিবছু ভাহৌই হায়ৰবো ?

মৌহিং:—লাকপিয়ু ভাকচগে, মৌবু হাৎলগ লৈকং থৱোই হন্দোকপগুম পংলং লংথোক্লবসি তৌনদনব থৱ থিগৎসিনে অহিংব ভাক্তনি ঐথোয়। অহল অনীবু, হল্লোইদন হংজবনিকো, হিংবিরিব মী ভাক্ত নত্রা ?

হোংব :—করি লাইনো থাজত্রগ শোক্লগে, হজিক ফাওবদি ঐথোয় হিংজরি।

মৌহি : – অসাই শিছন ভাহৌবছুগুবদি ওইবিনিংলিরোইনে ?

চাউব :— চহি ফন য়ামজরে, মহুমক্তি কল্লকচত্রি।

মৌহিং :—সে সে সুরাইদনি, নহা মচা অশিব অম ভাহৌবছু। (মনম সুৎ সুৎ, লৈবাক্ত শোং ২ মায় )

হোংব :—অহুদবু পুন্নম নম্বিত্রাও ?

মৌহিং :— নমদে, অশাই নোং সুংশিৎত নোং থৱ খিকথিবছু থগুবি-হৌইদনা ?

হোংব :—উম, নোং থৱ য়াওখি, সুংশিৎন হমদোকখিবনি।

মৌহিং :—তো তো সুরাইদ চোত্রিবসে অতৈদন চোৎলগ মহাক্ল কল্লব লম্মি। থগুদেনে, করম হায়ন সুংশা হোন্ত্রব মহাক্লা কোইথোকত্রিবনো লৈরমজেনেসে ? কয়া গুকত্রবনো!

হোংব :—মাগিছবু নিংথম্লহন সুংশা থিব ভাহৌ ভাহৌ চৎপদৈ আমেরিকা য়োত্রবজাৎলা ?

চাউব :—পাথগুত্ত শিরম্মোইদা, অদোম্বু শগুম ওইরবোই নীং সুংশা থিং শিজিন্নবছুম ওইরম্মি।

মীহিং :—নোংথাং কুপ্পহুদ ঐবু মান শওম ওইন উথিহুন তৌত্রা ?
নত্রগ নোংহুংশিং মরক্ত শিজিন্নবীং কাগী ওইন অচোৎপদ
হিপ্পমগত্রা । অহল অনীন ইভো য়েংথিগে হায়হন থৈদোক্তুল্ল
থগ্মিখিবদি নত্তেকো ?

হোংব :—অদোম্ন অমম্বদ চৎপ কিবিহুন, মী অশিব অম তারম্মে
হায়হন লাওবিরগ মীয়াম্বু থোরকহন কিব ফবিগে তৌবদি
নত্তেকে ?

মীহিং :—কিগনব মী ওইরবদি শিবগি মরম থিগৎপ ওইরম্মোই ।

চাউ :—অহুদি, অশিব শাবহুমু অদোম্ন নৎশিদে শেংলেকো ?

মীহি :—থাজ্রিয়ু ঐ নচ্চদে, অহল অনীন মাংহনবিথিব নত্রগদি কন
ওকই । নত্তে ! অহিংব ঐখোয়ন থিগৎত্রবদি অশিব
কনান থিগৎলদগে ?

চাউ :—অদোম্বু মীকা মীপুনগি থবক তৌরিব আইনগি চৈগপকুম
মী হিংদি নৎপিদেকো ?

মীহিং :—নচ্চদ, আইনগ মত্রী লৈনজদে। মীচম অম ওইন থর্ম্মগি
মীৎয়েংদ মতিক চাব মরাল লৈরহুন শিম্মিবা নত্রগ মরাল
লৈজদন হাৎপিগ্রিত্রা ? থওজনীংবৈ রাদনি । মরমদি মী
থুদিংদ তাব য়াব দশানিন হায়জরিবা করি হায়গে ? অহলন
অসাই মী অহিংবদি মুরাইদহন্দোক্লরবথাদোক্লরব হৌদোং-
মচা ওক্রবশুম য়াওই হায়ন তাকপিথিব তাজহোই । মহুবু
কদায়রাইদনো ?

হোংব :—থাও শুমদোন মীবু শুম কারথানা অম লৈ নায়নৈ, ইমীৎ
মরুদি উত্রিকো, কা তাধন চাউবা ।

চাউব :—বিজুলীগি সার্কস, ম্যিংদ, কেম্প মতুংদ অহুকা থবক মিজং গুম কয়া তৌই হায়নে। উচিবু শামু ওলহনব, কৈবু সম্পোং খোইনব, নোংশাবু খুদোম্বীদ হাম্বগ উরু উরু লৈব, সার্কস রিংদৈ চেনখিব আটিষ্ট কনাগুম্ববু হুইখো খৌজিন মচেং মচেং শেগায়হল্ল হায়ব তায়। ইমীংমক্কদি উজক্রিকো।

মীহিং :—থাজরে মহুই কারখানদৈ ঈ থাও খোক্রুহুন চপথায়রগ হুম্মোরকপ থাওথী ওইরম্ব য়াই নহাক্। সার্কসম্মালাইদ হংউসি ইচিম্নাওশিং।

চাউব :—হোংব, মখোয়গি সার্কস কেমপ ফুবু মীত্তোপ ঐখোয়বু চংহল্লু য়াগত্রাও? চংউরগ ঐখোয়বুসু কাজিনখিত্রা?

হোংব :—খঙদেনে তাখন য়াগত্রা য়ারোইত্রা, চেকশিন্নদি তৌইদা মখোয়দো। থাও খোক্কব, ঈ কংলয ঐখোয়বুদি কয়া পাম্মোই।

মীহিং :—চংহল্লব য়াদে, অহিংব ঐখোয়গি কাংবুদগি মফম মরাং খঙদন মী হাংলবদি, শিশিবগি মরম করিদৈনে? হুই অত্তাওবনা চিকখিত্রা? গাড়ী মমাংদ খোশাক্রুত্রা কারি মরালদৈনো হায়বসি অহিংদ মী থুদিংদ খঙনীংতগ খোক্রা? মাবু হাংখিবহু পানাদ তাকে, লমন থুমগে হায়বগি নত্তে। চুম হিংব নুংঙাইনব খঙনীংবদি মীহু মরাল লৈবন শিজত্রা? সিদনি।

হোংব :—মরাল লৈব লৈদ্রব হায়বসি, মীহিং বাবু, মত্তমসিদ লেপ্পব কন লুরি। করিন হায়ববু, মীৎয়েংন মনীং মথা তারবনিন

অমন চুম্মি থনবহ্ অমন লাল্লি হায়ন উই। অকনবন চুম্মি হায়ব অম, আইন্না য়াব য়াদব থাজনরকই অহুন কজবী অমন কে-ন শেং-শি লমজাউদ হায়ন হয় চংলি, ঙা অচৌব কাব ঙমজনব লোংখোনব ইঙ্গিংবগি অধিকার লৈ। অকনব পাখঙ অমন মাবু উরে, পাঙ্গলশোনবি মাগুম্বিন মীৎ থকহল্লে, খোইদৌ শাওগৎহল্লে হায়হুন মমাম্নব থর হৌ চিং পুল্লে। খুদকুদ আইন্দি নিংথমথাগি হুংশা য়াইহুন উইরি। কনান লানবগে?

চাউব :—ঐবু হায়জৌ হায়রবদি চিংনুরিব পাখঙশিংহ লাল্লি, আইন খোশাদন মপাঙ্গল শিঙ্জিন্নরক্লবগি। লমজাউদৈ নিংথিন ঙাক শেল্লকুব সেজাও অচৌব লাক্লগ চেনবগুবনি।

হোংব :—ভায়া মীহিংগি মোত্তি?

মীহিং—মতমসি নহা লম হেল্লে, পুক থল্লে, থবক ক্ষংব য়ারে, শাও-নীংবন শিব কিনল্লে। অহুদি কনাদ ভায়ননি? পাঙ্গল শোনবি শকহেনবি মান মমীৎ কৈন য়ুংন য়েং মী লক্লরবনিন মঙোন্দ ভায়নথিব য়াই। চাক লাম্নরব, শেলথোকপ য়ানরব মতমদ লমজাউদ ইকোম কোয় চেংপোৎ, শেজ্জাও অচৌব ভারম্নবদি দত্রগ অশোমবন পায়রম্নবদি শিব কিদবন থুনব লাকপ মশান ভাররি।

ঐগি মোত্তি অনীমক লাল্লি বুথা উগুবি নত্রগ ঙাকসেন য়াওদবি শকহেনবি অমদি চেংপোৎ শেজাও অচৌবন লমজাউ মবুক লাম্নবদ লংশেকপগুম চৎপ পুব চুব াও? ভায় হোংবগি মোত্তপু কম্নিনো ভাসে?

হোংব :—আইনগি চৈরাক কুচুগি মীৎয়েংনা মতম পূম্বগি ওইনা লেংদনা পোথাখ্রে। হজিক হজিক নত্তোনা শুমাংদ হোংলকইব য়াওনগি মীৎয়েংদদি অনীমক লায় উবিরিবহু অনীমক চুম্বননি। কমিনা হায়রবু মুপীমচাহ্না খবৈ ইশক কবৈ খঙদে, মীবু শাওহনগে নীংঙদে, লমজাউদ ইথৌ চৎচবনে। মহাক লাল্লে। পাখঙনা খবৈ চাকখুম্ম করেম্মবিরব, লোইশঙ কয়ান কাঙখথাঙ কৌবিরব, মীমাম্মব ওমত্রব ঐগি পালল, কজবি অসিবু চিংবদ চাদিং ভোরগে. মাইথীসম্বু শিজগে কম্বকপেম্ম। মী অম ওইনা থনকত্রাও? মান্নু লাল্লে।

চাউ :—তাইথো, হোংব ইবুংঙো, পাখঙ লৈশাবি অনীহুবু মবৈদ কমদৌথি ভাবগে? অশেংব থোকখিব্রাও?

হোংব :—মথোয়না লোন লৈনখ্রে তাধন, এনাক খুনব মুপীহুই মপান মমাকতু শেমগৎতুনা মকম চাউখ্রে, ইলেকসন্দ ফাওব মাই পাকখ্রে। লমজাউদৈ খুনব নঙ্গগ লাকপ শেঙ্গাওহুম্বু মতিক লৈবশিংদ য়েম্মবিরগ য়া য়াম্মদনা লোইশিনব য়াই।

মীহিং :—অহুনদি অয়ানব অনীমক অচুম ওলহনখ্রে মতম্মা। করে, মতমগি মীৎয়েংসিদ শিগ্রিব নহাহুই ময়াল লৈ লৈতে হায়ব খঙঙুনব সার্কস কেম্পতা লেংলসি। কয়াম লাম্নিগে?

চাউব :—ওসি নিনী হমীসিদি তো আদ মৈ য়াম শাল্লিব মাওোবসিদ লৈরি। নোংম থাই মাংখিব য়াই, দ্রোনাচার্য্য গুরুগি চক্র মেহতবনি, মকম অমদ অমুক হোংখিব য়াই। ( চৎনা চৎনা য়ামী শাবৈ মতৌ )

মৌহিং :—বিজুলী হায়রিবি সার্কসক্কি মপু ওইরিবীচুবু মতিক মগুন মহৈ মশীং, মশক মত্তৌ করম তৌবগে ?

চাউব :—করি হায়ন খানি মাগি মগুনসিবু, হা হোংব ।

হোংব :—অবতারনি ভায় মৌহিং, অবতার । ধর্ম্মন লৈখাতারব মতমদ ভগবান্ন ধর্ম্মবু কন্নব মতম মতমদ অবতার তৌই হায়নৈদন । মত্তৌ অচুম্ন ধর্ম্ম মাংহন্নব নমথাক লোনব,হুরান চিম্বী; শেঙ্গা থুমজা, ওকুব লৌচৎ শাজুৎ শম্মোরুব অবতার তৌরকপিনে ।

মৌহিং :—মতিক মগুন কদায়দৈনো ? ইন্দ্রজাল হৈত্রা ? মিত্রং তৌব্রা ?

চাউব :—থঙদে অঙকপ শক্তিনে, কৈন শম্পোৎ খোইনৈ, নোংশা তোংই, শামু মচা মথুখাক চোং শাম্নহল্লি হায়নৈ, ইমীৎ মরুদি উজত্রিকো ।

মৌহিং :—যাদু বিদ্যা লাইব্রা মত্র হৈরম্ব ভায় ।

হোংব :—ময়ান্না খাজনবনি ভায়া, বিজুলী হায়রিবী লাইরেম্মসি খাইন মনিপুরগি চিত্রাঙ্গদান অর্জ্জুনবু শুমহৎখিব লাইরা মত্রদো কামানে হায়নৈ । মাগি মমাংদ শামু লমশা তেথরগ কুল্লি, মনা লৈব য়াই, হায় শাজমচাবু করিনো শারীব কুপ্পগ মিনিট ৫ দা কবোকৈ ওলহনব ওশ্নি হায়নৈ । ইমিৎ মরুদি উজত্রিকো ।

চাউব :—মীন য়ান্ন ভাংনরবদি অচুম্ব থরদি ময়াওরে । হোংব নঙ অমুক্তং কৌদনা ?

হোংব :—ভাথন হেক্ত কৌবিয়ুবা অহলনি

মৌহিং :—ঐ কৌগে ভাবিরিত্রাও ? কারখানা সোমদৈ মী অশিব হল্লোকপিরকপ্রাও ? ( খোঙদা কাক কাক ৫ লক )

হোংব :—ভাবিৰিব্ৰা কৈ নোংশা লোইবি পাম্বোইবী! ঙসি ঙয়াংবু মী অত্তেকপ কা ইড়াংপূজা তৌবিব্ৰাও? লমজাউদ মী অশিব অম তারম্মে। ( off mike )

চাউব :—শাওৱকনি হোংব, অত্থুম্ন হাযব হৌনব্ৰাও? ওহ ইবেম্ম বিজুলী লৈমা, মীশেম্ব মীশুম্ব কারখানাগি মবেম্মাও! শেম্বদগি শোইখিত্থুন শিব মী হুদ্দোকপিব্ৰাও লমজাওদ? ( off mike )

বিজুলী :—কনা কনানে', খানা য়াওবিব্ৰা? মিলিটারী নংপিদেকো?

ও মক :—ননাই ঐখোয় মীচম ভাক্সি, ফি কজগে, ফুরিংখাও চেক তৌবিয়ু, খুংলাই য়াওজদে।

বিজু :—যূম পানাবিদব য়াওব্ৰ? মী পাম্বিব্ৰা? অচা অথক থিবিৱকপ্ৰা থবক থিবিব্ৰা?

হোংব :—অমত্ত নচ্চদে।

চাউব :—ৱা খর হংজনীংত্থুন লাকপনি।

মীহিং :—অশিব পাখঙ অম লমজাউদ তাহৌই! মী খুদিংদ থোকপ য়াব দশানি, কনান কৱিগি হাংখিবনো? মরাল থিগে; দণ্ড পীগে, আইন কায়ব্ৰা খঙনব থিগৎপ নচ্চদে।

বিজুলী :—অত্থুদি করি থো লৈত্থুন অহিংসিদ ৱারে মখৈ থিবিৱবগে?

মীহিং :—শিগ্রিবত্থু মরাল লৈত্থুন শিখিব্ৰা? গাড়ী মমাংদ লমলানলুব্ৰা? কৈ নোংশাদ লক্কৃব্ৰা? ধৰ্ম্মগি মীৎয়েংদ, মরাল লৈ, শিভম থোক শিগ্রিবনি হায়ৱবদি মীচম ঐাথায় পুক্লিং সুংঙাইদো। অত্থুদি নত্তন মরাল লৈতব, ধৰ্ম্ম কায়জদব

মীবু হাৎপিরে তারবদি মীচম ঐখোয় খুদিংদম্ থোক্লগত্রা হায়ত্নন কিজৈদনা।

চাউব :—পুক্লিং শেংনীংব, হিংব মুংঙাইনবৈ ৱাদনি। আইন কানুন, চৈরাক কুচুগ ঐখোয়গ মরী করিমত্ত লৈনজদে।

হোংব :—শিপ্রিব নহাত্ন ধৰ্ম্ম কায়বদৈৱা? মত্রগ মরাল লৈজদন হাৎপিপ্রিবা? অত্ন খঙজনীংবৈ ৱানি।

বিজুলী :—খুড়া মামখোয়ন তাকপিৱিবসি ধৰ্ম্ম কাৱব কায়দব; অচুম অরালগি ৱাফম্রিকো মতমসিদ?

তমক :—মানি মানি লৈমা।

বিজু :—আইনগি মতুং ইন্ন চুম লানব, সাক্ষী প্ৰমান থিবগি ৱা নৎপিদেনে?

হোংব :—নচ্চদে নচ্চদে। ইচুম চুমত্ন আইনগি মীৎয়েংগ সাক্ষী প্ৰমান ৱাৎপন লানব য়াওই।

চাউব :—মানি মানি, ইরাল লানব মীত্ন; লানবগি প্ৰমান উৎপ ঙমদ্রে হায়রবদি থাদোকপ্রে, লানখিদ্রে। মীহাৎপ কয়া দগি কংদন থাদোকখিব য়াওপ্রে।

বিজু :—অত্নদি ৱা অম হংজগে: মতম্ন ইন্সিন্দুন মী অয়াম্ব হুরান্নরে, লাক্নরে, আইন্ন কাবৱাগদব ওইজব কান্নব থবক কয়া তৌনরেকো?

ত :—তৌনৈ হায়ব য়াই, থৱ মখৈ য়াওদ্রবনু।

বি :—হুৱান চিম্নীব, অঙম্ব পাম্বৈন শেল তাম্নব মীয়াম্ন চৎনরে, লোইনমক্ল নত্ৰবনু। কৱিহায়বগে?

ত :—চৎনরে; য়ানরে, চোপ্পত্রে। আইম উরক কাত্রিমথৈ সুংঙাইনরে, লেম্নরে কার, দলাল, ফাহৌদব, শেল লাইদ কৎপ য়াই, ধর্ম্ম কর্ম্মদ শিজিন্নব চৎনরে।

বি :—অহুনদি ফাহন্দন হুয়ানবসি ধর্ম্মনি, কাপ্পবদদ লানব, চোপ্পব।

ত মক :—মানি মানি ইবেম্ম, অঙকপ মতম্নি।

মীহিং :—শেল লৈরগ লোইরে, করম্ব পাম্বেন ইনাক খুনখিবনো খোইন থিগৎনদে। হুয়কপ খঙদে লাক্কপ খঙদে শেলবু পীরবদি ঙা লৈব য়াই।

বিজু :—শাওদি শাওনগুমসি, অহল লমন ঐখোয় ৪/৫ হুয়ানমিন্নরুরে লুপা খাওজাও অম। করম য়েন্ননি? ঐখোয় মরক্তগি অমন লম্লাই ওইনব থরমুক হুখিবদ শাওনগজ্জা?

হোংব :—শাওননি ধর্ম্ম কায়বগি। হুয়ানব ঐখোয় ইবুক্ত য়ানব লীচৎ অচুম্ব নীতি অম লৈকম থোকপ, মান্নন য়েন্নববু ওইববমু, লুচীংব অথোবচুন থর হেন্ন লোনসিবু হায়ববমু।

বিজু :—হুয়ানব মশেলমু হুয়কপ লন্দুদৈ অমুক থৈদোক্কব হুয়ান্নব য়ানদে; ধর্ম্ম কায়ননীংদে?

মীহিং :—মানি হোয় ঐখোয়ন ঙসি খঙজনীংলিবমু হুব য়াওক্করবমু ধর্ম্ম কায়দব্রা থৈদোকপ য়াওদব্রা নম্রগ মরাল লৈখিব্রা? অসিদনি খঙজনীংইবা।

বিজু :—ফরে, লম্বীদ তাহৌই হায়ব অশিবত্ত মমিংদি খঙবিত্রে? মশক মতৌদি করম তৌবগে?

মীহিং :—পাখগুনি মখিং মথাদি খওত্রে, মাগি ফুরিং খাওদৈ চিঠি অম ফংই। অহল অনীসি খিব ওহাক চংলুরগ অমুক য়েংউবদ মশাহুন্নু মাংখ্রে। অঙকপ মতম্নি।

বিজু :—উম, চিঠিহু পারো তাসি।

মীহিং :—( পায় ) ঐবু শিরে হায়ন ইমাদ অমদি মরীমতা মরূপ মপাংদ তাহনবিহু। ঐগি হকচাংসি লোম্ন মাংহনবিয়ু। নত্রগ করিশুব কান্নদোব খবক্ত শিজিন্নবিয়ু। ইমিংন মীথুদেং।

বি :—ঐগি সার্কস পার্টিদ, কোল কারখানাদ য়াওরম্মগ তোকখিব নহাক্কি য়ামখ্রে, মীথুদেং কৌবদি অমত্ত থেংনখিদে।

মীহিং :—অহুবু, ওসি-ওরাং শেম্বিবদৈ শোইখিহ্নন শিখিব নহা পাখও কনা কনাদি য়াওখিবগে ?

চাউব :—হায়বদি উজাউ অমদৈ হি শাবদ অম্নুম অম্নুম শোইবদৈ পিকশিল্লক চন্দোক্কৈ ওনখিব য়াওই হায়নৈ। অহুম।

বিজুলী :—উম, ওসিরা ওরাংলা নহা অমদি মচৎ চুমদবদৈ ঐন তাম্বো-কখি। লমজাউদ মীন হাংপিখিত্র। নত্রগ মথন্দ শিজরুত্রা খওদে। ঐওোন্দবু ধর্ম্ম কান্নন থাওন খিনগে তৌরম্মিনে, মতুই মরালদ মাবু তাম্বোকখিবনি। মহাক্ন হেক তৌখিবমক্তু মহুৎ অমন শাহল্লগ উচ্চগে থুড়া মামথোয় য়েংবিনীংব্রাও ?

৩ মক :—য়েংজনীংই য়েংজনীংই য়েংজনীংই, ইবুক শেংদোক্কব।

বিজু :—ঐন লিংজম্নিব কারখানা মীশেম্নব মীওম্নব, উংলিব সার্কস, মিত্রং পূম্নমক লৈবাক্তি সেবাগিনে। খওদবশিংন ঐওোন্দা

বদনাম পী, অথঙবশিংন ঐবু লাইপোক্নি হায়ছন থাগংলি।
থবক পায়বদি অহলশিংন্দু য়াওবিব য়ানি।

৩ মক :—য়াওজনি কায়দোব লৈরবদি।

বিজু :—করি করি বিদ্যা হৈবিবগে ?

মৌহিং :—কাংজৈ মুক্না, শরৌংশরাং ফ্রি ষ্টাইলদ ভন্বিজগে।

বি :—গুদ, ঐগ হায় চাং অমুক্তং য়েংনখিব ভায় ?

মৌহি :—বেয়া লৈতে, শ্বা ! মফি শেম্ব পত্রাক থিনব,

বি :—হুজিক নত্তে, no no. হেল্লো, কাওমচা ! (থুবাক ২ মক থুই)

কাও :—মা মা······ মো মো···(লাপ্পদৈ নকই) (মনম শুং শুং নম্মৈ)

বি :—( নানবিয়গ ) ইকাইস্থ কাও-মচা, মৈত্তৈরোল হেক্ত লোল্লু।
ঙরাং ভাম্বোকখিব নঙগিনভাওদো করি মমিং কৌই ?

কাও :—মা মা থেবদ লমজেল শীংনরুব থেঙ্গুনহা কৌই।

বিজু :—ঙরাং থেঙ্গুনহাছন শা কৈ ফাওব উশিংভ, থাম্মুব ঐঙোন্দ
কাও থাঙন থিনগে তোখিব মভাংদু রারীওই লীলা ওই
উৎপ ভারি হুজিক। ভাবোক জজ অহমসিগি মমাংদ।

কাও :—(৩ দা) মো মো মো

৩ :—নমস্তে, নমস্তে, নমস্তে।

বি :—মান পায়রম্ব থাঙ মচাদু য়েপশিল্লু, খঙেঙকো ?

কা :—খঙজরে মো !

বি :—Hallo, হামেংলা ! ( থুবাক অনৌমক থুই )

হামেংলা :—মেঁ, মেঁ, মেঁ। ( চোংব মখোল )

বিজু :—সার্কস য়াং শেম শাও, কুম্মৈ উৎপ ভারি।

হামেং :—মেঁ, মেঁ, মেঁ ! ( ভৌথি )

বিজু :—Hullo; বটরক্লাই ! খম ওন ( খুবাক ২ রক )

বেটরী :—ননাই ঐ লাকচরে, ভাকপিসি ?

বিজু :—খেজুনহা ভাম্বোকখিবৈ কুম্মৈ উৎপ ভারি, ভাবোক জজ অহৃবগি মমাংদ ! খেজুনহাদু নঙ্গ খর খর সুংশিনখিব নত্ত্রাও ?

বেটরী :—খিজিক খিজিক্তনি ইনেবেম্ম ।

খি :—মহুদৈ মাবু ভাম্বোকপ ফাওব উৎপ ভারি। মাগি মহুৎভি কোমরেক্ত কাওমচান শাদৌরি। শেম শারুরো।

বেটরী :—রাম কনি ইনেবেম্মা।

বি :—ভাইখো; ভাবোক জজ রাওদৌরি, ধর্ম্ম বিচার তৌবিনব। করাংজি ফিদা থাও, জজ অহৃম লেংসিন্নব, পানকা লানসিল্লু হিদাক হাল্লু।

বেট :—সোমদ লেংশিনবিসি খুদোং হাজরকে।

হোংব :—নুপী মচা ( লোম ), নঙ শগোল ভোংব হৈব্রা ?

বেট :—হৈজদে,

হোংব :—হৈনীংলদি, ঐ তম্বিগে।

বেট :—খেওকয়ু সার।

চাউ :—ভাইখো মেম, নঙবু মৈর্ব্বাক জগোই হৈত্রাও ?

বেট :—হৈজদে সার।

চাউ :—ঐন তম্বিনি, নঙন শারবদি ফজনি।

বেট :—খেওক য়ু সার।

মৌহিং :—য়েংও, কুরাক মানবি, মুক্তা মল, শরীৎশরাক হৈনীংলদি ঐ নৈ। নঙবু নমুম পানব খঙলব্রাও ?

বেট :—খঙজত্রি, থিজরি।

মীহি :—নঙন পাম্ব পাখঙহ্নন নিঙাই তৌরবদি মুক্না মলন ক্রিষ্টাইলদ থাদব ঙম্নব ঐন ভম্বিনি।

বেট :—থেঙক য়ু সার।

চাউব :—নিংথিন উৎলু, নম্বর য়াম্ন পীনি।

বি :—( থুবাক ও লক থুরগ ) কাওমচা!

কাও :—মো ও!

বি :—বেটরী!

বেট :—লৈজরে ঐগা।

বি :—ষ্টার্ত!

বেট :—থোঙ থিংবিসু থাদোকউ, ভামো জয়দর্থ।

কাও :—করিনো করিনো কুরাক মানবি, শাকৈ উচেক ন্নায়ান থল্লব কুরুক্ষেত্রগি চক্রবোহ্নসিদ করিগি পাইশিল্লকপনো? অচোপ অরেন ইকাই ইকি অফ-কত্তে ন্নাখল গদাবরী তুরেলদ লংথরম, নম্নাই নমীৎতন থূৎলাই ওই করম্ন ভম্থীরব থূৎলাই মরক্ত নৌরিব অভিমন্যুগি চহিদো? ন্নাংন পাইস্রো সার্কসকি চক্রব্যেহ্নসিদৈ।

বেট :—থার্স্বিরসু অথোব থোঙ থাদোকপিয়ু। হেন্ন ভমথীরব কেন্সরন ইমা লুপ্রাবীবু লাক্লবিহোরে। কন্দব য়াদবনে ভামো, ঐবু পোকচবি পলেম লায়রবীদো।

কাও :—কাওমচা ঐন ফংজব হ্নমাং মমল, ঈ য়োনবৈ মমল লোইনমক থারক্কে নথূৎত। চাথুমদ শেংন লৈরুখো থরাইগি মিয়েন।

বেট :—চানবিবৈ থাগৎচরি থরাই হকচাং য়াওন অথৌববু। (কপ্প) অরাবদি তামো, নথন্দদগি শুম্ব হুমাংন ইথেঙগি মমলন কোয়ত্রে করিমত্ত পোত্তাংথাসিদদি।

কাও :—মো মো ও, : হে মতম! (কপ্প)

বেটরী :—নয়াথং ইন্দবগি য়ারৌবিন্থু থেঙ্গুনহা অথৌব, মতমসিন লৈখাংচাউ হায়রি লাইবক থৌ ঐথোয়বু।

কাও :—পান্মুইদকো মুগা ভৌল্লেমা! মো ও : ( হৌরপ্প )

বে :—মবুক লাম্ব উচেক য়ায়ান ফাবগ চাগে চাজপ্রসন্থু হায়ত্নন পাইথোরক্লবনি কুয়াক-মালহন!

বিজু :—(য়াক্ল) করিনো? থেঙ্গুনহা থোনাইদবা? নথৌ করি লৈ? মনৗংমথা তম পাইজয়কপি কুয়াক মানবিবু থাম্বদি? অহিংব পুম্বগি কিদম নীংখা তম্বনি খঙদ্রাও? নঙবু নাইয়োই য়োংহ্লিং নখুৎত পুল্লিবত্ত থদৎপ ঙম্মব্রাও? লম হেল্লবদি সার্কস পাটিসদৈ তাম্হোক্কনি খঙঙ্, থেঙ্গুনহা, কদায়দা? ঈশিংফংদব লৈকংলাদ।

চৎলু থেঙ্গুনহা হুইনাও কোরু হামেংলা কোরকউ।

কাও :—মো ও!

বিজু :—কুয়াকমানবি! সিদ লাও, থোইশাও য়া থিবিক লংথোকপ্রো সার্কস কেম্পসিগি মপান্দা। মসিদি নন্দন কাননবি স্বর্গগি নঙগি অয়াৎপ পুম্ব ঐন হেন্দোক্ল পীন, হায়বদ ইন্নু। হৌগৎলু থোয়ন্থু, কৈ নোংশা কিরুন্থু, মন্ত্রশক্তিন সম্নাও মচাগুম তেহল্লব ঙাক্লুনি। শামু লমশা কানব, নোংশা তেহন্নব মন্ত্রদো নঙ্গোন্দন্থু তম্বিনি, মরমদ ওকউ।

কাও :—মো : ননাইশিংছ্ লাকচরে —হুইনাও !

হুই :—গৌ গৌ।

কাও :—হামেংলা !

হামেং :—মেঁ মেঁ !

বিজু :—পোপ্পি। নঙ খোঙ ভাক্লোরাও।

হুই :—গৌ গৌ গৌ, গৌ গৌ

বিজু :—ফ্রেন্দ, পোপ্পি ফ্রেন্দ। (ভংলগ হুই লেপখি) হামেংলা, লৈবাক্কি পেন্দব রাকৎ ময়ামছ্ অঙম অথৌ, নোংশা কৈ তিল্লব কান্দ নঙন লাওগদবনি।

হামেং :—মেঁ মেঁ !

বিজু :—বেটরী, নঙস্থ মেক অপ ভৌজরুরো।

বেট :—ইনেবেম্ম চৎচরে।

বিজু :—কাও-মচা।

কাও :—মো ও।

বিজু :—নঙবু খেঙ্গুনহা অথৌব ভহাক শারুবদৈ খেববু শীংনব কিদব পাউভাক রারৌগি খেঙ্গুছ্ ওল্লব্রাও ?

জজ শারিব উঝাশিং, রাদি রারৌবিস্থ, কনাগুম্ব পাংদব অমন অথৌব ভহাক ভহাক শারুরগ, মথৌনা খরদ ওইরম্ব ভুংদ হেঙ্গৎলক-ওইত্রা ?

চাউব :—করি থুম্নি ? রাহংসিদি য়ুমদৈ ঔরাইজরকপ পারাদ রাওদে।

হোংব :—থুম্ব লুই, করম্লো।

মীহি :—ভহাক্ত খমজখিগে লৈমা।

বিজু :—থেঙক য়ু সার।

কাও-মচা। (off mike) শা কৈ শিংহ পীজপিথক হেক লোইবগ রিংদা পুখোরকউ। ননাহ্ তারবাও?

কাও :—মো ও!

বিজু :—কদায় ঐগি হন্টর পীরো, পোষাক হোংগে? (চংখি)

হোংব :—ঙসি জজ ঐখোয়বু, অহম্বংদ চোপ্প তারবাও? (লোল্লপ) পাংলমদব মীসিবু অথোব ঙহাক শারুরগ থোনা ফব হেঙ্গৎকত্রা হেঙ্গৎলোইত্রা? করি খুমসিগে? ভায়া মীহিং?

মীহিং :—খিজিক খিজিক থরুম্বদৈ লিক্রী অম ঙম্মকই, হকচাং শাজেন তৌর তৌরগ কনব হেল্লি। মরম অত্তন থৌনাফব থরদি লৈরকনি হায়ব থাজৈ ঐদি। করি হায়গে হোংব ভায়?

হোংব :—নিম পাম্বী মখোঙদ সঙ্গোম চিনি কিলো কয়ানো হার ওইন হাপ্পগ নিম মনাহ্ খাব-করোই, ঐদি মানীংদে ভায়া মীহিং।

মীহিং :—নিম পাম্বীদি মী নত্তে, ভায়া হোংব, মীদি মীতৌ ভমগল্লি হোংগল্লি। ঐ য়াম্না কিগল্লম্মি, হন্দক মরক পংশিদ শিনব উবদ শিব হায়ব লাইহু থর খঙন চান্নবগুম তৌরক কিব থর ফহন শিবগি মরম চাই চাদে থিনব থৌনা লাক্লে। ভাধন চাউবগি মোত্তি করি লৈবিবগে?

চাউব :—সীতা সাবিত্রীগি লীলা য়েংলুবদৈ নত্রগ মখোয়গি মহুৎ শারুবদৈ থেক নৌন খিগৎলম্মি লৈশাবী মৌনহা মবুকচেল কয়াম ওল্লকপগে হায়বহ্ নিপানিন ঐদি খঙব ঙমত্রে। অহুমকপু থরদি ফগৎকত্রা থাজনব মীদি য়ামত্রে। শিবৈ মরম খিগৎপগি থৌনাদি ঐঙোন্দম্ লৈরে হায় কিরম্বদৈ।

লাল্লুপ্রবদি হাৎপিদে হায়রবন চুম্মবদি লাঙদব ঐখোয় মুংশা হোনব মুংঙাইনি, অতৈ মরাল লৈরুব মশেল হাৎন থিম্রজরবমু।

হোংব :—ঐগি মোত্তি, থৌনাফবগ পাংদবগসি শিগনব থৌনা ফবন হেনবনিকো।

মীহিং :—শিগনব কনান হেল্লি হেন্দেগি রাহং নত্তে ভায়া হোংব। ইঞ্জেক্সন কাপ্প কিব, টিকা থাব কিব কয়া কোলেরা Small Pox না শিগনহনব্রে। হনুমান ভীমগি রারী ভারুরগ পাংদব অঙাং কয়াগি থৌনা থরদি পী হায়নীংই।

চাউব :—লীলাদ উপন্যাসতা হেরোগী মীচং চংব-ভাবোকশি থৌনা লৈনীংই, লৈনীংবদে থৌনা থোরকপ মশান ভাবনি। য়ানীংদ্রনে হোংব ?

হোংব :—ভাধন, নোংবান দুর্যোধন রাবনগুম্ব ভিলেন অমত্ত য়াওহন্দ্রবদি ভাবোকসি অমুক হেন্ন ফগৎকদ্রাও ? হেরোঙাক্ত ঙায়হল্লগ অয়েংবদ কান্নব হেনগদ্রাও ?

চাউব :—ভারোক্ল মীতৌ তম্লিংবগি রানি ঙাংনরিবসি, হোংব, ভিলেন য়াওরগ মথোয় মতৌ তম্নীংথিহন মী ফংলকওই হায়দেনে।

হোংব :—মীতৌ তমগনবশিংন ফত্তব মীসিদি মতৌ তম্লিংওইদ্রাও ফত্তবন ফওবগি মতৌ তম্মি,

চাউব :—ফওবশিংহুন তমজখিবদি থঙদে, লীলানদি কংসগি মতৌ রাবনগি মতৌ তম্মু হায়দে, তম্মূনু হায়রবনি।

মীহিং :—ভায়াম্মু তাধনম্মু অমুক্ত তাবিথো। পুন্সিদ অফ-ফত্ত য়াম্নবনিন লীলাদম্মু অফ ফত্ত য়াওদব য়াদবনি। ফত্তবগি

মতৌবুন তুকচবিয়ু, অকবগিনা মতৌ ভূম্বিয়ু সিদনি। ভাবোক্ত ফি শেন্নব কান্নদে, কুম্মৈ য়েংখিসি। ঐখোয়হমগি মনুংদ অনীম পাংলমদব মী ভীম শারুবদৈ থৌনা থৱদি লৈরকনি হায়ব য়ানৱে।

হোংব :—কৈ কৈ য়েংনসি, থেঙ্গুনহা শারুব কাওমচাহ্ লীলাদ কমদৌরকপগে হায়ব।

বিজুলী :—(হন্টর হাইরগ) কাওমচা। হৱি অপ ( থুবাকথুই ৩ লক) নিংথৌ থাদোরকও। ময়াম্মক নমস্তে। উঝাশিং, কয়িমত্ত কিবিশু শা কৈ শিংবু, মীন শাব ভাকুনি। Hurry up Cow boy কৈদৌরগে ?

কাও :—নিংঙাই তৌরে, ঐন হায়ব তাদে ঐগা মো ও।

বিজু :—কৈ, ঐ লক্কে। ( চৎখি record steps )

চাউব :—য়েংওই ( লোম্ন ) হূইথৌ শাবাও। কয়ি শাগুগিনো নঙন পায়রিব কমসিবো ?

হূইথৌ :—গৌ গৌ ! নীংব কায়ব কয়াদৈ চারিব কানী নৱ্রগ অন্নাব কাউব গুলীনে। উঝাশিং, হিংব মুংঙাইবিত্রবদি জঙ্গলগি সংসারসিদ মঙ মঙবিরো। গৌ গৌ।

চাউ :—আইসী, থেঙক যু।

হোংব :—ভায়া হামেংলা। (লোম্ন) অদোম্বু পেন্নব ময়ামগি খোল্লাও শাবিরিব্রাও ? মুংঙাইব্রা কমদৌবগে ?

হামেং :—মেঁ মে। অকনবন অচুম্ব শক্লবব মত্তমসিদদি ইত্তু শোনব য়াও হামেং ঐখোয়দিকৈ, নোংশাবু থাগৎলাওখোংব, মতুংদ লেপ অরেম্ব থুন চাব ভাব। পেন্নব নোক্লবিয়ো উঝাশিং মেঁ মেঁ।

মীহিং :—নোক্সব নচ্ছদে কয়াইব, কল্লকইবনে খৌনাইত্রিব ঐখোয়ন। পুক থল্লগ লোইরে, খোংউ-হায়বদ খোংবিয়ু হায়ৌরা কৌজেংলা।

বিজুলী :—( খুবাক ৩ লক ) থাদোরক্লে নোংশা নিংথৌ, রিংমনাক্ত নকপিগনো, মীৎনা শিংবিয়ো।

নোংশা :—অঁ'উ ম, অঁা উম, অঁা অঁা!

হুই :—গৌ গৌ, গৌ গৌ অঁ অঁ!

হামেং :—মেঁ মেঁ মেঁ মেঁ!

বিজু :—হেল্লো! ঐদি শোমদ লৈরে য়ানী। য়েংওই নিংথৌ, ঐদিনে মতিক মরল লৈব, চাদি' ত্তোবদ হলেংদর, উতীনবু শামু ওলহনব ড়ম্ব, লমহুই কৈশালবু লোক্তাক্ত থাদব ড়ম্ব মীনোং-শাদ পাম্মে। নত্তিক নগুন উৎ, জগোই খোঙচৎত ঐবু কল্লকহন অমুক্ত চৎলো।

নোংশা :—(হৌন খোং লাও) অঁা উ ম অঁা উম।

( ড়ুং ড়ুং musical Instruments )

বিজু :- (হণ্টর হাইর) Thank you darling (কে-ন) খম ওন, সিংহাসন্দ লেংশিল্লো। ইহে ইহে, নিংথৌ, মীদোন ফঙ্গো, মৈত্তৈরোল ঙাংও।

নোংশা :—(শাওরপ পোংন) সিদ থারিব করভমসিন কনাইনো?

বিজু :—ঙাইখো, কোয় ভাকে, অতৈ কয়াইবহ্ লাকথিনি

নোংশা :—ওঁ ওঁ !

বিজু :—শাওগৎকনো, নখা থোংব ভাক্তনে। দার্লীং ! য়ু কাওমচা অরাংব অচৌবহ্ থাদোকউরো। লিক্রী অফবশু য়াওরকউ।

কাও :—মো ও মো ও !

কৈজাউ ভু্ং ভু্ং ভং থোরকই, ( হামেং হূই কিন থোংই ) বিজুনীন হন্টর মথোল ভাহল্লি।

বিজু :—Billy cat ! নভিক নথৌনা উৎ য়িংহ্ কোইন চৎলো অতৈবু কিহন। ঐদি নভবু মীভোল ভাকপ কান্দ Bengal Tiger অচৌব ভমথীবহ্নি হায়ন থাগৎলি পোৎনে। হো অহ্নিদন, মভৌ মালহন্নু, সে কদায় নখুৎতো Hand Shake.

নোংশা :—আঁ উ ম আঁ আঁ

কৈ :—অঁ অঁ ( ভংনৈ অনীহ্ )

( হূই, হামেং কিহ্নন থোংই, যন্ত্রন মতেং ভংনব হোন অকিব থোল্ল থিগৎনব। )

বিজু :—(হন্টর মথোল) You fools dont quarrel থৎনগনো। মরূপ ভাকুনে, Same Party, Sit down Cat on the Chair ফিটিং নৈয়ে।

নোংশা :—য়ু গো গো ! অঁ অঁ ··· কদায়দৈ মোইরাং শাথীবিনো, থর ভাম্বোকথো মনম নমথীনটৈ।

হূই :—গো গো গো !

হামেং :—মেঁ মেঁ!

বি :—থৌশারুম্ব নিংথৌ, Dont mind

কৈ :—অদুগৈ জঙ্গল অমদ শামু অঙোব অম নিংথৌ ওইরবনি হায়দুন মনাইও মশনও ফম্মুন লাকই। হকচিক লাংব চথোকউবদ ঐগ লম্বীদ থক থেংনরে। মনাত্তোন বোমহৌ য়াম্বরদু হাওব্রা য়েংগে হায়দুন চোংশিন্দুন লাকপবু ময়াইজবুক্ত পং তংলে। কিভম শোইরে হায়দুন ময়াম্ন মাবু নিংথৌ খুভমদৈ ইম্বু খি বুপ লাওন। আঁ উ ম!

বি :—মনাত্তোন্দু হাওব্রাও Cat?

কৈ :—কদায় হাওরুগবনো লোক থুংই; নত্তে, প্রজান য়াদন মাগুবন নিংথৌ ওইব য়াব্রাও।

বি :—মানি, শাগৈজাংন চংনদে।

নোং :—( ওঁ ওঁ ম ) নোংশা ঐথোয়গি শাগৈ নত্তন, মত্তিক মপাঙ্গল অশেংব লৈত্তন শহুংগুম্ব, মোইরাং শাথীবিগুম্ব ভা হুয়ান চাব, ভাহু থুম্ব লারুগ মথরাই হিংব জীব মচান নিংথৌ ওইগে হায়বদ হামেংলা নঙবু য়ানীংব্রা? আঁ

হামেং :—মেঁ মেঁ।

বি :—নত্তে, মত্তম অরেম্বদ মাংলে মিটিং হৌনব ত্তোরসে। কাও মচা নঙ থেঙ্গুনহা শাদোব নব্রাও? নঙ চংলো হামেংলা মনাক্ত করি করিনো পেন্দব কয়াগি রাকং শিংদো মিত্রং হৈব অঙবশিংদ হজংলরো। নথোয়বু দেশ সেবক নব্রাও?

কাও :—মো ও ও! পেন্দবৈ রাদি করি হায়রুনি। করি সেবানো তৌজগে, অঙম্বশিংদ হঙ্গৎপিয়ো য়ামগ্রে ঐভোম্দ রা নোম্মবা। ভলব থিৎভংবু চাজরবদি পুক থম্রবম্নু শোংলগ পুরগ হিংজগে!

হায়েং :—ঠিকাদ পীবিয়ূ ভোংব ভোংদব ১০০ দা ১০ হায় কচ্চগে, প্রোমোসন পীবিয়ূ লিশীং কয়ানো কংকে।

কাও :—কয়ানো কচ্চগে মফম শুংঙাইবদ ট্রান্সফরদ তৌবিয়ো, লোন পিবিয়ো গ্রান্ট পীবিয়ো পারসেণ্টেজ কয়ানো হায় কংলগে?

কৈ :—থঙেঙ তোকলো মী তাখিনি, অঁউম, শেলগি মতুং ইন্ন শংশং হাপতোকপ্রসি। ১০ য়োবজাং হায়, হয়েং হেক্ত পুরক্লো হায়য়ো।

নোংশা :—হঁ ম ম য়াদে, মীশক মীমায় য়েংদন পংহাপ হাপ্প, পংপী পীথোকপ অমত্ত য়ারোই। ঐন ভেটো তৌরি। মীশকম্নু শেলম্নু য়েংদব য়াদে। (ঙ্ং ঙ্ং ঙংনৈ)

বি :—ওর্দর প্লীজ, ওর্দর! বেটরী, আইস ক্রীম পুরকউ, বোটল পুরকউ।

কৈ :—মীশক্ত শেলদ য়েংলগ পংহাপ হাপচিনব, পংপীদ পীথোকপম্নু ঐমং য়ারোই ভেটো তৌনি। মতিক চাদব নিপ। মুপীদ মশক য়েংলগ ফুরিৎখাও য়েংলগ থবক পীব, লোন থঙদে ঠিকা থঙদে পীথোকপ অমত য়ারোই, অমত্ত য়ারোই।

নোং :—মতিক চাব কনান শেল য়াম্ন পীগে হায়রদগে? শেল তারোইদব গাধাগি ইশৈনে।

কৈ :—মতিক চাবশিংদসু লৈবাক চাউখৎনব খেল তিংদন ওইজ ওইখক কংদে হায়বসি মী খুদিংদ খঙহন্দোবনি। অচুমদ মীগুম কারখানাসি চাউখৎকদবনি। সুম সুম হৈনহল্লগ লাকপ মুনব, অকনবন চুম্নব য়ানরকইবসিনি।

নোং :—জঙ্গলগি খাঙনবিদো! হা হা হা… আঁ উম!

বেটরী :—সি কানবিনি অকবনে।

নোং :—অতৈদ হায় পীরুরব্রা হা?

বেট :—পীজরুরে।

নোং :—অমুক পীশিল্লু চৎলু। ঐভোন্দ হায় পীত্রবদি ঐদি খক্কে খঙহব্রা? (শাওই)

বিজু :—রারোবিনো নিংখো, অনোব লাকপনে! (মনাকোংদ) হয়েং কাম্বরক্কদব মীশক্লে (মুরুম ২)

কৈ :—অঁহেম খম ওন বেটরী, দার্লীং! (খরুগ) অমুক হৈমু। নখুৎন পায়রগ ইল্লু (খেরুগ) গুদ! নঙ করি পাম্মি? নঙন পাম্বমখৈ ঐন পীবি। রানী ওইব পাম্মা? লাও, চাউখৎ জগোই শাব তম্বিগে ঐ।

বে :—হৈজদে। Excuse me.

কৈ :—হৈহনগে ঐ।

কাও :—(খেমু) বেটরী, হোলট, মত্ত কাওবদি হাকমন্ত্রাও? খেন্নুনহা ঐন খাম্মি, নখোয়া অচুবো চহি ১৮?

বেটরী :—Never mind Dear, থরাই হিংন জগোইনে।

কৈ :—হা হা হা … আঁউম!

বিজু :—নখো করি নৈ খেঙ্গনহা? ঙ্গুপিদ! চরম তৎকেরাও
(গৌ গৌ খোংই, মেঁ মেঁ লাওই)

কাও :—মাঃ আঃ, ঐ শিব কিব মীনম্তে। কৈজাওগি তমথীরব খায়াৎত য়াওমচা লংশিনব Stop it at once সার্কস রালৌ। হুজিকমক তোকহজ্রবদি নবুক্ত ছুরীসি মকম পীদব য়ারোই।

নোংশা কৈ ঙ্ং ঙ্ং খোংই, হুইন গৌ গৌ হামেংন মেঁ মেঁ!

বিজু :—চংলকনু, নথরাইদু মাংনীংজ্রবদি, লোলট! মুংশিৎত হনটরন ফৎ ফৎ কল্লি, ময়াম য়ো য়ো ফুাব য়ৈবি ছপ দাপ।

কাও :—ওঃ ওঃ হাৎলু শিজখিগে। গুলী অহুম নখোয় অহুমদা। আঃ আঃ।

বেটরী :—হাৎপদি হাৎপিনো, হাৎপিনো! (কপ্পি)

বিজু :—হুজিমক পুঞ্রো চৎলু, নরৈছু থৎলগ খোংবান্দ থাদখো। করিমত কান্নবরোই মহাক। মচিন মেল্লু।

মীহিং :—খান্মুদু ঐখোয়দি ভাবোক্লি।

(ফুরগ পুখোকখি ছপ দাপ অয়ো য়ো)

Silence 3 Seconds.

বিজু :—মসিনি খেঙ্গনহা অখোবৈ পুন্সি রারী। বিচার তৌবিহু জজ শিংন। সার্কস কম্পানীন তোলোব পারগ মবুক থল্লিব কর্ম্মচারী মান কম্পানীগি একজিক্যুটিভতা থাওশীওব, হায়ব ইন্দব বিশ্বাস য়াতঙ, মাবু তাম্নোকপ করি লানবগে?

মীহিং :—তান্দ তাম্নোকখিব, হাৎলুদি হায়খিদব?

বিজু :—মী হাৎপগি থবক ভৌজদে, য়োকপগি থবক্তনি। মরাল লৈছুন ভাম্বোকখিব মাবু লম্নাই য়েরুব কনাগুম্বন করি ভৌখিব মতুদি উত্রে।

হোংব :—থবক ভোক্রবতুদি উকন য়াওদন হিংব রানরবনিন শিবন সুংভাইনি থনপ্রবজাংলা থভত্রে।

চাউব :—অসাই ইবেম্ম সার্কস লৈমন মরৈ থৎ, খোংবান্দ থাদৌ হায়বতুবু চরম মেৎলুসু হায়বিখি মাসে, হাৎতোকউরো হায়ব থভনত্রাও?

বিজু :—মরৈই মত্তোন খিৎতং ভৎপনদি মী শিরোই চরম মেৎলু হায়বাদি চাক শীঞ্জু হাংবনি ঐখোয় চাখুমদৈ, হাংলু হায়গুন পুখিব ফাও শেল চারগ থাদোকখিব কোঙ্গাইনি।

মীহিং :—থেঙ্গু শব কাও মচা, হুইনাও অমদি হামেংজৈহু অমুক্ত কৌখোকপিয়ু, মখোয় মরা থর ভানীংই।

বিজু :—নখোয় বৈদোরি? কাও মচা হামেংলা গো গো! কোর্টা কারকও।

( গো গো, মেঁ মেঁ, মোঁ মোঁ খোংই )।

অর্জাশংন নখোয়গি জবান ভানীংই : ফজ ফজন অচুম্ব খুম্মুহৈ?

মীহিং :—ইবো কাও মচা! নভ থেঙ্গুহু কদায়দ থাদোক্লম্মি?

কাও :—মেঁ ওং! ননাই ঐ ইভাওহু হিদাকশভ ফাওবদং থিল্লুই।

মীহিং :—করম্ব ফার্মাসী নত্রগ হাসপাটাল?

কাও :—অরা অনা কাউহনব হিদাক গুলী মহী মকুপ য়োনব অম লৈ অম্মুরাইদা।

চাউব :—নভদি কাওবা, নভাওহু হাৎপ য়াওদেনে?

কাও :—ননাই ঐ য়াওজদে। ইভাওব্ কনান।

হোংব :—ভায়া হামেংলা, থেঙ্গুনহা হাংপাসি নও য়াওব্রা ? কনা কনান হাংলি ?

হামেং :—মেঁ মেঁ অসাই সিদ মরাম চংকুবহ্ন শিখিব উবিব্রা ?

কাও :—অহৃদি কদায়দ শিদগে ঐন শাবনি, মো ও:।

হামেং :—কিগিনো অশিব শারুব নওন শিদন হল্লকইবো ?

কাও :—অশিব শাবদ মায়ব কনান শিনিংদগে ?

মীহি :—হামেংলা ! কাওমচান শাখিব থেঙ্গুনহাহ্ অশিব্রা অহিংব্রা ?

হামেং :—য়া ভাংখি, অহিংব শাখি।

হোংব :—ইবুংঙো পোপি, নও থেঙ্গুনহা শিখিবহ্ উহৌব্রা ময়াম চং সুরাইদ ফুবদৈ শিব্রব নব্রাও ?

হুই :—কদায় শিদগে, কাওমচা সিদ লৈরিবসিনি।

হোং :—মাবু অশিব শাব নব্রাও ?

হুই :—শিত্রিতৈহ্ শাবনি।

হোংব :—অহৃদি কদায়রাইদ শিখি ?

হুই :—ভায়া কাওমচা, কদায়রাইদ শিবিরুবগে ?

কাও :—ঐদি শিত্রিতৈদ লাকপনি। শিবদি শারুদে।

হুই :—মার্কস লৈমন অসাইন সিদ শিদে, ভাম্বোকখিবনি ভাকপিব্রে। মান লমদ শিরুবদি ঐখোয় খওজদ্রে।

নোংশা, কৈ শাওরকই ডংই অঁউম অং অং

নোংশা :—অঁ উ ম, রাহং পাউখুম লোইত্রিবাও ? অাঁ অাঁ উম !

কৈ :—ওঁ ওঁ ··· ঐঙোন্দমু হংগে রাও ? হংঙোয়াও ওঁম।

চাউব :—নস্তে নস্তে, কদায়দৈ, অথোবশিংদদি হংজরোই।

মীহিং :—লৈম ইবেম্মা, ঐখোয় অমুক্ত থয়জখিগে অশুরাইদ ঙহাক্ত।

হোংব :—কায়দে পরপ পরপ হনখিনব, শমজিল্লসে ?

নোংখা :—ঙংই আঁউম, কৈ ওঁ ম ···

বিজু :—ঙহাক্কং খাংখিসি অখোবশা, ঙহাক্তনি কো।

( ডিং ডিং ডিং )

হামেং :—মেঁ মেঁ ··· ( লেমন )

হুই :—গৌ গৌ কৌয়েং

কাও :—মো ও মো ও

( ডিং ডিং ডিং )

চাউব :—চিংননীংঙাই মচাকপুদি লৈরেনে হা ? ( নেম-ন )

হোংব :—(নেম-ন) লৈছন কৈদোবগে ? অশেংব হায়দোকপদি কয়া লুরিব রানো মতমনিদ।

মীহিং :—মাবু তাম্বোকখি মরাল লৈবদে। নত্তে. মান কম্পানীগি মাইয়োক্ত লেপ্পু্রবনিন।

হোংব :—তাম্বোকখিববুদি মতিক মচারে। থেঙ্গুনহাবু হাংপসি কম্পানীননি নত্তে মসিগি রাসিনি ঐখোয়ন রাষ্ট তাগদব।

চাউব :—পুক্লিংদ খাজববুদি লৈত্তে চৌন্দ হায়দোকপ লুবৈরানি।

মীহিং :—অঙম অখোশিংগি মচৎ মতৌ যেংউরগদি হাংলম্বগু য়ারিবা। নত্তে, বৈষ্ণব বৈষ্ণবী ওইরবগু কাও তুমিংন চিক্লরুবদি বাক, হা ?

হোংব :—হাংলমদবগু য়ারিব মীহিং, করিনা হায়ববু নহা মশেন নুংশিনজবগি মথরাই চাক মকাম্বপুখোক মীওইবৈ অধিকার

তাঙবনি খপোক, লাপ্ন তাম্বোকগ্রগ চরা হেন মথম্ব শিজথিব নত্রগ পোৎলাকউবে মীন হাৎচখিব য়াই, খুৎ খারুম্ন খল্লম্বম্ন য়াই।

চাউ :—অসাই লৌলাদ মৌযাম চং ফুখিব খুৎফুহ্নবু শিদ নিংঙাই লৈত্রা হোংব ? মচা মশু রারকপ ওইন খোবাম্বোং ফুদ কাক কাক খৎপদি মাম্বে হায়বনি।

মৌহিং :—মত্তিক চাব সাক্ষী প্রমাণ্দি লত্তবনিন ফন ঐখোয়ন থাজরবশু Benefit of doubt পাযবদি চিংনবগি কাম্নহনব হাযব উকলহ্নন কনবিত্তম খোকই।

নোংশা :—অাঁ উম ! শওনীংলে কাহুং চাখোক্লসিরাও ?

কৈ :—ওঁ ওঁ ম ! মীশা চনীংলে মীয়ু নমলে

বিজু :—(লোম্ন) কবি রানো অখৌবশ, কবিযেশিংবু ফারগ চাখোক্রবদি মবুক স্মুদ লৈরিব য়াইহ্ন কনানম্ন খঙলরোই, কম্পানীস ষরানব তোয়ে হায়খিরোইত্রাও ? ঙহাক্ত ইংথবিখো।

নোংশা : ডাম্নব রারে, শেলগি দবকাররাও ? নুপা কযা পাম্বগে সার্কস রাশি, অপৈব চুম্নবা ? অাঁ উম

বিজু :—কবিমত্ত রাৎতে নিখৌ, ত.ঙা য়েংইবনে, ত্তপথনিয়ো। বদনাম কিবগি থাংইবনে।

কৈ :—ওঁ ওঁ ম কবিনো বদনাম হায়ববো ?

কয়া লিংবাজাৎনো, চিকথাম্নগে বট্রো, নাম ঙাক্ত লৈহোনব।

বিজু :—বেটরী, আইস ক্রীম। লান শল্লো।

বেট :—লৈজরে ঐগা ।

( ত্তিং ত্তিং ত্তিং )

হোংব :—তাধন, কম্পানীসি থাও থোকই অহুনদি রা অয়োনব অমম্ভং ভাংনবগি মথৌ তাদ্রাও •

চাউব :—অহইদি হেংব, ইপা ইপু হাকুজাগি কা মম্ভপ অমন চিন পৈ হায়ব চংনরকইবনিন কাযহনব কত্তে ।

মৌহিং :—অহদি কোরসিরা ? off mike ) ঐখোয় ইবেম্মা লৈমহন, সে'মদ ভগাক্তং লেংথোরকপ য়ারবদি ।

বিজু :—(off mike ) লাকচরে উঝাশিং, বেটয়ী ! ( লোম ) ভা ১ হৈ ১ হাপ্প বেগতু পীরকউহৈ ?

বেট :—সিদ লৈজরে ।

বিজু :—বাইতাব ভগ্রিদ্রবা ইকাই থুম্নরব জক্ক শিংবো ? য়েখোকপিবদি তৌবিরনো : কয়ি মথো তাবগে তাকপিয়ো । ভা ৩ হৈ অহুম মেনব য়াব রা ওইরবম্ব লৈঙনিয়ে ?

চাউব :—হো হো, লৈম শিক্ক শকহেনবি ! অচৌব কম্পানীসি ইজংত্তি লাক কয়া লিশীং কয়া ভমথৈ নাইদে দো ।

বিজু :—অহুংদি করিমত্ত চিংনবিহু, ( লোম ) কেশত্ত কজন রাই তাবিরম্মো । হয়েং অয়ুক য়ুম য়ুমদ উবিরেদনা থুংসা ৫/৫ সে থুদিংমক্ক । ( লোম )

চাউ :—(লোম) বস য়ারে, ভাব তারে থেঙক য়ু বিজুলিসনা ।

( ত্তিং ত্তিং ত্তিং )

চাউব :—রা লোইরে ইনাওশা, লিশীং ৫/৫ দিশোইদ্রে, থুংশা ৫ উংহোই, হয়েং অয়ুক য়ুম য়ুমদ থিম্লকনি ।

হোংব :—পাম্বশিনবিম্নকপ য়াত্রনে ভাখন, খুংনা পায়ব ইচাগি ম্নাদ কুংন শোইদব হেল্লি।

মীহি :—হোয়, পাউরো হায়সিন্নু কাম্নব চৈশুনি।

চাউব :—পূব লূমগনি থনব্রা, লম্বীদ ভাহৌনি মভম কম্ভে খনবিব্রা, অমুক হায়রুবম্নু জজনি চোপমল্লে হয়েং অমুক কাওবদি মঙাইরসিদা।

মীহিং :—ভাখন ঐখোয়বু শেজাদ জজ দা ভারগভ্রা ?

হোংব :—করিগি ভ'দগে মীহিং ভায়, অয়ানববু চুমহনব নত্তে, অচুম্ববু লালহনবম্নু নত্তে। অচুম্ববু চুম্মি, অয়ানববু লাল্লি হায়ববদি ধর্ম্ম কায়ব মা নত্তে! ঙা ১ হৈ ১ চানব হায়ম্বদি লৈবাক্ক থাইনদৈ চংমম্নকইব লোনচংনি, করি হায়বগে ভাখন ?

চাউ :—করিমভ কায়দে মীয়াম্ন থাইনদৈ চংনম্নক্নব শাজংনি। অম্বুনদি অচুম্বদ ভৌব পাম্ব জজশিংগি বিচার মাই অচুম্বসে লাওখোক্লসে ?

হোংব :—লাওখোক্কদোম্নিবাস বিজুলী সার্কস কম্পানীন থেঙ্গুনহা ওৰ্কে মী থুদেংবু হাংপ নত্তে, অসিদ নভ্রা ?

মীহিং :—লোম্দা পুদা কুপ্ন য়েংহৌসি, হয়েং হায়কোর্ট য়ৌনম্নবম্নু অচুম্ব পাম্ব শেল চাদব জজ ঐখোয় চোপ্তনব। নত্তে, হজিকমক্তি কা মভপ ১ চাত্রি :

হোংব :—মভম থম্ন যৈখোকপদি ফব জাংনি ভাখন, থুংশা ৫ গি অর্থন্থ ভিকসনারীদ অমুক্তা কাক্লুনব।

( নোংশা কৈ ঙং ঙং ঙংব ভায় ঔা উম )

মীহিং :—কাম্নদে ষৈথোকপ য়াম্রে, রাই লাওথোক্লগে। কো ?
( হৌরপ ) ওসি অহিং ক্ষক অহুম সর্বশ্রী চাউব, হোংব অমদি মীহিংন থিগৎপদ কংব রাথোক খোদোক, পীনরকপ প্রমাম, সাক্ষী সবুদ শিংন অচুম্বগাক ওইরবদি মেসর্স বিজুলী সার্কস কম্পানীন মী খুদেং ওর্কে থেঙ্গু-নহাবু লমহেনবৈ থবক্তগি তাম্বোকখিব লাম্দে, মহাকপু কম্পানীন হাৎপনি হায়বগি সাক্ষী প্রমানমু কংদে। সহি চাউব, হোংব, মীহিং।

জিলি, শাকৈ পুন্না থুবাক রা রা খুবদ নোং থাকই, অকিব খোঙ্গুক্কে থোকই যম্নন, থেঙ্গু নহাগি ভূত কোং লাওন থোরকই।

ময়াম :—হৈমা! করিনো ? থেঙ্গু-নহাগি ভূত! চেন্সে!

থেঙ্গু :—অমুক্ত ভাইবিখো! ( মখোল য়াক্ল কিহন্ন )

হোংব :—শান্তি!

মীহিং :—শান্তি!

চাউব :—আত্মা শান্তি!

থেঙ্গু :—শিরব থেঙ্গু-নহা ঐগি জবান অমুক্তা ভাবিখো। ঐগি মীশিদো মী খুদিংদ থোকপ য়াবনি। মরম অহুন মী খুদিং কৌই হায়বনি। চেজেৎতা কিংবদৈ মী খুদেং ইথিবহু বানান লানখিবনি।

ইভাও কাওমচা! জবান লাম্র-পী, মন্নাপ হাৎলিব করিগিনে ?

কাওম :—ভাকপিয়ু ইভাও হিংনব ভাংলুরে ওইদব। (কপ্নি)

থেঙ্গু :—ঐবু থাঙ পায়ন্থন থিনগে ভৌথিব্রাও ? ওইদ রা! কুরাক মানবী বেটরী, ঐগ মুংশিনরম্বি!

বেটরী :—ভামো ! ( কপ্পি হীক হীক )

থেঙ্গু :—নঙদি অচুম্বা খুম্ব য়াত্রাও ? ময়াল লৈজদব মীথুদিংদ থোকপ য়াব দশানে। ঐবু হায়বদি মীথুদিংবু তাম্বোকপিব কৈজৈ চিংলগ হাংখিবদিশানে, কৈনে, লাইরেম্বু বীনে অচ্চয়সিন্ননে। লমন খুম্মো মী খুদিং !

ভূত মাংখি ঙংলগ নোং থাকই পিস্তোল থেং থেং ভত্রক কাপ্পদ নোংশা কৈ বিজুলী আঃ আঃ লাওরগ তুখিব মখোল তায়।

কাওমচা :—লমন খুম্মে ইতাও, মীথুদিং।

ময়াম :—চেল্লো চেল্লো ! ( গ্রোংগ্রাং ময়াম চেনখি )। ( অকিব, লাংব, চেম্রব ঙহাক। অচুদৈ )

Silence for 3 seconds

শা :—বিজুলী হৌগৎলো লাইরেন নকু হরো। সুরাইদ লৈব (লোম্ন) য়াত্রে মতম্ন। কদাইদনো শৌরুরো য়েনম নাকুপ্পি।

বিজু :—চানন পাম্নবা কৈজাও নঙবো ? মাংগ্রসে নক্বি হোংলো বৈরুব।

কৈ :—নোংজুথা লোইরবাও ? কদোমদনো চেম্নরসে, ঐদি চিনাবাদাম য়োনব চৎলে। ( লোম্ন ) হে মতম !

বিজু :—কৈথৌ, কদায়দ অমুক পুনসিগে ?



The End